*Ashamba Bharatkee Kavya Kanglon*
A Brief Study on Indian Poetics by Haorongbam Rajmani,
First Published in Cachar by Manipuri Sahitya Parishad, Assam,
Bantarapur Branch in 2003 Pp xiv + 94 Price Rs 85 00



**অহানবা ফোঙবা** : ডিসেম্বব ২০০৩
**লাইরিক মশীং** : ৫০০
**অফোঙবা** : মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, বনতাবাপুব মশা
**টাইপ সেত্তিং** : কালা প্রিন্টিং বার্ক্স, লক্ষীপুব ফুলেবতল, কাছাড ঃ আসাম

**মমল ঃ লুপা ৮৫ ০০**

ঐবু তাইবঙ মতক্কা ওইহনবিরকখিবা অমদি
ঐবোয়বু শেম্বদা শেংকনি চাগনি থজ্জদ্রবা
পালেম পাম্বৌ অনীগী খুমাদা

# অফোঙবগী ৱাহৈ খরা

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, বনতাবাপুর মশা লায়রজবিবা সংস্থা ওইজরবসু অইবা-অইবীশিংগী পুন্সি ং থৌগৎচে। সাহিত্যগী মচাক থিজিনবতা নঙনা খুনাইসিগী লোন, কলা অমসুং সংস্কৃতিবু ঙমজবা মওঙদা চাওখৎহনবগী পান্দমদা অহানবা ওইনা হাওবোংবম বাজমনি গী *অশম্বা ভাবতকী কাব্য কাঙলোন* লাইবিক অসি মণিপুরীদা পুথোকচবি।

মণিপুরী সাহিত্য নৈনবগী হীরমদা মপান মণিপুরদা নৈনবোল লাইবিক্তি লাইবক থীনিঙইহিনি, মরমসু লৈবমগনি। সমালোচক নৎত্রগা ক্রিটিকশিংনা ভাবতকী সাহিত্য নৈনবোল অমসুং যুরোপকী সাহিত্য নৈনবোল অনী অসি কৃপ্না খঙবা হায়রসি তঙাইফদবা অমনি। অইবা খুদিংমক্লসু নৈনবোল অনী অসি খঙবা ঙম্লক্লবদা অফবা মগুণ লৈবা লাইবিক মণিপুরী সাহিত্যদা থোক্লক্কনি খনজে।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, বনতাবাপুর মশানা পুথোকচবিবা লাইবিক অসি শেন্দোংগী নৎচদে। খুনাইসিগী অৱাৎপা খজিক্তুং ওইববসু মেনখৎচনিংবগী ৱাখলদা পুথোকচবনি। মশাসিগী ভি,পি য়েঙখোম বীরচন্দ্র অমসুং সেক্রেটরী কাঙবম দিকেন মখোয অনীগী শৌগৎ ৱাহৈ অমসুং কলা প্রিন্টিং ৱার্ক্স কী কর্মকর্ত্তা ওইরিবা লোয়ারাকপা খুমন অহমসিগী মতেংনা মতম খবদংদা পুথোকপা ঙমজখিবনি। তৌবিমল কাওজবোই। অইবা হাওবোংবম বাজমনিবুসু মহাক্কী ম্যানুসক্রিপ্ট হবাও হবাও পীবিবকপগীদমকথাগৎচবি। লাইবিক্কী মমল যাবিবমখৈ কোমথোকহন্নবা হোৎনজবনি । অদুবু মতমসিগী চাদিংনা ওন্নতৈনবা ওইহল্লে, ঙাকপীগনি।

লাইবিক অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রী অমসুং অইবা, সাহিত্য প্রেমীশিংদা ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী মরমদা খজিক্তুং ওইববসু কান্নবা পিগনি হায়বগী থাজবা থমজবগা খ্বাই তবাগী মফমদা লাইবিক অসি লাম্থোকচবি। অশোয- অঙাম ঙাকপীগনি।

**হাও অমর**
*প্রেসিদেন্ট*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম,
বনতাবাপুর মশা।

তাং- ২৬/৯/০৩ ইং।

# য়ারোল অমা

শ্রী হাওবোংবম বাজমনিগী 'অশম্বা ভাবতকী কাব্য কাঙলোন' ভাবতকী কাব্য শাস্ত্রগী মশক শন্না তাকপা লাইবিকনি। ভাবতকী ওইবা মীৎয়েংদগী কাব্য নৎত্রগা সাহিত্যবু মশক খঙনবা অমদি খঙহন্নবা লাক্লবদা অসিগুম্বা মওংগী নৈনবগী লাইবিক মণিপুরীদা পুথোকপা চুম্মিবনি। বাজমনিগী সেবা তবান্না তৌফম থোকই হায়না খল্লি।

খৃষ্ট মতুংগী অহানবা নৎত্রগা অনীশুবা চহীচাদগী হৌনা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা লমগী মায়চৌশিংনা কাব্যবু কুপ্না যান্নমক কুপথনা যেংলক্লি, মশক খঙনবা অমদি খঙহন্নবা লাক্লবক্লি, ঙসি ফাওবা লেপত্রি, লেপসু লেপখিবোই হায়না থাজবি। লীশাং শীৎনা নৈনবকপদা, অসুম কুপথবকপদা মতাং মতাংগী মফম মফমগী ওইনা মীৎয়েং খেন্নবকপা যাওবকই। মশানা তাবনি। মীৎয়েং যান্নমক খেন্নবসু য়াওবকই। অমনা হায়বা বাফম অমনা য়াদবা, সুকযামক য়াদবসু যাওবকই। অদুমকপু পুন্নমক চাউবাকপা মীৎয়েং অমদা যান্নববা বাফম মযাম অমদি যাঙলেন শব্দ ওইনা লৈবি। মওংবু, কাব্যদা বস যাওই হায়বসিমদি ফোঙদোকপগী লোন্দা-পুদা অমদি মওং-মতৌদা খেন্নবা লৈববসু পুন্নমক্লা য়ানববনি। অসিগুম্বা মওংদা অপুনবগী ওইবা মান্নববা বাফম ময়াম অমা খুদোংচাবগী মতুং ইন্না পবেং অমদা থম্মগা নৌনা তমখৎলক্লিবা মহৈবোইশিংগী মফমদা খুদোল তন্নবা সাধনা অমা অইবনা তৌবি।

কাব্য অমদি কাব্যশাস্ত্রগী হীবম অসি য়াম্নমক পাক চাউই। মায়চৌ অমমমনা পীবন্নিবা মত অসি য়ান্নমক কুপই অমদি পাক চাউই। মায়চৌগী মশীংসু ওহ্লোক্লা য়ামখ্রবনি। মখোয়না হায়বম্বা মান্নবা বাফমশিং খঙদবা যাদে কাব্য নৈনগে হায়ববদি। খঙদবা য়াদবা বাফম ময়াম ময়ামদগী মব্দ ওইবা খবা খনগৎলগা মচা খায়না, অবায়বা লোন্দাদা নৌজবিবশিংনা মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংগদবা খুদম প্রমাণ মথং মথং পীদুনা তাক্লনবা লাক্লবি। অচৌবা অরুবা বাফম অমা খঙনবা লাক্লবদা য়ুম্ফম ওইগদবা বাফম মচা-মচা কযামুকসু লৈবি। মচা ওইজববসু মমুদ তানা খঙদবা য়াদবনি। খঙদ্রগদি অচৌবা অকুবা বাফম অদুদা চঙশিনবা ঙমদে। মওংবু উপমা নৈনবদা উপমেয়, উপমাননচিংবসি হান্নবা খঙদবা য়াদে, বস খঙনবা লাক্লবদা ভাব ময়াম খঙদবা য়াদে, ধ্বনি খঙনবা লাক্লবদা শব্দ শক্তিগী লৌশিং মরু ওই। অসুন্না নাটক নৎত্রগা মহাকাব্য মশক খঙনবা লাক্লবদা সন্ধিগী লৌশিং লৈতবা যাদে। অসিগুম্বা

অহৌবগী ওইবা মচাব-মচল কযা অমা মতাং মতাংগী ওইনা অইবা বাজমনিনা শন্না কবিগুম্বা মতাংদা যান্না শমজিন্না পুখত্তুনা মশক তাক্লবা লাক্লবি। তরান্না ওকপা য়াবা সাধনা অমনি হায়বা তাই।

অমুক্কা হন্না পাকশন্না নৈনদুনা পাযখৎত্রিবা হীবম কয়াদসু খূৎ থাবক্লগদি কাব্য নৈনবোনগী লমদাংদা অচৌবা সেবা তৌবা থোক্কনি। ওইরকপা ওইসনু।

**এলাংবম দীনমনি**
*প্রোফেসব*
মণিপুবী বিভাগ
মণিপুব যুনিববসিতী।

কানচিপুব
৩১।৮।২০০৩

# ৱাহৌদোক

ভাবতকী কাব্যশাস্ত্র পাকচাউখ্রবা কূপখ্রবা অমসুং লুখ্রবা হীবমনি। অসিগুম্বা হীবম অসি চেনা খবদা শুপচিন্নগা ইথোকপগীদমক খূৎ থাবা হায়বসি 'থীক নেম্বনা থা লাম্বা' হায়বা মৈতৈ পাউবৌদু তাগদ্রা হায়না মিপাইজদবসু নত্তে। অতোপ্পগী ৱাফম থম্মুদনা ইশামক হীরম অসিদা খঙনীংলূবনা অঙৈনবা অমা যাওনা হৈত-হৈত ইজখিবা লাইবিক্নি। য়াবিবমখৈ লাইবিক অসিদা অবাযবা লোন্দা শীজিন্নজে, অদুবু মতাংনা য়াদবদা মীরোন অমসুং অকক্নবা অর্থ পুবা ৱাহৈশিং সংস্কৃত ৱাহৈ ওইনা অদুমক থমজে। লাইবিক অসিদা মরু ওইনা কাব্য, বস, অলঙ্কাব, গুণ-বীতি, ধ্বনি, বক্রোক্তি, ঔচিত্য, সাধাবণীকবণ, শব্দ-শক্তি, ছন্দ অমসুং ভাবতকী মকওইবা আচার্যশিংগী শন্নপ্পা মশকশিং তাক্লবা হোৎনজে। বানানগী মতাংদা য়াবিবমখৈ লান্দনবা হোৎনজৈ অদুবু খবদি চেকশিনহৌদবা হায়বা তাবে।

ঐগী পুন্সিদা অকনবা শাফু অমা পীবিবক্নুনা কন্না হোৎননীঙবগী ইচন ফাওহনবিখিবদি Chorus Repertory Theatre গী Director ঐগী গুক বতন থিয়াম‌নি। ঐনা 1993-94 দা Chorus কা শন্নবিঙেদা Chorus না হোৎনবা কনবা, খাঙবা কনবা, থকশি-খাশি, মওঙ চুন্না হোৎনববদি মহৈ ফংবগী মশক অমা শঙ-শঙনা উজবা ফংজখি। মসিনা ঐগী পুন্সিদা মঙাল অমা ফাওহনবিখি। মথংদা ঐগী গুক J N Manipur Dance Academy গী প্রধান গুরু শৌগায়জম থানিলনা ঐবু পীক্লিঙৈদগী মচাতা মচাগুম নাওকোনবিবক্নুনা হীবম খুদিংমক্তা অশোয়-অঙাম, অৱাৎ-অপা কয়া মেনখৎপীদুনা ঐগী পুন্সিবু শেমবিবকখি। মসিমক্তা ঐগী পুন্সিদা হিমায চুম্বীবা হায়বদু ওইখি।

লাইবিক অসি পুথোকপদা মক ওইবা পাউতাক কয়া পীবিবকখিবা ওজা এম, এস নিঙোম্বা, ঐবু হিন্দীগী লমদা থোইদোক্লা মীৎ পাঙহনবিখিবা ওজা আচার্য বাধাগোবিন্দ থোঙাম্নসু মক ওইবা পাউতাক কয়া পীবিখি। ঐবু কবিদা শোয়খিদগে হায়দুনা কূপ্পা শেন্নবিবক্নবা ঐগী ওজা ওইনাম ইবোচাউবনসু মক ওইবা পাউতাক কয়াগা লোয়ননা লাইবিক অসিগী অৱাৎ-অপা কয়া যেংশিনবিবগা লোয়ননা ঐবু পুক্নীং থৌগৎপিবদগী লাইবিক অসি মপুঙ ফাখিবনি। মথংদা ঐবু ইখূৎ পায়দুনা তম্বীবকপা

ওজা এলাংবম দীনমনিনা পাউতাক্তা নত্তুনা মক ওইবা লাইবিক কয়াসু পীবিবকখি লোযননা লাইবিক অসিগী মবমদা ব্যবোল অমত্তুং ইবীয়ু হায়জরুবদা তবাম তবাম্না ইবিবকপগীদমক শীংঙমলপোইদবা লমন অমা তোনশিনজববনি। অসিগুম্বা ওজাশিংগী পাউতাক অমসুং মতেংশিংসি নৎলমদ্রবদি অসূক কুপখ্রবা অমসুং লুখ্রবা হীবমসি ঐনা পায়খৎচবা ঙম্নম্লোই।

ঐগী *অশম্বা ভাবতকী কাব্য কাঙলোন* হাযনা মিংথোনবা লাইবিক অসি ফোঙবা ঙমদনা খঞ্জানদুনা লৈবিাঙদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, বনতাবাপুব মশানা ফোঙদোকপিবগে হাযদুনা ফোঙবগী দাগিত্ব পূম্নমক লৌবিখি। মসিগীদমক মতম লৈবা খিবিক্তা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম, বনতাবাপুব মশাবু কাওজবোই।

বনতাবাপুব কাছাড
২৫ সেপ্টেম্বব, ২০০৩

হাওবোংবম বাজমনি

# হীরম লামায়

তরুকশুবা পন্দুপ

## বক্রোক্তি সম্প্রদায়



তবেৎশুবা পন্দুপ

## ঔচিত্য সম্প্রদায়



নিপানশুবা পন্দুপ

## শব্দ শক্তি



মাপনশুবা পন্দুপ

## ছন্দ



তবাশুবা পন্দুপ

## ভারতকী আচার্য়শিংগী অশম্বা বারোল



## বিব্লিওগ্রাফি

# অহানবা পন্দুপ

# কাব্য

'কাব্য' হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃত ৱাহৈনি হায়বসিময়াম্না ইখঙ খঙনববা ৱাফমনি। ৱাহৈ অসি মণিপুরীদা হন্দোকপদা হৌজিক ফাওবদি খরা লুনা থোক্লি। অদুমক কাব্য হায়না কৌনদুনা চৎনবি। অমবোমদা অমুক 'সাহিত্য' হায়বসিসু সংস্কৃত ৱাহৈনি। ৱাহৈ অনীমক অর্থদি অমত্তনি। *সাহিত্যদর্পণ* অমসুং *কাব্যপ্রকাশ* মখল অমত্তগী লাইরিক্নি। চপ মান্নবা ৱাহৈ অনী অসিবু তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্রীশিংনা পামজবা মতুং ইন্না 'সাহিত্য' নৎত্রগা 'কাব্য' কৌজবগী ৱাতনি।

কাব্যগী পবিভাষাগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা ভাবতকী আচার্য়শিংনা তোঙান-তোঙানবা মশা-মশাগী ওইবা পবিভাষা পুথোক্তুনা ফোঙদোক্লবম্মী। পবিভাষাশিং অসিগীসু মমাঙদা *ঋগবেদ* নচিংবদসু কাব্যগী মবমদা পল্লম্বা উবা ফংই অমসুং আচার্য় ভবত মুনিনসু মাগী *নাট্যশাস্ত্র*দা মযেক শেংনা পল্লম্বা উবা ফংই। অদুগা মথক্তা পল্লম্বশিং অসিদগী হেন্না মযেক শেংনা পল্লম্বা আচার্যশিংগী পবিভাষাশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খবদং পল্লবদা ঃ-

(১) ভামহনা মাগী *কাব্যালঙ্কাব* দা "শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্" হায়বদি অর্থগা লোয়নবা ৱাহৈবু কাব্য কৌই হায়বম্মী।

(২) মম্মটনসু মাগী *কাব্যপ্রকাশ*তা "তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবন লঙ্কৃতী পুন ক্বাপি" দোষ লৈতবা, গুণনা লৈতেং ওইবা, অলঙ্কাব য়াওদ্রবসু নীংথিবা অর্থনা লৈতেংলবা ৱাহৈ পবেংবু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী।

(৩) বিশ্বনাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা "বাক্যং বসাত্মকং কাব্যম্" হায়বদি বস চেনবা ৱাহৈ পবেংবু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী ।

(৪) জগন্নাথনসু মাগী *বসগঙ্গাধব* দা "বমনীযার্থ প্রতিপাদক শব্দ কাব্যম্" হায়বদি নীংথিজনা অর্থ চেল্লবা ৱাহৈশিংবু কাব্য কৌই হায়বম্মী।

(৫) জয়দেবনসু মাগী *চন্দ্রালোক* তা "নির্দোষগুণালঙ্কাব লক্ষণবীতি বৃত্তম বাক্যং কাব্যম্" হায়বদি থোইদোক্লা গুণ অমসুং অলঙ্কাবশিংনা পূন্নবা লক্ষণ বস, বীতিনচিংবা য়াওববা বাক্যবু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী।

(৬) বামননা মাগী *কাব্যালঙ্কাব সূত্রবৃত্তি* দা "স দোষ-গুণালঙ্কারহা নাদানাভ্যম্" হাযবদি গুণ অমসুং অলঙ্কাব পূন্নবা শব্দবু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী।

(৭) দণ্ডীনসু মাগী *কাব্যাদর্শ* দা "ইষ্টার্থব্যবচিছন্না পদাবলি" হায়বদি পূক্নীং গুম্মাৎনিংঙাই ওইববা অর্থনা তিন্নবা বাহৈশিংদু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী।

(৮) শুদ্ধৌদনিনসু মাগী *অলঙ্কাবশেখব* দা "কাব্যং বসাদিমদ্বাক্যং শ্রুতং সুখবিশেষকৃৎ" হায়বদি বসনচিংবনা তিন্নবা থোইদোক্লা পূক্নীং পেলহনবা ওম্বা তাবদা নুংঙাইবা বাক্যবু কাব্য কৌগনি হায়বম্মী।

(৯) মহারাজ ভোজনসু মাগী *সবস্বতীকণ্ঠাভবণ* দা " বসাত্মকং কবি কূর্বন্ কীর্ত্তিং প্রীতিঞ্চ বিন্দতি " হাযবদি কবিশিংনা বসনা থবায় ওইবা কাব্যশিং ইদুনা মিংচৎ অমসুং অপেনবা ফংই।

(১০) আনন্দবর্দ্ধনসু "কাব্যস্যাত্মা ধ্বনি। শব্দার্থ শবীবং তাবৎকাব্যম্" হায়বদি কাব্যগী অত্মাদি ধ্বনিনি অমসুং শব্দশিংনা হকচাংনি হায়বম্মী।

মথক্তা পন্নিবা কাব্যগী পবিভাষাশিং অসিগী মনুংদা আচার্য বিশ্বনাথকী পবিভাষাবু খবা হেন্না মপুঙফাবা অমসুং অচুম্বদা নকশিনবা ওইনা অয়াম্বনা লৌনবি।

## কাব্যগী মখল

কাব্যগী মখল অসি ভাবতকী আচার্যশিংগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা মখল খায়দোক্লুনা উৎপা য়াই। মদুদি —

**(১) খুৎইগী মওঙ হায়বদি শৈলীগী মীৎয়েংদা,**

**(২) মওঙ-মতৌ হায়বদি স্বরূপকী মীৎয়েংদা অমসুং**

**(৩) পূক্নীং হূবা হায়বদি রমণীয়তাগী মীৎয়েংদা।**

## (১) খুৎইগী মওঙ হায়বদি শৈলীগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ-

মীৎয়েং অসিদা কাব্যবু মখল অহুম থোক্না য়েংবা য়াই। মদুদি — **(ক) গদ্য (খ) পদ্য অমসুং (গ) চম্পূ**

### (ক) গদ্য

ছন্দদা য়ুম্ফম ওইদবা নুম্মিৎ খুদিংগী শীজিন্নবিবা বাবী বাতাইগী মওঙদা ব্যাকরণগী নিয়ম মতুং ইন্না ইবা কাব্যবু গদ্য হায়বদি বাবেং কৌই। নিবন্ধ, কহানী নচিংবশিংসি গদ্যগী মনুং চনবা কাব্যনি।

### (খ) পদ্য

অয়াম্বা মতমদা ছন্দদা য়ুম্ফম ওইবা, ব্যাকবণগী নিয়মগী বাংমা লাহোক্লগা ঈথক-ঈপোম অমগা লোয়ননা ইবা কাব্যবু পদ্য হায়বদি শৈবেং কৌই। শৈবেং অচৌবা মচা পূন্নমক পদ্যগী মনুং চনগনি।

### (গ) চম্পূ

গদ্য হায়বদি বাবেং, পদ্য হায়বনা শৈবেং অনীমক পূন্না য়ানশিন্নদুনা ইবা কাব্যবু চম্পূ হায়না খঙনৈ। ডাঃ কমলগী *মাধবী* মখল অসিগী কাব্যনি।

## (২) মওঙ-মতৌ হায়বদি স্বরূপকী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ--

মীৎয়েং অসিদা কাব্যগী মখল অসি অনী থোক্না য়েংবা য়াই। মদুদি — **(ক) দৃশ্যকাব্য অমসুং (খ) শ্রব্য কাব্য।**

### (ক) দৃশ্যকাব্য

মীৎমাঙদা শঙ-শঙ উহন্দুনা নৎত্রগা য়েংহন্দুনা থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা অদুগুম্বা কাব্য মখল অদুবু দৃশ্যকাব্য কৌই। কাব্য মখল অসিনা লাইবিক হৈবা-হৈত্তবা, নহা-অহল খাক্তনা ভাবে কশিংবু নুংঙাইবা মহাও পীবা ঙম্মী। কাব্য মখল অসি শৈরেং অমসুং বাবেং হায়বদি পদ্য, গদ্য অনীমক্তা ইনবসু চৎনৈ। ভবত মুনিনা কাব্য মখল অসিবু 'মঙাগুবা বেদ' নি হায়না ফাওবা হায়বম্মী।

দৃশ্যকাব্য অসি অমুক মখল অনী থোক্না খায়দোক্লম্মী। মদুদি —

**(অ) রূপক অমসুং (আ) উপরূপক।**

**(অ) রূপক** - নট নৎত্রগা নটী কানা অশেংবা শক্তম নৎত্রগা কবিগী কল্পনানা শাগৎপা শক্তমগী মশকপু মতৌ তমদুনা বাঙাং-শাঙাং ফিজেৎনচিংবগী মতেং

লৌদুনা মতৌ মান্না অভিনয় তৌদুনা ফম্বাক্তা উৎথোকপা দৃশ্যকাব্যবু ৰূপক কৌই। মসিবু খবা ৱাংবা থাক্কী দৃশ্যকাব্য ওইনা আচার্যশিংনা লৌনে।

ৰূপকপু অমুক মখল তবা থোক্লা থায়দোক্নুনা লৈবি। মদুদি — নাটক, প্রকৰণ, ইহামৃগ, ডিম, সমবকাৰ, ভান, প্রহসন, বীথী, ব্যায়োক অমসুং অঙ্ক ।

১। **নাটক** — ৰূপক দৃশ্যকাব্যগী মক ওইবা মখল অমনি। মসিবু নাট্য হায়নসু খঙনৈ। হৌজিক্কী মতমদা ৰূপকপু নাটক হায়না অদুমক শীজিন্নবা চৎনরে। তশেংবদি তোঙানবা মশক অমনি। মসিগী ৱাবীদি ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইগদবনি। শৃঙ্গাৰ অমসুং বীৰ বসনা মৰু ওইবা বস ওইগনি। অঙ্ক হায়বদি এক্ত মঙাদগী তবা ফাওবগী মনুংদা ওইগদবনি, মসিদগী হেনবা অমসুং ৱাৎপা যাদবগী নিযম অমা মশাগী লৈজে। ৰূপক মখল অসিদা সন্ধি মঙামক, অর্থ প্রকৃতি মঙামক, কার্যগী অবস্থা মঙামক অমদি বৃত্তি মৰিমক হাপ্পী।

খুদম — কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম্* মখলসিগী ৰূপকনি।

২। **প্রকৰণ** — মসিসু ৰূপক দৃশ্যকাব্যগী মক ওইবা মখল অমনি। মসিগী ৱাবীদি লৈবাক্লা খঙনবা নৎত্রগা কল্পনাগী ওইগনি। নাযকনা ধীৰপ্রশান্ত ওইগনি, শৃঙ্গাৰ বসনা মপুঙ ওইগনি। সন্ধি মঙামক, অর্থ প্রকৃতি মঙামক, কার্যগী অবস্থা মঙামক অমদি বৃত্তি মৰিমক য়াওগনি। অঙ্ক মঙাদগী তবাগী মনুংদা ওইগনি।

খুদম — শূদ্ৰক্কী *মৃচ্ছকটিকম্* মখলসিগী ৰূপকনি।

৩। **ইহামৃগ** — ইতিহাস অমসুং কল্পনা ইয়ান যানশিন্নবা ওই। নায়কনা ধীৰদাত্ত ওইগনি, শৃঙ্গাৰ বসনা মপুঙ ওইবা লীলানি। অঙ্কসু মৰিখক্তনি। মুখ, প্রতিমুখ অমসুং নির্বহণ হাযবিবা সন্ধি অহুম অসিদমক য়াওগনি।

খুদম — কবি বৎসৰাজগী *ৰুক্মিনীহৰণ* মখলসিগী ৰূপকনি।

৪। **ডিম** — ইতিহাস নৎত্রগা পুৰাণদগী লৌবা ৱাবী অমদগী শাগৎপা থৌদোক পৰীংনি। নায়কনা ধীৰোদ্ধত মখলগী ওই। ৰৌদ্র বসনা মপুঙ ওইবা লীলানি। মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমসুং নির্বহণ সন্ধি খক্ত যাওই। বৃত্তিসু সাত্বতী অমদি আৰভটীতা শীজিন্নৈ।

খুদম — সংস্কৃতকী *ত্রিপুৰ-দাহ* মখলসিগী ৰূপকনি।

৫। **সমবকাৰ** — পুৰাণগী ৱাবীদা য়ুম্ফম ওইবা ৰূপকনি। নায়কনা ধীৰোদাত্ত নৎত্রগা ধীৰোদ্ধতনা ওই। সন্ধি মৰি হায়বদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমদি নির্বহণ য়াওই। বৃত্তিদি আৰভটী অমসুং সত্বতীনা ওই। অঙ্ক অহুমগী লীলানি। বীৰ বসতা য়ুম্ফম ওই।

খূদম – *অমৃত-মন্থন* ভবত মুনিনা *নাট্যশাস্ত্র* দা পন্নম্বনি, লীলা ওইনদি উদ্রে।

**৬। ভান** – কল্পনাগী ওইবা বাবীদা পাত্র অমখক্তনা বাহং পাউখুম তৌজবা অঙ্ক অমখক্তনা শাবা লীলানি। মসিদা সন্ধি অনী মুখ অমসুং নির্বহণ অদুগা বৃত্তিনা ভাবতীনা ওই। মীনম শোরিবনা লীচৎ ওইবা মায়া হৈবা মীওইবগী লীচৎ য়েকপনা মপূণ্ডনি। বীর অমসুং শৃঙ্গার বসনা মপূণ্ড ওইবা লীলানি।

খূদম – ভাবতেন্দু হবিশ্চন্দ্রগী *বিষয্য বিষমৌষধম্* মখলসিগী কপকনি।

**৭। প্রহসন** – মসিসু কল্পনাগী ওইবা বাবীদা অঙ্ক অমখক্তনা শাবা লীলানি। মসিদা নির্বহণ সন্ধি অমসুং ভাবতী বৃত্তিদমক য়াওই। তৌশিন্নবা, সন্যাসী, কঞ্চুকীনা নায়ক ওই। হাস্য বসনা মপূণ্ড ওইদুনা নোক্লনবগীদমক শান্নবা লীলানি।

খূদম – ভাবতেন্দু হবিশ্চন্দ্রগী *বৈদিকী হিংসা হিংসা ন ভবতি* মখলসিগী কপকনি।

**৮। বীথী** – মসিসু কল্পনানা শাগৎপা বাবীদা যুম্ফম ওইবা অঙ্ক অমখক্তগী কপকনি। নায়কনা ধীবললিত ওইগন্নি, পাত্র অনীদগী হেন্দে। শৃঙ্গাব অমসুং বীব বসনা মপূণ্ড ওইবা রসনি। মুখ অমসুং নির্বহন সন্ধিতনি অতৈ সন্ধি য়াওদে। বৃত্তিসু কৈশীকীতনি।

খূদম – *লীলা মধুকব* মখলসিগী কপকনি।

**৯। ব্যায়োগ** – পুবাণ নৎত্রগা ইতিহাসকী বাবীদা যুম্ফম ওইবা নোংমগী মনুংদা থোকপা থৌদোক বাথোক্কী পবীংদা শাগৎপা, অঙ্ক অমত্তগী ওইবা তৌবতবু খবা শাংবা লীলানি। মসিদা মুখ, প্রতিমুখ অমসুং নির্বহণ সন্ধি য়াওই। বৃত্তিনা সাত্বতী অমসুং আরভটীনি, ধীবোদ্ধত নৎত্রগা ধীবোদাত্তনা নাযক ওইবা বীব বসনা মপূণ্ড ওইবা লীলা মখলনি।

খূদম – ভাবতেন্দু হবিশ্চন্দ্রগী *ধনঞ্জয়-বিজয়* মখলসিগী কপকনি।

**১০। অঙ্ক** – কল্পনাগী ওইবা বাবী তৌবতবু মীয়ান্না পাক-শন্না খঙনববা বাবীগী পরীংদা শাগৎপা অঙ্ক অমখক্তগী ওইবা পংশোং শাংদবা লীলানি। মসিদা মুখ অমসুং নির্বহণ সন্ধিদমক য়াওই, বৃত্তিসু সাত্বতীতনি, নায়কসু মীচম নৎত্রগা অফাওবা মীনসু ওইবা করুণ রসনা মপূণ্ড ওইবা কপকনি।

খূদম – *শর্মিষ্ঠ যযাতি* মখলসিগী কপকনি।

**(আ) উপরূপক** - জগোইনা যুম্ফম ওইদুনা শান্নবা দৃশ্যকাব্যবু উপকপক কৌই। মসিদা বা কা হেন্না ঙাংদুনা ভাবোক্কী থম্মোয়দা ইহল ফাওহনবগী মহুৎতা

জগোই-ঈশ, মীৎযেং-নাযেং, শাওঙ-শাথেক অসিনচিংবনা ভাবোকশিংগী মফমদা অখন্নবা ভাব হায়বদি ঈশ্চল অমবু যাকায়হনবনি।

উপরূপকসু রূপকনা মখল খাযবগুম মখল তরানিপান লৈ। মদুশিংদুদি - ১) নাটিকা, ২) প্রকরণিকা, ৩) ত্রোটক, ৪) শিল্পক, ৫) দুর্মল্লিকা, ৬) নাট্যরাসক, ৭) উল্লাপ্য, ৮) কাব্য, ৯) শ্রীগদিত, ১০) হল্লীশ, ১১) ভাণিকা, ১২) রাসক, ১৩) প্রেঙ্খণ, ১৪) প্রস্থানক, ১৫) বিলাসিকা, ১৬) সংলাপক, ১৭) সট্টক অমসুং ১৮) গোষ্ঠীনি।

**১) নাটিকা**— কল্পনানা শাগৎপা অঙ্ক মরিনা শাবা, সংয়োগ শৃঙ্গার রসনা মক ওইবা রস ওইবা লীলানি। ধীরললিতনা নায়ক ওইবা, সন্ধি মঙামক য়াওবা বৃত্তিনা কৈশিকী ওইবা উপরূপকনি।

খূদম – শ্রীহর্ষগী *রত্নাবলী* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(২) প্রকরণিকা**— লৈবাক্কা খঙনরবা রাবী ওইবা নৎত্রগা কল্পনানা শাগৎপা, শৃঙ্গার রসনা মপুঙ ওইবা, ব্রাহ্মণ লল্লোনবনা নায়ক ওইবা, অঙ্ক মঙা ফাওবা ওইবা উপরূপকনি। মসিদা সন্ধি মঙামক অমসুং বৃত্তিনা কৈশীকীনা ওই। মসিগী খূদম *সাহিত্যদর্পণ* দা পল্লমদে।

**(৩) ত্রোটক** — কল্পনানা শাগৎপা রাবীদা যুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার রসনা মপুঙ ওইবা, ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশীকী বৃত্তি অমসুং সন্ধি মঙামক যাওবা, অঙ্ক মঙানা শাবা উপরূপকনি।

খূদম – *বিক্রমোর্বশীয়ম্* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৪) শিল্পক**— মোঙফম, ভূটনচিংবগী রাবীদা যুম্ফম ওইবা, শান্ত অমসুং হাস্য রস নত্তনা শৃঙ্গার অমসুং অতৈ রসনা মপুঙ ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, সন্ধি মঙামক যাওববা ব্রাহ্মণনা নায়ক ওইবা, অঙ্ক মরিনা শাবা উপরূপকনি।

খূদম – *কনকাবতী মাধব* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৫) দুর্মল্লিকা** — পুঙ অমগী রাবীদা অঙ্ক মরিগী ওইবা লীলানি। হাস্য নৎত্রগা শৃঙ্গার রসনা মপুঙ ওইবা রস ওইগনি। নায়ক্কা অতোনবা নৎত্রগা মীচন্না ওইবা, কৈশীকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, সন্ধি মরিনা তিল্লবা উপরূপকনি।

খূদম – *বিন্দুমতী* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৬) নাট্যরাসক**— কল্পনাগী রাবীদা যুম্ফম ওইবা, হাস্য নৎত্রগা শৃঙ্গার রসনা মপুঙ ওইবা, ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা অঙ্ক অমগী লীলানি। কৈশিকী বৃত্তি, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা উপরূপকনি।

খুদম — *বিলাসবতী* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(৭) উল্লাপ্য** — অঙকপা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাৰ, হাস্য নৎত্রগা করুণনা মপৃঙ ওইবা বস ওইবা, ধীবোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভাবতীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খুদম — *দেবীমহাদেবম্* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(৮) কাব্য** — লৈবাক্লা খঙনববা নৎত্রগা কল্পনাগী ওইবা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব নৎত্রগা হাস্যনা মরু ওইবা বস ওইবা, ধীবললিত নৎত্রগা ধীবোদাত্তনা নায়ক ওইবা, আরভটী বৃত্তি, সন্ধিনা গর্ভ অমসুং বিমর্শনা ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খুদম — *যাদবোদয* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(৯) শ্রীগদিত** — ইতিহাসকী বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব অমসুং বীবনা মরু ওইবা, ধীরোদত্তনা নায়ক ওইবা, সন্ধিনা গর্ভ অমসুং বির্মশনা ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খুদম — *ক্রীডাবসাতলম্* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(১০) হল্লীশ** — কল্পনাগী ওইবা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব অমসুং হাস্য বসনা মপৃঙ ওইবা রস ওইবা, ধীবোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশিকী বৃত্তি, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খুদম — *কেলিবৈবতকম্* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(১১) ভাণিকা** — ইতিহাসকী বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব বসনা মপৃঙ ওইবা বস ওইবা, নায়কনা অতোনবা অপণ্ডবনা ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভাবতীনা বৃত্তি ওইবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খুদম — *কামদত্তা* মখলসিগী উপৰূপকনি।

**(১২) রাসক** — ইতিহাসকী অফাউবা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব বসনা মপৃঙ ওইবা, নায়কনা থোইদোক্লা অপণ্ডবা ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভাবতীনা বৃত্তি ওইবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খুদম — *মেনকাহিতম্*।

**(১৩) প্রেঙ্খণ** — ইতিহাসকী বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব অমসুং বীব বসনা মপৃঙ ওইবা রস ওইবা, নায়কনা অতোনবা ওইবা, বৃত্তি মরিমক য়াওবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি।

খূদম — *বালিবধ* ।

**(১৪) প্রস্থানক** — ইতিহাসকী অফাউবা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব বসনা মপুঙ ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভাবতীনা বৃত্তি ওইবা, অতোনবা, মীনাইনা নায়ক ওইবা, অঙ্ক অনীগী উপৰূপকনি।

খূদম — *শৃঙ্গাবতিলকম্* ।

**(১৫) বিলাসিকা** — ইতিহাসকী অফাউবা বাবী অমদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব অমসুং হাস্য বসনা মপুঙ ওইবা, নায়কনা বিদূষক, বিট, পীঠমর্দ, অতোনবা মীশক্লা ওইবা, সাত্বতী অমসুং আবভটীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপৰূপকনি। বিলাসিকা অসিবু কন্নাগুম্বা আচার্যশিংনা বিনায়িকা হায়নসু কৌবম্মী অমসুং বিনায়িকা অসিবু দূর্মলিকাগী মনুংদা চলহল্লম্মী। মসিগী খূদম *সাহিত্যদর্পণ*দা পল্লমদে।

**(১৬) সংলাপক** — ইতিহাসকী অফাউবা বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব অমসুং করুণ বসনা মপুঙ ওইবা বস ওইবা, নাপল তৌবা চন্দাল ফত্তবা মীশক্লা নাযক ওইবা, সাত্বতী অমসুং আবভটীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক মবিনা শাবা উপৰূপকনি।

খূদম — *মায়াকপালিকম্* ।

**(১৭) সট্টক** — কল্পনানা শাগৎপা বাবীদা য়ুম্ফম ওই ,অদ্ভুত বসনা মরু ওইবা বসনি, ধীবললিতনা নায়কনি, কৈশিকী বৃত্তিনি, সন্ধি মঙামক য়াওবা, অঙ্ক মবিনা শাবা উপৰূপকনি।

খূদম — *কর্পূবমঞ্জবী* ।

**(১৮) গোষ্ঠী** — ইতিহাসকী অফাউবা বাবীদা য়ুম্ফম ওই, সংয়োগ শৃঙ্গাবনা মক ওইবা বসনি, ধীবদাত্তনা নায়কনি, কৈশিকী বৃত্তি, গর্ভ অমসুং বিমর্শনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী ওইবা উপৰূপকনি।

খূদম — *বৈবতমদনিকা* ।

মথক্তা পল্লিবা দৃশ্যকাব্য মখলশিং অসি ১৮শুবা চহীচা ফাওবগী মনুংদা ফংবা লীলা মখল ভাক্ত নি । অদুবু ১৯শুবা শতাব্দীনা মচিন বাইবকপগা লোয়ন-লোয়ননা হৌজিক ফাওবদা মওঙ কয়াগী লীলা কয়া থোবক্তবা নত্তে। খবদং পল্লবদা— একাঙ্কী, লঘু নাট্য, নুক্কড় গীতি নাট্য, চাংয়েং লীলা অসিনচিংবা পনবা য়াই। মখোয়সিগী মবমদা মখাদা শল্লপ্পা ইবি।

**একাঙ্কী ঃ-** মসিবু মৈতৈবোন্দা 'অঙ্ক অমগী লীলা' ইংবাজীদা 'ৱান এক্ট প্লে' হায়বগা খণ্ডনৈ। অঙ্ক অমখক্তা ওইবা, মরু ওইবা ৱাবী অমত্তদা য়ুম্ফম ওইবা, মিনিট তরাদগী পুল্থায়মুক্কী মনুংদা শান্নবা; খৌদোক-ৱাথোক অমসুং পাত্র পংয়াম য়ামদনা, অইবনা পান্নিবা ৱাফম অমত্তমক উৎপনি। থোইদোকপা ঈথিল অমগা লোয়ননা ৱাবী হৌগৎলি। অদুগা খৌরাংবো, অণ্ডকপা অমসুং খণ্ডনীংবগী ৱাখলগী খোঙচৎকা লোয়ননা চরম সীমা হায়বদি ক্লাইমেক্সতা খণ্ডলোই লোইশিল্লি। মসিদা সংস্কৃতকী রূপক ব্যায়োগ, ভাণ, বীথী, প্রহসন অমসুং উপরূপক নাট্যবাসক, বাসক, গোষ্ঠী, উল্লাপ্য, কাব্য, শ্রীগদিত, বিলসিকা অমসুং প্রেঙ্খণ অসিনচিংবা একাঙ্কীগী মনুংদা থম্বা য়াই।

**লঘু নাট্য ঃ-** মসিবু মৈতৈবোন্দা 'লীলা মচা' ইংবাজীদা 'শোর্ট প্লে' হায়বগা খণ্ডনৈ। মসি চাউরাক্লা মিনিট ৪৫ দগী পুণ্ড অমগী মনুংদা শান্নবা লীলানি। অঙ্ক হায়বদি সীন নৎত্রগা দৃশ্যগী অককবা মশীং লৈত্রবসু য়ামদে। মসিদা উৎলিবা পান্দম মেসেজসু অমত্তনি। মপাঙ্খোঙগী মীৎকী কুপ্মে উৎপগী মহুত্তা নুংগী ওইবা উৎপদনা হেন্না চান্নবা লীলা মওঙনি। অয়াম্বা লঘু নাট্য খুদিংমক তবম সীমাদা চপ লেপ্তুনা লোইশিনগল্লি। মসি একাঙ্কীগা মান্নবা মশক কয়া য়াওবা থেংনববসু একাঙ্কীগী অঙ্ক নৎত্রগা এক্ট অমনা ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বা অদুদগীদি নাঙ্খোকচবা ওম্মী। তৌবতবু হীবম খুদিংমক্তা তেনশিন-পীকশিনবা লীলানি। মসিগী খুদম ওইনা শ্রীভাসকী *দূতবাক্যম, কর্ণভাব* পনবা য়াই।

**নুক্কড় ঃ-** মৈতৈরোন্দা 'লম্বী লীলা' ইংবাজীদা 'স্ট্রিট প্লে' হায়বগা খণ্ডনৈ। লমলোং, কৈথেল, মী তিনবা মফম, লম্বীগী মতাইনচিংবদা চাউবাক্লা মিনিট ২০ মূক শান্নবা লীলানি। পাত্র মশীং য়ামদে। সমাজদা কবিগুম্বা ৱাফম মচা অমতমক পীনবা উৎপনি। প্রাবম্ব অমসুং প্রয়ত্নগুম্বগী খোঙজেলদা লাক্লগা লীলাগী চবম সীমাগী মতাংদা লীলা লোইশিল্লি। মসিদা ফিজেৎ-লৈতেং, ফম্বাক্লচিংবা যাওদে। ৱাবী-ৱাতাইনা মপুণ্ড ওইবা লীলানি।

**গীতি-নাট্য ঃ-** 'গীতি-নাট্য' বু 'সংগীতিকা' হাযনসু খণ্ডনৈ। ইংবাজীদা 'ওপেবা' গা মান্নে হায়না লৌনবি। মসি শৈবেংগী মওঙদা ইবা ঈশৈনা মপুণ্ড ওইবা লীলানি। মসি দৃশ্যকাব্য অমদা চঙলিবা মচাক কার্য়গী অবস্থা, অর্থ প্রবৃত্তি সন্ধিনচিংবা যাওই। জগোই অমসুং চোলোননচিংবনা হেন্না মরু ওই। ডাইলোগ য়াওবনা বেলে (Ballet) হাযদুমকসু নত্তে। পাত্র খুদিংমক সংগীতকী জ্ঞান লৈবা তাই। মখলসিগী লীলাদা কালিদাসকী *মালবিকাগ্নিমিত্র* পনবা য়াই।

চাংয়েংলীলা ঃ- হান্নগী চৎনবকপা নাট্যশাস্ত্রগী চৎন-পথাপপু থুগাইরক্তুনা হায়বদি অককুবা নায়ক লৈতবা, বাবী পবীং ময়েক শেংফাত্তবা, যৌদোক লেংশিনবদা নীংতম্বা মওঙ লৈ। মসিদা বসকী থাজবগী বাংমদা লৈদুনা মরু ওইবা অপাম্বা বাফম অদু অতেনবা মতমগী মনুংদা উৎলম্লগা চবম সীমাদা চপ লেপথোক্তুনা লীলা লোইশিনবগী মওঙ লৈ। মসি মীপুম হুপ্পা য়েংবা নুংঙাইবা লীলাদি নত্তে। লীলাসিগীদমক অথম্নবা ভাবোক চঙই।

## দৃশ্যকাব্যগী মচলশিং

### কথাবস্তু

মসি দৃশ্যকাব্যগী য়াঙলেন শকনি। মসিবু মৈতৈলোন্দা বারী পরীং হায়না খঙনৈ। মসিগী মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মদুদি —

(ক) প্রখ্যাত (অফাউবা ময়াম্না খঙনববা ইতিহাসকী বাবীনি)।

(খ) উৎপাদ্য (কল্পনানা শাগৎপা বাবীনি)।

(ক) মিশ্র (ইতিহাস অমসুং কল্পনা অনীগী য়ানশিন্নবা বারীনি)।

### দৃশ্য অমসুং সূচ্য

মীৎমাঙদা পুথোক্তুনা উৎপা য়াবা অমসুং উৎপা কান্নবোইদবা বারী পবীংদা মশক অনীথকসু লৈবি। মদুদি — দৃশ্য অমসুং সূচ্য হায়বিবসিনি। দৃশ্য হায়বদি উৎপা য়াবা উথলিবা শকক অদুতবু হায়বনি। সূচ্য হায়বনা পাউদম পীদুনা ময়ামদা খঙহনবগী মওঙনি। থোইদোক্লা উৎলুবগী কান্নবা লৈতবা, উৎলুরগসু হেন্না মতম মাঙহনবা, অদুনা পাত্রনা বারী শাবদা নৎত্রগা সূত্রধাবনা ঈশৈনচিংবা শক্তুনা খঙহনববু সূচ্য হায়রিবসিনি। মসি তশেংনা উৎত্রবসু খঙহন্দবা য়াদ্রবা মশক অমনি। মখাদা সূচ্য মথল মথং-মথং উথলি।

**বিস্কম্ভকঃ-** লীলা হৌবকপদা থোকখ্রবা নৎত্রগা থোক্লকদবা যৌদোক বাথোকী বাফম খরা খঙহনবগী থবক অসি ময়ায় ওইবা থাকী পাত্র নৎত্রগা অনেম্বা থাকী পাত্রশিংনা পাঙথোক্লে। অসিগুম্বা বাফম খরা খঙহনবগী থবক অসিবু বিস্কম্ভক কৌই।

**চূলিকা ঃ-** পাত্রনা ফম্বাক্তা থোক্তুনা মীয়াম মমাঙদা বা ভাবগী মহুত্তা মনুংদগী হায়বদি ফিজং মরুমদগী ভাংদুনা করিগুম্বা বাফম অমা ভাবোক্তা খঙহনববু চূলিকা কৌই।

**প্রবেশক:-** বিষ্কম্ভকুম্না লীলা হৌবকপদা নত্তবা লীলাগী অচৌবা অঙ্ক লোইবকপা অমসুং অঙ্ক অমগী হৌগৎলকপগী থোক্লকদবা থৌদোক বাথোক বাফম খরা ময়ায় ওইবা নৎত্রেগা অনেম্বা পাত্রনা পাণ্ডথোকপবু প্রবেশক হায়বগা খণ্ডনৈ।

**অঙ্কাবতার :-** লীলাদা লেপ্তনা চথরিবা অঙ্ক অমা মতাং অমদা লেপ্পুবগা মথংগী অঙ্কদা অমুক মখা চথবকপবু অঙ্কাবতার কৌই। অঙ্ক অমদা লৈরিবা পাত্র অদু মপান্দা থোক্লরগা অমুক হন্‌জিন্নকুনা মখোয়গী অভিনয় বাণ্ডাংনচিংবদু মথংগী অঙ্কদসু উৎলববু খণ্ডনৈ।

**অঙ্কমুখ নৎত্রগা অঙ্কাস্য :-** অঙ্ক অমগী লোইশিন্নকপা শরুক্তা মথংগী লাকদৌবিবা অঙ্কগী উৎকদৌরিবা হীবম অমসুং মীওইগী মাংজৌননা পাউ পীবগী মওণ্ডনি। হায়বদি পাত্র অনীনা বাবী শান্নবম্বদগী অমনা "হুয়েংদি বারুণী নুমিৎনি কারুসি" হায়বা মতাংদা অঙ্ক লোইশিনগ্রগা মথংগী অঙ্কদা বারুণী কাবগী মওঙ উৎপবুনি।

মথক্তা শন্না উৎলিবা সূচ্যশিং অসি লীলাদা লোইনা য়াওগনি হায়বগী অকক্লবা বাফম লৈতে। কথাবস্তু ময়েক শেংনা লাম্ভোকপদা অসিগুম্বা শীজিন্নবা য়াবা অকৃপ্পা মীৎয়েং লৈ হায়বগী বাতনি।

## কার্য্যগী অবস্থা মণ্ডা

দৃশ্য কাব্যগী কথাবস্তুগী মতাং অসি লাম্ভোকপদা কার্য্যগী অবস্থা হায়বসি চিথবা য়াদ্রবা মচল অমনি। কার্য্য হায়বদি বাবী অদুগী ফল, অইবনা পীনিংলিবা পাউজেল অদুবুনি। লীলাগী থৌদোক্কী পবীং অমা বাবী হৌবদগী লোইবফাওবদা তাংথক নাইনা মথং-মথং পুখৎলকপগী মথৌ তাই। অসুম্না তাংথক নাইনা মথং-মথং পুখৎলকপা অসিদা অবস্থা মণ্ডা চণ্ডই। মসিবু কার্য্য অবস্থা মণ্ডা হায়বগা খণ্ডনৈ।

মদুদি — প্রারম্ভ, প্রযত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিয়তাপ্তি অমসুং ফলাগমনি।

**প্রারম্ভ** — মসিবু আরম্ভ হায়নসু কৌনৈ। লীলা অহৌবগী তাংথক বাবী হৌবকপগী মতাংনি। দৃশ্যকাব্যগী ফল অসি করিনো হায়বদু ফোণ্ডদোকপগা লোয়ননা কবম্বা মওঙদা চৎথবক্কদবা লীলানো হায়বদু তাকই। মতাং অসিগী অকক্লবা দৃশ্য অমসুং অঙ্ক লৈতে।

**প্রযত্ন** — মসিবু যত্ন হায়বদি হোৎনবা হায়নসু কৌনৈ। ফল ফংননবা হোৎনরকপদা পাণ্ডথোকপা থৌরমনি।

**প্রাপ্ত্যাশা** — ফল ফংনবা হোৎনবকপদা মুক্লবকপা, য়েৎনবকপা, থিনগায়বা কয়া অদুবুনি।

অপনবা মযাম অসিনা ফল ফংবগী মতাংদা খঙ্গানবা বাখল থোক্কবা পন্নেপফম অমা খঙদনা লৈবকপা মতাংনি। মতাং অসি ফল ফংবা ফংদবা অয়ৌবী থাক্তা য়েৎনবকপগী মতাংনি।

**নিয়তাপ্তি** — মূক্রবম্বা, য়েৎনবম্বা, অপনবা পীবম্বা পূন্নমক মবায় চায়থবক্তুনা ফল ফংগদৌবে হায়বগী ঈঙ্গিৎ উবা মতাংনি।

**ফলাগম** — ফল ফংবা হায়বদি জয় ওইবা মতাংনি। মূক্রবম্বা য়েৎনবম্বা, অপনবা পীবম্বা পূন্নমক লূপশিনখিদুনা অফবনা তাউখৎলকপা মহৈ ফংবা মতাংনি। মসিবু ফলাগম হায়না খঙনৈ।

## অর্থ-প্রকৃতি

দৃশ্য কাব্যবু ফলগী মায়কৈ তন্না পুবিবা পাম্বৈ অদুবু অর্থ-প্রকৃতি কৌই। অবস্থানা থৌওঙগী ফিভম অদুবুনি, অর্থ-প্রকৃতিনা থৌওঙগী ফিভম অদুদা ফোঙদোক্লিবা অর্থগী বিধি অদুবুনি। শন্না হায়ববদা কার্যগী অবস্থাগী থৌদৌ-থৌওঙ, থৌদোক-বাথোকশিং অদু পুন্না পীবিবা অর্থ অদুবুনি। ফল ফংলিবসি ফোঙদোক্লিবা অর্থশিংগী মওঙ অদূদগী ফংবনি। মসিসু মখল মঙা থোক্লা লৈ।

মদুদি — বীজ, বিন্দু, পতাকা, প্রকবী অমসুং কার্য।

**বীজ** — হায়বদি মূল নৎত্রগা মব্দ হায়বনি। মসিনা দৃশ্যকাব্যগী মব্দনি। মসিনা পোকখাযবক্তুনা চাউখৎলগা লীলাগী মউ হাযবদি পাম্বী মশা-মবেং ওইগদৌবিবনি। মসিদা লীলাগী ফল ফুমদুনা লৈববনি।

**বিন্দু** — তাক্কী ওইবা বাবী লোইবা মপুঙ ওইবা বাবীদি মখা চখবা অনীগী তাইনফমদা বিন্দু ওই। মসিনা বাবী অমগা-অমগা মথং-মনাউ নাইনা শম্নহল্লি।

**পতাকা** — দৃশ্যকাব্যগী বাবী মপুঙগা ঈবোযননা চৎমিন্নবিবা অমসুং ফল তান্না পুবদা মতেং ওইবিবা মশা ওইবা বাবী মশক অদুবু পতাকা কৌই।

**প্রকরী** — দৃশ্যকাব্যগী বাবী পবীংদা মতাং অমগীদমক বাবী মচা-মচা য়াওবকপবু প্রকবী কৌই।

**কার্য** — ফল নৎত্রগা পঙ্গুং হায়না খঙনবা য়াই। নাযকনা তাম্লিবা মতাং অদু ফংববু কার্য হায়না খঙনৈ। মসি মপুঙ ওইবা বাবী পবীং অদুগী অবোইবা শককনি।

অইবনা অর্থ-প্রকৃতিশিং ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বা নত্তে। লীলাগী বাবীগী খোঙয়াঙদা মতাং অসিদা অসিগুম্বা মতাং লৈ হায়না য়াৎপা বাখলগী পন্থে অমনি। মসি অইবা অমসুং ক্রিটিকশিংনা খঙদবা য়াদ্রবা মরু ওইবা মচাক অমনি।

## সন্ধি

সন্ধি হায়বদি চুংশিন্নবা নৎত্রগা তাইশিন্নবা হায়বনি। কার্য়গী অবস্থাগা অর্থ প্রকৃতিগা অনী অসি পুনশিন্নবা নৎত্রগা চুংশিন্নবগী মওঙবুনি। কার্য়গী অবস্থাগা অর্থ-প্রকৃতিগা দৃশ্যকাব্যগী বাবী পবীংদা ঈবোযনদুনা চৎমিন্নে। অসুন্না পুন্না চুংশিন্নদুনা চৎমিন্নববু সন্ধি কৌই। মসিসু অকক্লবা মফম মতম চপ চানা উৎপা য়াবা মচল নত্তে, শকউদবা মচল অমনি। মসিগী মখল মঙানি।

মদুদি — মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ , বিমর্শ অমসুং নির্বহ্ণনি।

**মুখ** — প্রাবম্ভ কার্য়াবস্থাগা বীজ অর্থ-প্রকৃতিগা অনীগী চুংশিন্নবা মওঙবু মুখ সন্ধি হায়না খঙনৈ। মসিনা বস কয়ামুক পোকহনবগী মবা হুলহল্লি।

**প্রতিমুখ** — প্রয়ত্ন কার্য়াবস্থগা বিন্দূ অর্থ-প্রকৃতিগা চুংশিন্নববু প্রতিমুখ হায়না খঙনৈ। সন্ধি অসিগী মতাংদা লীলাগী ফল ফংগদবসু মানবা ফংলোইদবসু মানবা তথক-তথকপা মওঙদা লৈ।

**গর্ভ** — কার্য়বিস্থা প্রাপ্ত্যাশাগা অর্থ-প্রকৃতি পতাকাগা চুংশিন্নববুনি। মতাং অসিদনি লীলাগী ফল ফংবগী লম্বীদা অপনবা, অথিংবা অয়েৎপা লৈনা লৈনা ফল ফংবা য়াবগী ঈঙ্গিৎ উবকপা মতাংনি।

**বিমর্শ** — নিয়তাপ্তিগা প্রকবীগা চুংশিন্নববু বিমর্শ হায়বগা খঙনৈ। মতাং অসিদা ফল ফংলকপা য়াবগী মযেক লাবকই।

**নির্বহ্ণ** — ফলাগমগা কার্যগা চুংশিন্নদুনা ফল ফংলবা মতাংবু নির্বহ্ণ হাযবগা খঙনৈ। লীলাগী অরোইবা মতাংনি।

## বৃত্তি

নায়ক-নায়িকানা কবিগুম্বা থৌবম অমদা মরু ওইবা বস অমা পোকহন্নক্লবদি থোইদোকপা থৌবম অদুবু বৃত্তি কৌই। মসিগী মখল মবি লৈ।

মদুদি — কৈশিকী, সাত্বতী, আবভটী অমসুং ভাবতীনি।

**কৈশিকী** — বৃত্তি অসি শৃঙ্গার বস অমসুং নায়িকা প্রধান ওই। অপাম্বা পোকহন্নবা ঈশৈ, জগোই, নীংথিজনা ফিজেৎ-লৈতেংবগী থৌবম অয়াম্বা নায়িকানা পাঙথোকই।

মসিদা নাযিকাগী লমচৎনা ঙন্না লমচৎ য়েক্নে।

**সাত্ত্বতী** — বৃত্তি অসিদা নাযক নাযিকাগী উইনকনবা, তৌবা ঙম্বা, ওইহ্জবা থাদোকপা, পূকচেল তিংবা, অবাবগী অকিবা লৈতবা, অদ্ভুত বসনা প্রধান ওইবা বৃত্তিনি।

**আরভটী** — মাযা, ইন্দ্রজাল, লাল, শাউবদগী থোবকপা হাৎন-শুনবা ফুননবনচিংবা তমথীবা থৌবমবু খঙনৈ। বৌদ্র বস অমসুং বীভৎস বসনা প্রধান ওই।

**ভারতী** — অককুবা বস অমনা প্রধান ওইগনি হাযবগী নিযম লৈতে।

## নায়ক

দৃশ্যকাব্যদা মৰু ওইবা নৎত্রগা মপুঙ ওইবা নুপাগী শক্তম লাংলিবা লীলাগী পবীংবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুদুনা চৎলিবা নেতা হাযবদি মরু ওইবা পাত্রবু নাযক কৌই। নায়ক অসি ভাবতকী *নাট্যশাস্ত্র*দা মখল মবি খাযদোক্নুনা নৈনবম্মী।

মদুদি — ধীবোদাত্ত, ধীবোদ্ধত, ধীবললিত অমসুং ধীবপ্রশান্তনি ।

**ধীরোদাত্ত** — ধীব হাযবদি অতপ্পা, উদাত্ত হাযবনা পূকচেল চাউবা হাযবনি। ঈংবা তপ্পা পূকচেল চাউবা, চীং লেম্বা, ঙাকপী হৈবা বাশক চেৎপা নাযকনি। মশাদা চাউথোকপা লৈজদবা নোল্লুকপা গুণশিং অসি চেনবা নাযক মখলনি।

খূদম — বামচন্দ্র, যুধিষ্ঠিব।

**ধীরোদ্ধত** — ধীব হায়বদি অতপ্পা অদুগা উদ্ধত হাযবনা থোইচৎনবা নাপল তৌবা হাযবনি। পূনশিন্নগা ধীবোদ্ধত, ঈংবা তপ্পা থৌনা শক্তি লৈবা নাপল তৌবা শাউগনবা শাথীবা নায়কনি।

খূদম — বাবণ, পবশুবাম।

**ধীরললিত** — ধীব হাযবদি অতপ্পা, ললিত হাযবনা অথোৎপা পূনশিন্নগা ধীবললিত হাযবনি। ঈংবা তপ্পা, থম্মোয যান্না থোৎপা, নুংঙাইবা পামজবা, কলা বিদ্যাদা পূক্নীং লুপচবা নাযকনি।

খূদম — দুষ্যন্ত, বৎসবাজ।

**ধীরপ্রশান্ত** — ধীব হায়বদি অতপ্পা, প্রশান্ত হাযবনা অঈংবা, পূনশিন্নগা ধীবপ্রশান্ত মথক্কী নায়ক মখল অসি নত্তবা অচম্বা গুণনা তিনবা, পেনথোকপা, অবা - নুংঙাই, অমাঙ-অতোংদা পূকচেল চাং অমদা লৈবা ঙম্বা মীচম ক্ষেত্রিয়, ব্রহ্মণ নৎত্রগা বৈশ্য ওইবা নাযক মখলনি।

খুদম — *মালতী-মাধব* দা মাধব মখলসিগী নায়কনি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী পরম্পবাদা শৃঙ্গাব বসনা পুবা নায়কশিংদি মথকী মখল মবি অসি অমুক্তা মখল মবি/মবি খায়দোক্তুনা তবাতরুক থোক্লা লৈ। মসি অতোপ্পা হায়বদি শৃঙ্গার নত্তবা রসশিংদদি গুপ্নগী মথক্কী মখল মবি অসিদমক লৈ।

শৃঙ্গার রসনা পুবা নায়ক মখলশিংদুদি — অনুকূল, দক্ষিণ, শঠ অমসুং ধৃষ্টনি

**অনুকূল**— নায়ক্লা মাগী নায়িকাতবু খঞ্জবা অতোপ্পা নায়িকাগী বাখল লামশিন্দবা নায়কপু অনুকূল কৌই।

খুদম — রামচন্দ্র।

**দক্ষিণ** — *নায়কনা নুপী লোম্নগা নুপী পূম্বদা চপ মান্নবা নুংশিনা য়ানবা চংপা গুম্ববু* দক্ষিণ নায়ক কৌগনি।

খুদম — শ্রীকৃষ্ণ।

**শঠ**— নুপী ময়াম লোম্নগা মপান্দা চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংবা মান্নবসু মনুংদদি নুপী অমন্তদা হেন্না নুংশিবা থম্বা নায়কপু শঠ নায়ক কৌগনি।

খুদম — নিংথৌ উত্তানপাদ।

**ধৃষ্ট** — নায়িকাদা লান্নুববসু চিংনদবা, নায়িকানা ইকায়বা পীববসু ইকাযবিদবা, মবাল *ফারবসু চেনবা অদুগুম্বা নায়ক অদুবু ধৃষ্ট নায়ক কৌই।*

খুদম — শ্রীকৃষ্ণ।

## নায়িকা

নায়ক অমগী চান্নবী নুপী শৃঙ্গাব বসনা তিনবী নুপীবু নাযিকা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা নায়িকা অসিবু মখল অহুমথোক্লা খাযদোকই। মদুদি — স্বকীয়া (মশাগী নুপী), পবকীয়া (অতোপ্পগী নুপী), সাধাবণী (মশাগী অকক্সবা নুপা থমদবী)।

**স্বকীয়া** — নোম্নুক্লা চংপী, পুক্নীং তিংবী, ময়ুমগী থবক্তা পুক্নীং চঙবী, মপুবোইবা নীংবী নুপী অদুবু স্বকীয়া নায়িকা হায়না নাট্যদা খঙনৈ। মসিবু অমুক মখল অহুমথোক্লা খায়দোক্নি। মদুদি — মুগ্ধা (লুহোংবা কুইদ্রিবী), মধ্যা (লুহোংবা খবা কুইরবা) অমসুং প্রগলভা (লুহোংবা য়াম্না কুইববী)।

**পরকীয়া** — বাগদা মশা কৎথোক্রবী লুহোংদুনা লৌদ্রবী অদুগা নায়ক্লা মনুংদা নুংশি মরী থমদুনা মীথা পোল্লা লৈবী নুপী অদুবু পবকীয়া নায়িকা হায়না খঙনৈ। মসিসু (জ)

মখল অনি থোক্লা লৈ। মদুদি — **পরোঢা কুলটা** (মরা লৈনা লৈনা অতোপ্পগা নুংশি মবী থম্বী চেক্তবী) অমসুং **কন্যকা ষাত্রদিনিরতা** (লৈশা লৈশানা ওক্তবী নুপী)।

**সাধারণী** — জাগাই-ঈশৈদা থোইদাক্লা হৈ-শিংলবী, মাগীনি হায়বা অরেপ্পা নুপা থমদবী, শেল পীগদবা নুপা অদুদতা নুংশিবা উৎপী নুপীবু সাধাবণী নায়িকা হাযনা খঙনৈ।

মথক্কী নায়িকা মখল অসি নত্তবা তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েং কয়ামকমদগী নায়িকাবু মখল কযামকম খায়দোক্তুনা লৈবি। জাৎ নৎত্রগা শাওঙ-শাদাগী মওঙ যেংলগা নায়িকা মখল মবিথোক্লা খায়দোক্লে। মদুদি — **পদ্মিণী** (থম্বালগুম্বী), **শঙ্খিণী** (মোইবুঙগুম্বী), **চিত্রিণী** (লাইগুম্বী) অমসুং **হস্থিণী** (শামুগুম্বী)। খম্বনবা লীচৎকী মীৎয়েংদগী খায়দোকপা নায়িকা মখল অহুমসু লৈবি। মদুদি — **ধীরা** (নায়কী মশাদা অতোপ্পী নায়িকা অমগী নুংশি খুদম ফঙবদা কবেম্নদুনা শাউবা উৎপী, **অধীরা** (নায়কনা মরুম্বী থম্বগী খুদম ফংবদা তপথবা ঙমদদুনা শাউববী), **ধীরাধীরা** (নায়কনা মরুম্বী থম্বগী খুদম থেংনবদা কবেম্নবা অমদি অমুকসু অপাননা ঙাংদুনা শাউবা উৎলিবী)।

ফিভম অমদি নাক-য়েৎ অকোয়বগী মওঙ মতুং ইন্না মথক্তা পনখ্রিবা নায়িকা মখল স্বকীয়া, পবকীয়া অমসুং সাধাবণী মখল অহুম অসিবু বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী ভক্তি সাহিত্যিকশিংনা মখল নিপান/নিপান খাযদোক্তুনা য়াম্না কুপ্না নৈনবি। অদুগুম্বা মখল নিপান অদুদি —

(ক) **স্বাধীন ভর্তৃকা** (মপুবোইববু নায়িকা মশাগী খুদুমনুংদা থম্বা ভম্বী।

(খ) **বাসকসজ্জা** ( ময়ুম মকৈ অমসুং মশাবু লৈতেংদুনা কেনা নায়কপু ঙাইবিবী)।

(গ) **বিরহোৎকনঠিতা** (নায়কপু শোয়দনা লাক্লগনি হায়না ঙাইবদা লাক্তবদগী মপুক্লীং লাংতক্লনা ঙাইবিবী)।

(ঘ) **খণ্ডিতা** (নাযক্লা অতোপ্পী নুপী অমগীদা অহিং লেম্লুবগা অমুক্তা নায়িকাগী মনাক্তা লাকপদা তথি-তথি ঙাংবী)।

(ঙ) **কলহান্তরিকা** (নায়ক্লা খৎনথোক্তুনা তোঙাম্না লৈহৌরগা কোম্না তকশী শোম্দুনা লৈবী)।

(চ) **বিপ্রলব্ধা** (নাযক্লা উনসি হায়নবা মফমদ চৎলগা লৈবমদবদগী ৱাববী)।

(ছ) **প্রোষিতভর্তৃকা** (নায়ক্লা লংফৈদা লৈখিবদগী ৱাজবী)।

**অভিসারিকা** (নাযকপু হাযনবা মফম অমদা উন্নবা চৎলিবী)।

অসিগুম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী নায়িকা মখল নিপান অসি অমুক মখল অমমমগী মখল নিপান/নিপান থোক্লা খায়দোক্তুনা মখল হুমফুমবিবু কুপ্পা নৈনবি। অদুবু মতাং অসিদদি নৈনদ্রে।

## নর্মসচিব

লীলা অমদা পাত্রগী অকক্লবা মশীং লৈতে। লীলা লীলাগী মতুং ইন্না পাত্র মশীং লেপ্পে। অদুবু মরু ওইবা পাত্র হায়ববদি নায়ক-নায়িকা, প্রতিনায়ক/খলনাযক অমসুং নর্মসচিব অসিনি। নর্মসচিব হাযবদি শৃঙ্গাব অমসুং হাস্য বসনা য়ুম্ফম ওইবা নাযক্কী মতেং পাংবা পাত্র হাযবদি মীশকপু নর্মসচিব কৌই। মসিগী মখল মবি শুই। মদুদি – (১) **পীঠমর্দ**, (২) **বিট**, (৩) **বিদূষক** অমসুং (৪) **চেটক** ।

১) **পীঠমর্দ** — চীং লেম্বা নাযকক্কা লোয়নবা মরূপ অমনি। নযকপু থাক মথং- মথং পুখৎলকপদা মাগী চাউববা থৌদাং লৈ। মহাক্না নায়ক্কীদমক নায়িকাশিংবু হবাওহনবা ঙম্বা শক্তি লৈ।

(২) **বিট** — নায়ক্কী মরু ওইবা মরূপ অমনি। কামশাস্ত্রগী কলাদা হৈশিংবা হবাও-তয়াম্বা পাম্বা পাত্র অমনি।

৩) **বিদূষক** — ফাগি হৈবা, লৌশিং চাউবা, ঙাংবা শকপদা অথিংবা অপনবা লৈতনা হেক্তা ঙাংবা, অচিৎ-অকোম মনুং হুপ্প্রিম্না খঙবা ঙম্বা নায়ক্কী চানববা মরূপনি।

৪) **চেটক** — লীলাদা নাযক অমসুং নাযিকা অনীবু উন্নহনবদা থোইদোক্লা হৈ-শিংবা নাযক্কী চান্নববা মরূপনি।

**প্রতিনায়ক** নৎত্রগা **খলনায়ক** — নাযক্কী মায়োক্তা লৈবা নায়ক্কী য়েক্লবনি। লীলাদা মাগী মফম চাউনা লৈ। বস্তুগী থাক মথং-মথং পুখৎলকপদা নায়ক্কা মূক্লবিবসি মহাক্কনি।

## অভিনয়

লীলাদা পাত্রগী হকচাংগী শাখেক (শাখা), কয়াৎ (অঙ্গ) তরুক হাযবদি কোক, খুৎ, খ্বাঙ, থবাক নাকল অনী অমসুং খোঙ, অদুগা কয়াৎকী শরুকশিং হাযবদি মীৎ, পীগুম, নাতোন, চীনবান, খজাই অমসুং খদাঙ অসিগা শান্নবিবা লীলা অদুগা শাগোন্ননা চৎমিন্নদুনা হীবম কযাবু মওঙ কয়ামুক্তা পাত্রনা খঙহনববু অভিনয় কৌই।

[illegible] কাব্যদা [illegible] থবা ফোঙদোক্লবা শীজিন্নবিবা হকচাংনা লেং-[illegible] মওঙবু অভিনয় কৌই। মসিগী মখল মবি লৈ। মদুদি — (ক) আঙ্গিকাভিনয়, (খ) বাচিকাভিনয়, (গ) আহার্যাভিনয় অমসুং (ঘ) স্বাত্তিকাভিনয়।

(ক) আঙ্গিকাভিনয় - [illegible] কয়াংশিংনা লেং-ওৎতুনা কবিগুম্বা থূদম নৎত্রগা [illegible] আঙ্গিকাভিনয় কৌই।

**(খ) বাচিকাভিনয়** - পাত্রনা কবিগুম্বা ভাব অমবু ব্রা ঙাংদুনা ঈশৈ শক্তুনা নুংগী ভাব ফোঙদোক্লিনা অভিনয়বু বাচিকাভিনয় কৌই।

**(গ) আহার্যাভিনয়** — লম-লমদুগী মীওঙ[illegible] চান্নবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা মওঙ মালহন্নবা তৌবা অভিনয়নি। লীলাদা থোইবী শাবদা ফনেক্কী মহুত্তা শাবী, খোঙগ্রাওনচিংবা শেংলুববদি চান্নদনা হায়বদু ওইগনি। অদুনা চান্নবা ফিজেৎ হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি।

**(ঘ) স্বাতিকাভিনয়** — পাত্রগী [illegible]দা ফাওবা ব্রাথলগী ফিভমনি। তু-চুংবা, নিংদোল চোংবা, কোকচাউবী কাবা অসিনচিংবসি স্বাতিকনি। মসি ফোঙদোকপদা পাত্রনা মশা নিকপা, মথবাক্তা মখূবাক্লা নমজবা, মকোক পাযবা, ফিনা হুমাঙ নপথোকচবা পাম্বৈশিং শীজিন্নবা তঙাই ফদে।

**(খ) শ্রব্য কাব্য**

পাবগা নৎত্রগা তাবগা থম্মোয়দা বসকী নুংঙাইবা মহাও ফংহনবা ওম্বা কাব্য অদুবু শ্রব্য কাব্য কৌই। শ্রব্য কাব্যগী মখল অনী গুই। মদুদি — (অ) **প্রবন্ধ কাব্য** অমসুং (আ) **মুক্তবা কাব্য**।

**অ) প্রবন্ধ কাব্য** — পুন্সিগী অরা- নুংঙাই, অফ-ফত্ত, দোষ-গুণ অমদি ঘটনানচিংবগী ব্রাবী পবীং লৈবা, ব্রাবী ব্রাখোঙ অদু মাঙ-তুং শম্নহনবা মবী অমা নাইবা পদ্য অদুবু প্রবন্ধ (লেংশিন্নবা) কাব্য কৌই। মসিগী মখল অনী থোক্লা লৈ। মদুদি — **মহাকাব্য** অমদি **খণ্ডকাব্য**।

**মহাকাব্য** — মীওইবা পুন্সিগী অরা-নুংঙাই থৌদোক থৌবম ঘটনা কয়া পাক-শনবা শক্তমবু পাক-চাউনা বর্ণন তৌবা কাব্যবু মহাকাব্য কৌই। মহাকাব্য অমা ওইবদা ভাবতকী আচার্যশিংগী মশা মশাগী মত কয়ামকম পুথোক্লবম্মী। মহাকাব্যগী মতাংদা মশা মশাগী মত পীবম্বা আচার্যশিংদি — ভামহ, দণ্ডী, বিশ্বনাথ, রুদ্রট, হেমচন্দ্রনচিংবা পনবা য়াই। ভাবতকী মীৎয়েং মতুং ইন্না চাউবাক্লা যানববা মহাকাব্যগী মচলশিংদি— বাবীগী

অহৌবদা মঙ্গলাচবণ য়াওগদবনি, ইতিহাস-পুবাণনচিংবগী অফাউবা ৱাবীদা য়ুম্ফম ওইগদবনি, প্রকৃতি বর্ণন মপুঙ ফানা মতাং চানা তৌগদবনি, ৱাবীগা চান-চুনবা মিংথোল থোনগদবনি, শৃঙ্গাব, বীব নৎত্রগা শান্তবসনা মপুঙ ওইবা বস ওইবগা অতৈ রসনা মতেং পাংবা মশা ওইনা হৃপকদবনি। নায়ক মখল মবিগী মনুংদা অমনা ওইগদবনি, সর্গ নাইনা ইগদবনি সর্গ নিপান্দগী তবামন্ডাগী মনুংদা ওইগদবনি, ছন্দ নাইনা ইবা হায়বদি পন্দুপ খুদিংগী তোঙান তোঙানবা ছন্দ শীজিন্নগদবনি, অফববু থাগৎপা ফত্তববু থাদবা ওইগদবনি অমসুং ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মবি অসিগী মনুংদা অমদা য়ুম্ফম ওইগদবনি। মথক্তা পল্লিবা অকুপ্পা নিয়মশিং অসি ইন্দবা অইবসু য়াওদবদি নত্তে।

**খণ্ডকাব্য** — পুন্সিগী শরুক অমত্তং শন্দোক্না নৈনবা কাব্যবু খণ্ডকাব্য হায়না খঙনৈ। খণ্ডকাব্যদা নৈনবিবসি পুন্সিগী শরুক অমত্তং ওইজববসু বর্ণনগী শক্তি য়ান্না মপুঙ ফাবা মগুণ চেনবা ওই। মহাকাব্য অমদা চঙলিবা মচল খুদিংমক খণ্ডকাব্যদসু চঙই। তৌবতবু ৱাবীগী পবীংদা খবা পীকশিনবতনি। অমবোমদা অমুক মহাকাব্যগী মচেৎ অমবু খণ্ডকাব্য কৌরুবদি অরানবা ওইগনি। অনীমক তোঙান-তোঙানবা মশাগী য়ুম্ফম অমমম লৈজে।

**(আ) মুক্তক কাব্য** - ৱাবী লীশাং শীৎনা চত্থবা নত্তবা চোইনা চোইনা তাবা, ইচম চম্বা কাব্য কাণ্ডলোনগী অ ফা-অপুন লৈতবা শৈবেংবু মুক্তক কাব্য হায়না কৌনৈ। খূদম ওইনা চাউবগী '*থায়নগী শৈবেং*' ডাঃ কমলগী '*লৈ পবেং*' অসিনচিংবা। অদুগা ঈশৈগী মওঙদা লেংবা মুক্তক কাব্যবুনা গীতিকাব্য হায়না খঙনৈ।

খূদম — *গীতগোবিন্দ*।

মুক্তক কাব্যবু অমুক মখল অনী থোক্না খায়দোক্নি। মদুদি — (ক) ৱসময় মুক্তক কাব্য অমসুং (খ) সূক্তিময় মুক্তক কাব্য।

**(ক) ৱসময় মুক্তক কাব্য** — থম্মোয়দা অপান্নবা য়ৈবা, ভাব অমদি বসকী নাক-য়েৎ তেন্তক তেন্তক্না শেমগৎপা, অপাবা অমসুং অতাবগী থম্মোয়বু ঙইহাক্কী ওইনা নুংঙাইবা পীবা ওম্বা কাব্য মখলনি।

**(খ) সূক্তিময় মুক্তক কাব্য** — থম্মোয়দা ৱাহৈনা অপান্নবা য়ৈবদগী মথাদা য়ৈবনা হেনবা, লৌশিং অমদি পাউতাক্কী ওইবা ৱাখলনা মপুঙ ওইবা শৈবেংবু খঙনৈ। মুক্তক কাব্যদি মশানা পবেং অমা-অনীদমক ওইগল্লি, তেল্লবসু মশানা অদুমক মপুঙ

ফাঙে। খুদম ওইনা কবীবগী শৈবেং অমত্তং যেংসি ঃ-

লেপমিন্নববদা গুরুগা গোবিন্দগা অনী, খুরুমগনি হান্না কনাবু।

গোবিন্দবু মশক খঙহনবা গুরুনি, খুরুমজগনি হান্না মহাকপু।

**(৩) পূক্লীং হূবা হায়বদি রমণীয়তাগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ-**

কাব্য পাবদা নংবগা তাবদা গুণ, বীতি, অলঙ্কাব, বস অসিনচিংবনা পূক্লীং হূবা ঙম্বগী শক্তি পোবহল্লি। শক্তি অসিগী মীৎযেংদা কাব্যগী মখল অহুম থোক্না খাযদোকপা যাই। মদুদি --

(ক) **ধ্বনি কাব্য** নংত্রগা **উত্তম কাব্য**

(খ) **গুণীভূত কাব্য** নংত্রগা **মধ্যম কাব্য**

(গ) **চিত্রকাব্য** নংত্রগা **অবর কাব্য**

**(ক) ধ্বনি কাব্য** -- কাব্যদা ধ্বনিনা মপূঙ ওইবা কাব্যবু ধ্বনি নংত্রগা উত্তম কাব্য হায়না খঙনৈ। মসিনা কাবাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা কাব্যনি হায়না শীংথানৈ।

**(খ) গুণীভূত কাব্য** -- ধ্বনিদা যূম্ফম ওইদবা কাব্য অদুবু গুণীভূত কাব্য নংত্রগা মধ্যম কাব্য হায়না খঙনৈ। মসিবু মযায ওইনা ফবা থাক্কী কাব্যনি হায়না শীংথানৈ।

**(গ) চিত্রকাব্য** -- বাহৈ-বাতা ফজহন্নবা লৈতেংগীদমক ইবা কাব্য অদুবু চিত্রকাব্য নংত্রগা অবব কাব্য হায়না খঙনৈ। মসিবু হন্থবা থাক্কী কাব্যনি হায়না আচার্যশিংনা শীংথানৈ।

অনীশুবা পন্দুপ

# রস সম্প্রদায়

ভাবতকী ওইনা খ্বাইদগী লিববা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা *ঋগ্বেদ* দা বসকী অর্থবু ঈশিং, শঙ্গোম অমদি সোমবসকী অর্থদা শীজিন্নবম্মী। অদুগা 'নাট্য' শেমগৈদা *ঋগ্বেদ*দগী বাবী পবীং, *সামবেদ*দগী ঈশৈ, *যজুর্বেদ* দগী অভিনয়, *অথর্ববেদ* দগী বস লৌখৎলগা 'নাট্যবেদ' শেমখিবগী বাফম ফংনবনা *অথর্ববেদ* দা বসকী মবমদা কূপ্না য়াওরম্মী হায়বসি তশেংলবা বাফমনি।

বেদগী মতুংদা বস সম্প্রদায়গী মৰু হন্নবা কবিদি বাল্মীকিনি। মহাক্কা তমাসা তুবেল মপানদা হবাওনা কেনদুনা শান্নজবিবা ক্রৌঞ্চ উচেক মতৈ মনাওগী মনুংদা শাদানবনা তেন্না ক্রৌঞ্চ লাববু হাৎলবদা খংহৌদনা মুনিগী মচিন্দগী শাদানবদা 'নপুল্সি চুপ্না নুংঙাইবা ফংলনু' বাফম অসি কবিগী থম্মোয়দা ফাওখিবা অদুগুম্বা অবাবা মশক অদুনা থম্মোয় তিন্নবা মীশিংগী থম্মোয়দা য়ৌহন্নবা কবিগী খুত্তগী বামায়ণ থোকখিবনি।

বেদ উপনিষদকী মতমদগী ভবত মুনিগী মমাঙ ফাওবদা বসকী মবমদা চাউবাক্কা পল্লম্বা থেংনববসু বস হায়বসি করিনো হায়বগী অশেংবা সিদ্ধান্তদি উবা ফংদে। অদুবু ভবত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* পুথোবক্কুনা লাইবিক্কী তরুকশুবা অমসুং তবেৎশুবা অধ্যায়দা বস অমসুং ভাবকী মবমদা কূপ্না নৈনবম্মী। বসতা নত্তনা অলঙ্কাব, গুণনচিংবগী মবমদা ফাওবা পল্লম্মী। *নাট্যশাস্ত্র*গী তককশুবা অধ্যায়দা বস পোকপগী মবমদা অসুন্না ইবম্মী ঃ-

বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংয়োগাদ্রসনিষ্পত্তি

বিভাব, অনুভাব অমসুং ব্যভিচাবিভাব অহুম অসিনা পুনশিল্লগা বস পোকই হাযবিবনি। বাফম অসি ভবত মুনিদগী হৌবগা ১৭শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ ফাওবদা বসনা কাব্যগী অত্মানি হায়না য়াম্নবা হাযবদি ভবত মুনিবু শৌগৎপা পণ্ডিত কয়ামরুম থোবকই। পণ্ডিতশিংসিগী মনুংদা ভট্ট লোল্লট, শঙ্কুক, ভট্ট নায়ক,

অভিনবগুপ্ত পনবা য়াই। মখোয মবি অসিনা মশা মশাগী ওইবা শৌগৎবা বা (বাদ) অমমম পুখোক্লবম্মী। মখোয়গী মতুংদা আনন্দবর্দ্ধন, বাজশেখর, মম্মট , বিশ্বনাথ, জগন্নাথনচিংবা পণ্ডিতশিংনা বসকী মরমদা শৌগৎপা লাইবিক অমসুং ব্যখ্যা কয়া তৌবম্মী। পণ্ডিতশিংসিগী মনুংদসু পণ্ডিত জগন্নাথকী মতপু থোইদোক্লা মপুঙ ফাবা ওই হায়না যানদুনা লাক্লি। পণ্ডিত জগন্নাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা ঃ-

বিভাবেনানুভাবেন ব্যক্ত সঞ্চাবিনা অথা।
বসতামেতি সত্যাতি স্থায়িভাব সচেতসাম।

লীলা যেংলিবা নৎত্রগা কাব্য পাবিবা ভাবোক নৎত্রগা পাঠকশিংগী থম্মোযদা লৈবিবা স্থায়িভাব অদুনা কাব্যদা য়াওববা বিভাব অনুভাব অমসুং সঞ্চাবী ভাবকা তিন্নবগা হায়ফম খঙদ্রবা মনুংঙাই অমা ফাওই, মদুবু বস কৌই। বাফম অসিনা তাকপদি বস থোকপগী মতাংদা পোৎচঙ মবি হাযবদি স্থাযিভাব, বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী/ব্যভিচাবি তঙায়ফদনা চঙলে। অদুনা অহানবদা মখোয় মবি অসি মশক তাক্লি।

**স্থায়ীভাব** — মীওইবগী থম্মোযদা মতম পুন্নমক্তা লেঙদনা তুমদুনা থম্মোয়নুংদা ভাব কয়ামরুম লৈ, মদুবু স্থাযিভাব হাযনা কৌই। ভাব খুদিংমক অয়াম্বা মতমদা তুমদুনা লৈ। উম্না মৈশা ফংলগা মনিল ওইবকপগুম্না মীওইবনা কাব্য পাবা, তাবা নৎত্রগা য়েংবদা খুদক্তা নোক্লিংবা কপনিংবা, শাওনীংবা, তুক্কৎচবনচিংবা ফাওবল্লগা অমুক হন্থবক্তুনা হান্নগী ফিভমদা হঞ্জিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা তুমদুনা লৈবা পুক্নীংগী ফিভম হায়বদি ভাবপু স্থাযিভাব হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা স্থায়ীভাব অসিবু ভবত মুনিগী মতুং ইন্না বতি, হাস, শোক, উৎসাহ, ক্রোধ, ভয, জুগুপ্‌সা অমসুং বিস্ময় হাযনা মখল নিপান থোক্লা খাযবম্মী। অদুগা অমুক তুংদা লাকপা পণ্ডিতশিংনা নির্বেদ, স্নেহ্ নৎত্রগা সন্তান-বিষযক বতি অমসুং ঈশ্বব-বিষযক বতি হাযনা মখল অহুমগা হাপচিন্দুনা স্থাযিভাব মখল তবামাথোই শুবম্মী।

**বিভাব** — থম্মোযনুংদা তুমদুনা লেঙদনা লৈবিবা স্থাযিভাবপু অখন্নবা মওঙ অমদা য়াকায়হন্দুনা ফোংদোকহন্নবগী মবম ওইবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদুবু বিভাব কৌই। ইশম শন্না স্থায়িভাবপু হৌদোকলিবা ভাবপু বিভাব কৌই। লীলাদা মতৌ মান্নবা শাদুনা থোবক্লিবা পাত্র/পাত্রীশিং অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিং অসিনা ভাবোক্কী থম্মোয়দা লৈবিবা স্থায়িভাবপু হৌগৎহল্লি। অসিগুম্বা পাত্র/পাত্রীশিং অমসুং নাক-যেক অসিবু বস পোক পগী মবম ওইবনি হায়দুনা বিভাব কৌনৈ।

বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈবি । মদুদি — ক) **আলম্বন বিভাব খ) উদ্দীপন বিভাব।**

**ক) আলম্বন বিভাব** — কাব্যদা যাওবিবা পাত্র অদু হেক উবদা নৎত্রগা মাগী মবমদা তাবদা নুংশি-নুংঙোলনচিংবা ভাবশিং পোকহনবা অদুগুম্বা পাত্রশিং অদু আলম্বন বিভাব কৌই। শম্না কবিগুম্বা ভাব অমা পোক্লনবগীদমক মবম ওইবিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদু আলম্বন বিভাবনি। খূদম ওইনা *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দা দুষ্যন্তনা শকুন্তলা উবদা মথম্মোয়দা নুংশি ঈথক হৌবকই। অদুনা মতাং অসিদা শকুন্তলাসি আলম্বননি।

আলম্বন বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি- **(অ) বিষয় রূপ আলম্বন অমসুং (আ) আশ্রয় রূপ আলম্বন** অনী অসি অসূন্না মশক তাকপা যাই। মদুদি — লীলাদা নাযক নাযিকা অনীগী নুংশিনবা উবগা ভাবোক্কী পূক্লীংদা শৃঙ্গাব বস পোক্লকই। মতাং অসিদা ভাবোক্লা য়েংবদা লীলাগী নাযক অদুদা নাযিকানা নুংশিবে হায়না লৌবকপা মতাংদা নাযক অসি বিষয় রূপ আলম্বননি। অদুগা নুংশিবিবা মীওই নাযিকা অদুবুনা আশ্রয রূপ আলম্বননি। অমবোমদা অমুক নাযিকাবোমদগী য়েংলগা নুংশিবিবসি নাযিকানা নাযকপুনি হায়না লৌবকপা তাবগনা নাযিকানা বিষয় রূপ অদুগা নাযকনা আশ্রয রূপ ওইগনি।

**খ) উদ্দীপন বিভাব** — কাব্যদা যাওবিবা পাত্র/পাত্রীশিং অদুগী মফমদা ইহুলশিং হেনগৎনবা ফিজেৎ, ঋাঙাং-শাঙাং, প্রকৃতিগী পোৎলমশিং থাবল, লীবি শীৎপা নুংশিৎ, লৈগী মনম অসিন চিংবনা স্থাযিভাবপু মপূঙ মবৈ ফাহল্লক্তুনা নোযখৎহল্লবদি উদ্দিপন বিভাব হায়না খঙনৈ। খূদম ওইনা শকুন্তলাগী ঋাঙাং-শাঙাং, ঋাহৈ-ঋাতা, উমঙগী হৈ-লৈগী নুংশিববা মনম খূদিংমক উদ্দীপন বিভাবনি। মবমদি দুষ্যন্তগী মফমদা মসিনা হেন্না নুংশিবগী মচাক ওইবি।

উদ্দীপন বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি— অ) **আলম্বন গত** (আলম্বনগী ওইবা) অমসুং আ) **বাতাববণ** গত (অকোযবা নাক-য়েংকী ওইবা) নাযক নাযিকাগী ঋাঙাং-শাঙাং মীৎযেং-নাযেং অসিনচিংবসি আলম্বন গতনি। অদুগা মপানগী থবো-থম্বাল খোইমুগী খোঞ্জেল অসিনচিংবনা বাতাববণ গতনি।

**অনুভাব** — কাব্যদা নায়ক নৎত্রগা নায়িকানা মখোয়গী নুংশি-নুংঙোলনচিংবা ভাবশিংদু ফাওবকপদগী মপানথোংদা ফোংদোবক্লিবা মওঙ-মতৌ অদুবু অনুভাব

কৌই। ইশাগ শন্না পুক্লীং ইহুল ফোঙদোকপা আশ্রযগী **অভিনযবু অনুভাব** হাযবা যাই। খুদম ওইনা অকনবা রাঙাং-শাঙাংগা লোযননা **নাকন্দা য়াল্লিবা থাঙ** শৎলকপা উবদা শাউবে হাযনা খঙনবি। মসিগুম্বসি অনুভাবনি।

অনুভাব অসি মখল মবি থোক্লা লৈ। মদুদি — ক) **আঙ্গিকানুভাব** খ) **বাচিকানুভাব** গ) **আহার্য্যানুভাব** অমসুং ঘ) **সাত্বিকানুভাব**।

ক) **আঙ্গিকানুভাব** - কাব্যদা পাত্রনা চৎলিবা, মখোঙ থীনবা, পীগুম শূকপা, মখুৎ হাইবা অসিখিবিক হকচাং কযাৎকী ওইবা অঙ্গিকানুভাবনি।

খ) **বাচিকানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা ঙাংন-শান্নবিবা বাহৈ-বাঙাংগী ওইবা থৌওঙবু বাচিকানুভাব কৌই।

গ) **আহার্য্যানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা শেৎলিবা নিংথৌগী ফিজোল, বাণীগী ফিজোল, চাক্লিবগী ফিজোল অসিনচিংবগী মওঙ অসিবু আহার্য্যনুভাব কৌই।

ঘ) **সাত্বিকানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা মথক্কী অনুভাব অহম অসি নত্তবা মতোমতা হোৎনকবা তৌদনা ফাওজবকপা মওঙবুনি। তু চুংবা, মমায় ঙাঙবা, হমাঙ তাবকপা অসিনচিংবা আশ্রযগী হকচাং কযাৎকী অহোংবা মওঙবু সাত্বিকানুভাব কৌই।

সাত্বিকানুভাব অসি অমুক মওঙ নিপান লৈ।

মদুদি — I) স্তম্ভ (উংবা নৎত্রগা তিংদম তাবা), II) স্বেদ (হমাং কাংবা, III) রোমান্চ (তু চুংবা), IV) স্বর ভঙ্গ (খোন নিকপা নৎত্রগা নুংসা স্বর হোনবদা কাযবকপা, V) কম্প (তনিক-তনিকপা), VI) বৈবর্ণ্য (কুচু ওনবা), VII) অশ্রু (পি তাবা) অমসুং VIII) প্রলয (চপ য়ুংনা বাখল লূপ্তুনা লৈখিবা নৎত্রগা বাহুবা)।

**সঞ্চাবী** নৎত্রগা **ব্যভিচাবি ভাব** — সঞ্চাবী হাযবদি লোয়ননা চৎমিন্নবা হাযবনি। শন্না আশ্রযগী থম্মোযদা হৌবকপা স্থাযীভাব অদুবু হেন্না মপুঙ ফাহন্নবগীদমক মতম খবদং মতেং পাংবা ওইনা লোযননা চৎমিন্নবন্নগা খুদক্তা অমুক মাঙখিবা পুক্লীং ঈহুল অদুবু সঞ্চাবী ভাব কৌই। খুদম ওইনা নায়ক অমসুং খলনায়ক অনী শাওনবক্তুনা লাউনবকপদা ক্রোধ হায়বা স্থায়িভাব হৌগৎলক্রবনি। নায়কনা মতম খবগী মমাঙদা খলনাযকনা উশিক্তনা হায়খিবা অদু নীংশিংলক্তুনা অমুক্কা হেন্না ঈনোৎ হাপতুনা শাওবক্তুনা ক্রোধ স্থায়িভাবপু হেনগৎহল্লি। মতাং অসিদা হেনগৎহল্লিবসি 'নীংশিংবা' অসিনি। অসুন্না নায়ক্কী অশাওবদি অদুম লৈবি অদুগা 'নীংশিংবা' হাযবদুদি শাওবিঙে ঙাইহাক্তং লৈবন্নগা মাঙখ্রে নৎত্রগা লূপশিনখ্রে।

অসুন্না ওইহাক্তংগীদমক লৈরম্বা 'নীংশিংবা' অসিবু সঞ্চারীভাব কৌগনি।

**সঞ্চারীভাবকী মশীং অসি ৩৩ ওই। মখোয়শিংদুদি ঃ-**

১) নির্বেদ — পূন্নীং হন্দোকপা, ইহৈ হৈনীংদবা মওওনি।

২) আবেগ — থম্মোয় ফূকপা থক্কৎপা মওওবুনি।

৩) দৈন্য — তোম্বা পীকপগী মওওবুনি।

৪) শ্রম — হোৎনবা নোম্বগী অৱাবা চোকথববুনি।

৫) মদ — ময়াই কাবগী মওওবুনি।

৬) জড়তা — খঙ্জানবা নৎত্রগা ফকচিনবগী মওওবুনি।

৭) উগ্রতা — কন্থী থোকপা নৎত্রগা অকন-অবীং শীংনবা য়ান্না শাথীবা মওওনি।

৮) মোহ — অচুম অবান খঙলক্তবা মওওনি।

৯) শঙ্কা — লৈতাদবা হায়বনি।

১০) চিন্তা — অৱাবা নুংনাংবা ৱাখল পুবগী মওওনি।

১১) গ্লানি — পূন্নীং হিকথবা খোয়জওদবা মওওনি।

১২) বিষাদ — থবায় ৱাবা থৌনা হনবগী মওওনি।

১৩) ব্যধি — থম্মোয় শোকপা পূক্নিঙ মৈচাকপুনি।

১৪) আলস্য - থবক তৌনিংদবা তম্বা হায়বনি।

১৫) অমর্ষ — পামদবা মওওদগী খাওওমদবা মওওবুনি।

১৬) হর্ষ — পূন্নীং হবাওবা, নুংঙাইবা হায়বনি।

১৭) গর্ব — পোওবা, নাপন তৌবা হায়বনি।

১৮) অসূয়া - কন্নক মীহৌবা, অতোপ্পগী অফবা চাউখৎপা উবগা খাওবা ওমদবা মওওনি।

১৯) ধৃতি— পূকচেল ঈংবা অৱা - নুংঙাই চাং মান্নবা লৈবা ওম্বা মওওবুনি।

২০) মতি— অফ-ফত্ত খংলকপা লৌশিং লাকপবু খওনৈ।

২১) চাপল্য — পূন্নীং তায়াং তশোইবা, তথক-তথকপা লৈতাদবগী মওওনি।

২২) ব্রীড়া — ঈকায়বা চোপ্পা নংবগী নুংঙাইতবা মওঙনি।

২৩) অবহিত্থা—পুক্লীংদা ফাওবিবা অশেংবা ফিভমশিংদু লোৎশিন্নবা হোৎনবা মওঙনি।

২৪) নিদ্রা— শুরু-নোম্লুব, চারু-থক্লুবদগী মীনা ঙাংবদা তানীংবা পোক্তুবা তূম্নিংবা হাযবনি।

২৫) স্বপ্ন — মঙ মঙবগী মওঙনি।

২৬) বিবোধ— ভাব তাবা হৌগৎলকপা, খংলুদবদগী খংলকপা মওঙবুনি।

২৭) উন্মাদ— তশেংনা ঙাওবদি নত্তবা ঙাওচৎনবা মওঙবুনি।

২৮) অপস্মার— থম্মোযদা চৌথং কযামকম ফংবদগী জ্ঞান মাঙদুনা খংহৌদনা হাইগবকপা শবৈ হৌবগুম্বগী মওঙবুনি।

২৯) স্মৃতি— হৌখিবা থৌদোক-রাথোকপু অমুক নৌহৌননা নীংশিংবনি।

৩০) ঔৎসুক্য— পামজবা পোৎ অমবু ফংনীংবগী মযাইনা ঙাইঙমদদুনা লাংতক্লবা মওঙবুনি।

৩১) ত্রাস— অকি-অখঙ তৌদুনা মিপাইবগী মওঙবুনি।

৩২) বিতর্ক— মবম চাদ্রবসু অদু ওইববসু হাযনা মবৈ তৌবা মওঙগুম্বনি।

৩৩) মবণ — তশেংনা শিবদি নত্তবা শিবগা মান্নবা রাখল মওঙনি।

## রস মখল

খৃষ্টগী অনীশুবা চহীচাদা লৈবম্বা য়াই হাযনা থাজনবিবা ভবত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র দা* বসপু মখল নিপান থোক্লা উৎপগা লোযননা স্থায়িভাব নিপান, রসকী মচু অমসুং লাইগী মবমদা ফাওবা কূপ্না নৈনবম্মী। মহাক্লা পুথোক্লম্বা রস মখল নিপান অদুদি — শৃঙ্গাব, হাস্য, করুণ, বৌদ্র বীব, ভয়ানক, বীভৎস অমসুং অদ্ভুদনি। অদুগা মাপনশুবা চহীচাদা লৈবম্বা য়াই হায়না থাজনবিবা উদ্ভটনা শান্তবস হায়বা অমগা হাপচিন্দুনা বসপু মাপননি হাযবম্মী। মসি আচার্য ধনঞ্জয়নদি

লীলাদা নাক-য়েং উৎপা য়াদবা ওইনা য়েংলি। অদুবু তবামাথোইগুবা শতাব্দীদা অভিনবগুপ্ত অমসুং মধুসূদন সরস্বতীনা শান্তরসকী মরমদা য়াম্না কম্না শৌগৎলম্মী। মতম অসিদগী শান্ত বস অসি ময়াম্না য়ানদুনা লাকপনা অভিনবগুপ্ত অমসুং মধুসূদন সবস্বতীনা শান্তবস পুথোক্লম্বনি হায়বা ফাওবা য়াওনবকই। অদুগা তবামবিগুবা শতাব্দীদা কবিবাজ বিশ্বনাথনা 'বাৎসল্য' বস অসি অমুক হাপচিন্দুনা বসপু মখল তবানি হায়না লৌনবকই। অসুম্না বস মখল তবা অসি য়ানদুনা লাকপনা তবাতককগুবা শতাব্দীদা রূপগোস্বামীনচিংবনা ভক্তিরস হায়বা অমগা হাপচিন্দুনা বসপু মখল তবামাথোইনি হায়বম্মী। মসিগী মথক্তা অমুক বসপু মখল খবগা অমুক হাপচিল্লক্তবা নত্তে, অদুবু মখোয়দু য়ানদদুনা অকনবা বাফম পুখৎলক্তবনি। অদুগা শান্ত, বাৎসল্য অমসুং ভক্তি বস অহুম অসিগী বাফম পুখৎলকপদা য়েংনখিদবা নত্তে। অদুবু অচুম্বা মশক ওইবনা য়ানবক্লি।

## শৃঙ্গার রস

*নুপা-নুপী, শাবী শানৌগী মক্ত্রবা নুংশি-নুংঙোলগী ঈহলদগী পোক্লকপা* বসপু শৃঙ্গাব বস কৌই। শৃঙ্গাব বসকী মক ওইবা মখল অনী লৈ। মদুদি — ১) সংয়োগ শৃঙ্গাব অমসুং ২) বিয়োগ শৃঙ্গাব।

**১) সংযোগ শৃঙ্গাব** — হায়বদি নাযক নাযিকা অনী উন্নবিঙৈ মতমগী নুংশি-নুংঙোলগী নুংঙাইবা ফিভমদগী পোক্লকপা বস অদুবু সংয়োগ শৃঙ্গাব নৎত্রগা সম্ভোগ শৃঙ্গাব হায়না খঙনৈ।

***২) বিয়োগ শৃঙ্গাব*** — *হাযবদি নাযক-নাযিকা অনীনা কাযনববা মতমদা* ওইবা নুংশি-নুংঙোলগী অবাবা ফিভমদগী পোক্লকপা বস অদুবু বিযোগ নৎত্রগা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাব কৌই। বিয়োগ শৃঙ্গাববু মখল অহুম থোক্লা খাযদোক্তুনা লৈবি। মদুদি — ক) পূর্ববাগ খ) মান অমসুং গ) প্রবাস।

**ক) পূর্বরাগ** — নায়ক-নায়িকা উন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা পাউ তানবা, অয়েকপা লাইয়েক্লচিংবা উবদগী থুংননীংবগী মশকপু পূর্ববাগ হাযনা খঙনৈ।

**খ) মান** — নুংশিবা হেনগৎনবগীদমক যানীং যানীংনা নিঙাই তৌনদুনা ওইনবা মওঙবু খঙনৈ।

**গ) প্রবাস** — অবাপ্পা মফমদা চৎনখিবদগী কাযনবগী অবাবা মশকপু প্রবাস হাযবগা খঙনৈ।

**শৃঙ্গাব বস অসিগী মচলশিং ঃ--**

স্থামীভাবনা বতি স্থায়ীভাবনি।

বিভাব — ১। **আলম্বন** —নাযক নৎত্রগা নাযিকানি।

২। **উদ্দীপন** — (ক) **আলম্বনগত** - নাযক নৎত্রগা নাযিকাগী ফিজেৎ-লৈতেং, ব্লাঙাং-শাঙাংবুনি।

(খ) **বাতাববণ গত** - থাবল মঙাল, লীবি লীবি শীৎপা নুংশিৎ নৎত্রগা প্রকৃতিগী পোৎলমশিং।

**অনুভাব** — সংযোগকী ফিভমদা আশ্রযনা নুংশিনা ঙাংবা, যেংবা, কোনবা, চুপ্পা অসিনচিংবা।

বিযোগকী ফিভমদা আশ্রযনা পি তাবা, কুচু ওনবা, চিন্তা তৌবা, তেংথাবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — শৃঙ্গাব বসকী মতাংদা সঞ্চাবীভাব মখল খুদিংমক হাপ্পা যাই। অতৈ বসশিংদদি লোয়নমক হাপ্পা যাদে।

সঞ্চাবীভাব অসি শৃঙ্গাব নত্তবা অতৈ বসশিংদা শুনা যাওবা ওইথোক্তে। অদুবু শৃঙ্গাবদদি মসি খুদিংমক য়াওবা ঙম্বগী ওইথোকপা লৈ। মবম অসিনা শৃঙ্গাব বসনা অতৈ বসশিংদগী পাক চাউবা হেন্নি অমসুং মসি 'বসবাজ' (বস নিংথৌ) হায়না ফাওবা কৌনৈ।

লাইনা বিষ্ণুনি, মচুনা অশংবনি।

**হাস্য বস**

কবিগুম্বা শকফম কাযবা নৎত্রগা নাতৈ চাদবা সাধাবণ মীয়ামদগী তোপ তোপ্পা মওঙ-মতৌ, ফিজেৎ-লৈতেং, ব্লাঙাং-শাঙাং অসিনচিংবা উরু-তারুবা অমদি পাকবদগী থম্মোযদা নোক্লিংবগী ঈহুল অমা ফাওবকই মদুবু হাস্য বস কৌই। হাস্য বস অসি মশক তরুক লৈ। মদুদি —

১) স্মিত — মোমোন নোকপবু খঙনৈ।

২) হসিত — চিনবান কাঙদুনা যা উনা নোকপবু খঙনৈ।

৩) বিহসিত — নুংশিবা খোঙ্গোক্লা লোযননা তপ্পা নোকপবু খঙনৈ।

৪) অবহসিত — কন্না নৎত্রগা চঙখোন্না মখোল থোক্লা নোকপবু খঙনৈ।

৫) অপহসিত — য়ান্না কন্না পি তাবা মথৈ নোকপবু খঙনৈ।

৬) অতিহসিত — মখোল শিথনা পূক্লি তিংনা থবো থবো ওনবা মথৈ নোকপবু খঙনৈ।

**হাস্য রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা হাসনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — শকফম কায়ববা মীশক নৎত্রগা পোৎশক।

**২। উদ্দীপন** — বাঙাং-শাঙাং, শাজৎ, ফিজেৎ-লৈতেং।

**অনুভাব** — আশ্রয়না মোমোন নোকপা, হৌনা নোকপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — চাপল্য, হর্ষ, ঔৎসূক্য অমসুং অবহিৎথা অসিনচিংবনা ওই।

লাইনা প্রমথনি, মচুনা - অঙৌবনি ।

## করুণ বস

নুংশিজবা মীশক শিখি-মাঙখিবা নৎত্রগা পামদবা-নুংশিদবা পোৎশক ফংবদগী অৱাবা, নুংঙাইতবা ফিভম ফাওবকপবু করুণ বস কৌগনি।

***করুণ বসকী মচলশিং ঃ--***

স্থায়ীভাবনা শোক হায়বদি নুংঙাইতবনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — শিখিবা নৎত্রগা মাঙখিবা মীশক্রচিংবা।

**২। উদ্দীপন** — শিখিবা মীদুগী পোৎলোইবা, অষ্টি, শ্রাদ্ধনচিংবা থৌবমশিং।

**অনুভাব** — ঈশ্বব নিন্দা তৌবা, তেংথাবা, উংবা, বাহুবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — নির্বেদ, চিন্তা, গ্লানি, স্মৃতি, শ্রম, ব্যাধি, বিষাদ, আবেগ, দৈন্য অসিনচিংবনা ওই।

লাইনা যমনি, মচুনা লমখুনু মচুনি।

## রৌদ্র রস

মঙক কনবা ফিভম, ঙাকপীফম লৈত্রবা মবাল, মায়থীবা ফংবা, মীগী মাঙনবা তৌবা, ঈথকথোংবশিংগী মফমদা নিন্দা তৌবনচিংবদগী ঙাংথোবক ইবা বাফমশিং তাবগা পুক্লীংদা অশাওবা পোক্লকপা অদুবু রৌদ্র বস কৌই।

**রৌদ্র রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা ক্রোধনি

**বিভাব — ১। আলম্বন** — য়েক্লবা, মবাল লৈবা, মঙক কনবা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** -- নাপন তৌবা বাঙাঙ, লম হেনবা শাজৎ অসিনচিংবা।

**অনুভাব** -- মযা ক্রক ক্রক চিকপা, খূৎলাই থাঙ্গৎপা, মমিৎ শুকপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** -- মদ, গর্ব, বিতর্ক, অমর্ষ, স্মৃতি, উগ্রতা, চাপল্য, আবেগ অসিনচিংবা।

লাইনা ৰুদ্রনি, মচুনা অঙাংবনি।

## বীব রস

নুংশিবা কন্নবা অমসুং যেক্লবা মাঙহন্নবগীদমক পাঙথোকপা থৌনা ফবা থবক্কী বর্ণনদগী পোক্লকপা বস অদুবু বীব বস কৌই। বীব বস অসিগী মখল মবি শুই। মদুদি -- ১) **যুদ্ধবীব** (লানদা থৌনা ফবা), ২) **দয়াবীব** (থৌজাল তৌবিবদা থৌনা ফবা), ৩) **দানবীব** (পীনহৈবা দান তৌবদা থৌনা ফবা) অমসুং ৪) **ধর্ম্মবীব** (ধর্ম্ম লৈবা মীনুংশি খঙবদা থৌনা লৈবা)।

**বীর রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা উৎসাহনি।

**বিভাব -- ১। আলম্বন** -- যেক্লবা, আতানবা, চঙজবকপা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** -- লানগী থৌবাঙ, মীকপ মীবাউখোল, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মবমদা পাবা নৈনবা অসিনচিংবা।

**অনুভাব** -- খূৎলাই পায়দুনা লান চঙবা, অৱা-অনা কোকহন্নবা হোৎনবা, পূকচেল চাউবা উৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** -- গর্ব, ঔৎসুক্য, উগ্রতা, হর্ষ, স্মৃতি, মবণ অসিনচিংবা।

লাইনা মহেন্দ্রনি, মচুনা অঙাঙবনি।

## ভয়ানক রস

অকিবা শক্তম, মবাল লঙশিন্নুবগী দণ্ডিগীদমক যেক্লবগী থৌবাঙ উবদা পূক্লীংদা অকীবা পোকপা বর্ণনদগী থোবকপা বসপু ভয়ানক বস কৌই।

**ভয়ানক রসকী মচলশিংদি ঃ --**

স্থাযীভাবনা ভয়নি।

**বিভাব -- ১। আলম্বন** -- যেক্লবা নৎত্রগা তমথীবা মী, শাহীং চাবা শা-উচেক, মৈহৌ লাংপোক, ভূত, হিংচাবা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — অমম্বা অহিং, মীবাও খোল তাদ্রবা উমঙ অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — হকচাং নীকপা, হমাং অনপ্পী কাবা, খঙহৌদনা ঈশিং চৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — ত্রাস, দৈন্য, আবেগ, চিন্তা, মবণ অসিনচিংবা।

লাইনা কালনি, মচুনা অমুবনি।

## বীভৎস রস

অপুম-অশা, মনম নমথীবা, য়েংবদা হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা অমোৎপা পোৎশকশিংগী বর্ণনদগী পোকপা বসপু বীভৎস বস কৌই।

**বীভৎস রসকী মচলশিং ঃ** —

স্থায়ীভাবনা জুগুপ্সানি।

**বিভাব** — ১। **আলম্বন** — হঙ্গোইনীংঙাই ওইববা দৃশ্য, মীশক নৎত্রগা পোৎশক অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — মনম নমথীবা, অপুম্বা অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — নাকোং মেনবা, নাতোন মেনবা, মায় লৈথোকপা মীৎ উইশিনবা, তিন শীৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — মোহ, আবেগ, গ্লানি, ব্যাধি, মবণ অসিনচিংবা।

লাইনা মহাকালনি, মচুনা নিম মচুনি।

## অদ্ভুত রস

ওইথোক্তবা, অমুক্তা উখিদ্রিবা পোৎ উরু তারুবদগী পূক্নীংদা ঙকপা ফংবা মওঙ অমা ফাওবকপসি অদ্ভুত বসনি।

**অদ্ভুত রসকী মচলশিংদি ঃ**--

স্থায়ীভাবনা বিস্ময়নি।

**বিভাব** — ১। **আলম্বন** — ওইথোক্তবা থৌদৌ, অঙকপা দৃশ্য অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — অঙকপগী মবমদা তাবা নৎত্রগা উবনচিংবা।

**অনুভাব** — মীৎ লঙখৎলগা য়েংবা, য়া কাবা, শংত্রিক য়েংবা, খোন ফাইবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — আবেগ, হর্ষ, বিতর্ক অসিনচিংবা।

লাইনা গন্ধর্বনি, মচুনা নাপুনি।

## শান্ত রস

মাযা সংসাব অসিগী নুং অমসুং পানগী তত্ত্ব পূন্নমক খঙলক্তুনা মশাদা অপাম্বা মিহৌবা থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবক্তুনা রাখল লুপ্পগী বর্ণনদগী পোকপা বসপু শান্ত বস কৌই।

**শান্ত রসকী মচলদি ঃ—**

স্থায়ীভাবনা নির্বেদ নৎত্রগা শম্‌নি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — কনানা কনাসু নত্তে, পূন্নমক মাঙখিগদবনি হায়না ফাওবকপা রাখল, ঈশ্বরগী লেঙদ্রবা মগুণ অসিনচিংবা।

**২। উদ্দীপন** — তীর্থ দর্শনগী রাখল, মুনিশিংগী আশ্রম অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — যোগ সাধন তৌবা, মালা চংপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — হর্ষ, বিষাদ মতি, বিবোধনচিংবা।

লাইনা নাবাযণনি, মচুনা থাজগী মচুনি।

## বাৎসল্য রস

মথকথোংবশিংনা মখাথ্যাবশিংবু মচা-মশু ওইবগী নুংশিবা মতৌ উবদগী, তাবদগী পোক্লকপা বসপু বাৎসল্য বস কৌই।

**বাৎসল্য বসকী মচলশিং ঃ--**

স্থায়ীভাবনা স্নেহ নৎত্রগা সন্তান বিষযক বতিনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — মচা-মশু, শিষ্য, অঙাং অসিনচিংবা।

**২। উদ্দীপন** -- আলম্বনগী নুংশিবা শাজৎশিংনা উদ্দীপননি।

**অনুভাব** -- খূবাক খূবা, মোমোন নোকপা, নুংশিনা কোনবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** -- হর্ষ, আবেগ, মোহ, শঙ্কা, গর্বনচিংবা।

লাইনা গৌডীনি, মচুনা অঙৌবা অমসুং নাপু তিন্নবা মচুনি।

## ভক্তি রস

ঈশ্বরগী মফমদা থাজদুনা কৎথোকপা, চঙজবা, মপাম্বোংগী কান্নবা অপাম্বা থম্মুদনা ঈশ্বর মহাত্মা নকশিন্না নৎত্রগা মঙোন্দা তিঙ্গনীংবগী ওইবা বর্ণন পোক্লকপা বসপু ভক্তি বস হাযনা খঙনৈ।

**ভক্তি রসকী মচলশিং ঃ--**

স্থায়ীভাবনা ঈশ্বর বিষযক রতি হায়বদি ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা নুংশিববুনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — ঈশ্বর মহাক্না আলম্বননি।

**২। উদ্দীপন** — ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ, মগুান্না উদ্দীপননি।

**সঞ্চারীভাব** — হর্ষ, গর্বনচিংবা সঞ্চারীভাবনি।

## রস নিষ্পত্তি নৎত্রগা রস বাদ

*নাট্যশাস্ত্র* দা ভরত মুনিনা রস পোকপগী মরমদা 'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তি' হায়বদি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারীভাবনা পুনশিন্নগা রস পোকই হায়রসিগী মরমদা মতুংদা লাকপা আচার্য মবিনা তোঙান তোঙানবা বাদ হায়বদি বাপু ( Interpretation ) পুথোক্নুনা নৈনরম্মী। মখোয় মখোয়গী ওইবা বাপু অমগা অমগা মান্নদনা অর্থ তৌনবকই। হায়রিবা বাদশিংদুদি — (১) ভট্টলোল্লটকী উৎপত্তিবাদ, (২) শঙ্কুককী অনুমিতিবাদ, (৩) ভট্টনায়ককী ভুক্তিবাদ অমসুং (৪) অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তিবাদ নৎত্রগা ব্যঞ্জনাবাদ ।

**(১) ভট্টলোল্লটকী উৎপত্তিবাদ** — ভরত মুনিগী রস সূত্রবু ইহান হান্না বাদ অমা ওইনা শব্দোক্না অর্থ হল্লম্বসি চাউবাক্না মাপন-তরাণ্ডবা শতাব্দীদা ভট্টনায়কনি। মহাক্না তশেংনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্নুনা নৈনবম্বদি উবা ফঙদে। লোল্লটনা রস পোকপগী মরমদা রস অসি অশেংবা নায়ক নৎত্রগা নায়িকাদা পোক্কদবনি। অদুগা লীলাদা মতৌ তন্নিবা পাত্র/পাত্রীদা মদুগী মমি তম্বনি হায়বদি রসকী মঙাল লৈ হায়বগী বানি। মসিদা লীলা য়েংলিবা নৎত্রগা কাব্য পাবিবা, তাবিবা মীগী বাফমদি ইপন পল্লমদ্রে। খুদম ওইনা হায়ববদা রস অসি নহানবাইগী অশেংবা দুষ্যন্ত অমসুং শকুন্তলাগী মফমদা শৃঙ্গার অসি পোকখিবনি। মথংদা অমুক কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দৃশ্যকাব্যদা মক ওইবা নায়ক-নায়িকাগী শক্তম লাংলিবা মীওই অদুদা রসকী মঙাল লৈবগী বাফম অসিনি। মহাক্কী মত্তা ভাবোক্কী বাফমদি ইপন পল্লমদবে। ভট্টলোল্লটকী বাদ ( Interpretation ) অসি তুংদা লাকপা বিশ্বনাথনচিংবা আচার্যশিংনা য়ানখিদে।

**ভট্টলোল্লটকী উৎপত্তিবাদকী ৱামচং :-**

(ক) বিভাবনচিংবগা স্থায়িভাবকা তিন্নবগা বস ওইবা,

(খ) অশেংবা বসতি অশেংবা নায়ক-নায়িকাদা (হায়বদি অশেংবা বাম সীতাদা),

(গ) লীলাদা মতৌ তমদুনা শক্তম লাংলিবশিংদা উৎথোকপা,

(ঘ) নি[illegible] ৱায়বদি উৎপত্তি পোকপা হায়না লৌবা।

**(২) শঙ্কুকী অনুমিতিবাদ** — শঙ্কুকনা থোইদোক্লা লাইবিক অমা খুদোল তৌবমদুনা মহাক্কী মত অসি ফোঙদোক্লম্বা নত্তে। অভিনবগুপ্ত অমসুং মম্মটকী লাইবিক্তা পল্লম্বদগী লৌনবকপনি। শঙ্কুকনা মৰে অমদা বস অসি ইনৎ নত্তবদা মাল্লি হায়না লৌবা ৱাখলগী মওঙ অমা ওইনা লৌই। মহাক্লা লীলাদা শক্তম লাংলিবা পাত্র/পাত্রীশিংনা য়ান্না হৈ শিংনা অশেংবা মীওইগী মতৌ তমদুনা অভিনয় তৌবদগী লীলাগী পাত্র/পাত্রীশিংবু অশেংবা মীওইদুনি হায়না ভাবোক্লা লৌবকই। মসিদা ভাবোক্লা বস ফংদুনা নুংঙাইজে। মতাং অসিদা শঙ্কুকনা অশেংবা মীওই বাম নৎত্রগা সীতাগুম্বদা লৈথিবা অশেংবা মখোয় অনীতগী ওইবা লৌকিক ওইবা বস অদু মতৌ তম্লিবা পাত্র/পাত্রীশিংদসু লৈগনি হায়না লৌই। ভাবোক্লা বস অসিবু ৱাখলনা অনুমান তৌদুনা লৌশিনদুনা নুংঙাইজবনি হায়বসিনি। খুদম ওইনা হায়রবদা অশেংবা নহানবাইগী দুষ্যন্ত শকুন্তলাদা মখোয় অনীতগী ওইবা লৌকিক ওইবা বস লৈগনি। অদুগা ষ্টেজদা মতৌ তমদুনা শক্তম লাংলিবা পাত্র পাত্রীদসু বস অসি লৈ হায়না লৌই। অদুগা ভাবোকনসু অশেংবা নহানবাইগী দুষ্যন্ত শকুন্তলামক্লি হায়না খঞ্জদুনা বস লৌশিন্নি।

**শঙ্কুকী অনুমিতিবাদকী ৱামচং :-**

**(ক) সংয়োগকী অর্থসি ৱাখলনা লৌবা মওঙ হায়বদি অনুমানাত্মনি,**

**(খ) বিভাবনা মৰম,**

**(গ) অনুভাবনা থবক,**

**(ঘ) ব্যভিচাবিনা তেংবাংবা,**

**(ঙ) নিষ্পত্তি হায়বনা ৱাখলনা লৌজবা অনুমতি,**

**(চ) রস অসি অশেংবা মীওই অমদি শক্তম লাংলিবশিংদা লৈ, ভাবোক্তা চপ চানা য়ৌদবা ওইনা লৌই।**

মহাক্কী অসিগুম্বা মত অসি তুংদা লাকপা অলঙ্কাবিকশিংনা যানবা হায়বদু ওইখিদে।

**(৩) ভট্টনায়ক্কী ভুক্তিবাদ** — ভট্টনায়কনা স্থায়িভাবতগীনা বস ওইবকপা কাওবদা তাঙ্কক অহুম লাল্লবা মতুংদা রস ফংগদবনি হায়বম্মী। হায়বিবা তাঙ্কক অহুম অদুদি — অবিধা, ভাবকত্ব অমসুং ভোজকত্বনি। মতাং অসিদা অবিধাগী অর্থদি বাহৈগা অর্থগা পুন্না খণ্ডবনি। শন্না পাবা অমসুং অর্থ খণ্ডববুনি। ভাবকত্বনা নাট্যদা শক্তম লাংলিবা মীওই অদু লনাই ওইনা লৌবগী মহুত্তা ময়ামগী ওইবা ইচম চম্বা মীওই ওইরকপা সাধাবণ হায়বনি। অদুগা ভোজকত্বনা ময়ামগী বাখল অদু লৌশিন্দুনা মহাও লৌবা ভম্বা অদুবুনি। খুদম ওইনা ভাবোক্লা লীলা অদু পাবগা নৎত্রগা য়েংলগা মদুগী অর্থ অফবনি নৎত্রগা ফত্তবনি হায়না খণ্ডলকপবুনি। মথংদা লীলাদা দুষ্যন্তগী শক্তম লাংলিবা পাত্র অদু হৌজিক্কী ওইবা মীওইনি হায়না লৌদদুনা দুষ্যন্তমক্তি হায়না খল্লকপবুনি। অসুন্না খল্লকপা অসিদগী বসকী থাক য়ৌবকইবনি।

**ভট্টনায়ক্কী ভুক্তিবাদকী বামচং ঃ-**

(ক) বস হাকথেংনবিবসি হায়বদি নুংঙাইবা ফংলিবসি ভাবোকনি,

(খ) বস তান্না পুখৎপদা খোঙথাং অহুম লৈ। মদুদি — অবিধা, ভাবকত্ব, অমসুং ভোজকত্ব,

(গ) লনাইগী বাখল থাদোক্তুনা ময়ামগী ওইথোকহনবা,

**(৪) অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তিবাদ** — মসিবু 'ব্যঞ্জনাবাদ' হায়নসু খঙনৈ। অর্থনা থক্তোবপা হায়বদি হায়বনা অমা হায়বগা খঙনবনা অমবুনি। মহাক্লা ভবতকী বসসূত্রবু মবীক চুন্না শব্দোক্লা তাক্রমদুনা ঙসি ফাওবদা ময়ান্না য়ানদুনা চৎলি। মহাক্লা কাব্যবু তাবিবা, যেংলিবা, পাবিবা খুদিংমক্কী থম্মোয়দা তুমদুনা পূক্লীং ঈহুল স্থায়ীভাব অসি লৈ। হায়বিবা স্থায়ীভাব অসি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চাবীভাবনা তুমদুনা লৈবিবা স্থায়ীভাবপু হৌদোক্লুই। অসুন্না স্থায়ীভাবপু হৌদোক্লুবদা সহৃদয়শিংনা মশামক্কী ওইবা বাখল কাউথোক্তুনা মী পুন্নমক্কী ওইবা বাখল ফিভমদা লাকই। খুদম ওইনা বস অসি ভাবোকনা দৃশ্যকাব্যদা পাত্র পাত্রীশিংগী অভিনয়, বাডাং-শাঙাং উবগা য়েংলিবা ভাবোক্লা ঐ নিংথৌনি, ঐ ফম্নাইবনি, ঐ পুবোহিতনি, ঐ মীনাইনি হাযবা বাখল কাওথোকখিদুনা পুন্নমক অমত্তা ওইনা বসকী মতুং ইন্না কপ্পুনা নৎত্রগা নোক্তুনা রস ফংজে।

**অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তিবাদকী বামচং :-**

(ক) সংযোগকী অর্থবু ব্যঙ্গ্যব্যঞ্জকভাব হায়বদি ফোঙদোক্লবা পোংকা ফোঙদোক্লিবা পোৎলমগা অনীগী মবী অমনি হাযনা লৌই,

(খ) নিষ্পত্তিবু ব্যঞ্জনা ওইনা,

(গ) বস অসি থাক্তোবক্তনা উৎথোবকপনি।

## সাধারণীকরণ

কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা সাধাবণীকবণগী বাফম অসি ভবত মুনিনা হৌদোক্লম্বা বস পোকপগী মবমদা যাওবিবা 'নিষ্পত্তি' হাযবা বাহৈ অসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্না নৈনবকপনি। বাহৈ অসিগী অর্থদি ঐগী মীগী হাযবা বাখল থাদোক্লগা পূন্নমক অমত্তনি হাযবদি মযামগী ওইবনি হাযবগী বাখল মওঙবুনি। 'সাধাবণীকবণ' হাযবা বাহৈ অসি সংস্কৃত আচার্যশিংগী মনুংদা ভট্টনাযকনা ইহান হান্না শীজিন্নবা হৌখি। মহাক্কা বস ওইবকপা যাওবদা লম্বীগী থেঙ্খাঙ অহুম লৈ হাযনা পীবম্মী। মহাক্কা হাযবগী মতুং ইন্না (ক) অবিধা হাযবদি যেংবা, পাবা অমসুং অর্থ খঙববু ওইনা লৌই। (খ) ভাবকত্বনা কাব্যদা যাওবিবা পাত্র/পাত্রী অদু লনাই ওইনা লৌবগী মত্তা মযামগী ওইনা ইচম চন্না সাধাবণ ওইবা মওঙদা লৌববুনি। (গ) ভোজকত্বনা মযামগী ওইবা বাখলদু লৌশিন্দুনা মহাও ফংববুনি। অসূন্না লনাইগী ওইবা বাখলদগী মযামগী ওইথোকহনবা মওঙ অসিবু সাধারণীকবণ হাযবিবসি। ইশম শন্না মতৌতম্বা অমসুং তম্মীংবগী বাখল অদু মাঙখিদুনা উবিবা নৎত্রগা তাবিবা অদু অশেংবা পোৎশক অদুমকনি হাযনা খন্দুনা অমত্তা ওইবগী বাখল পোকহনবগী মওঙ অদু সাধাবণীকবণনি। অদুগা মদুদগী ফংলকপা নুংঙাইবদুনা বসনি। মসিগী মতুংদসু অমুক অভিনবগুপ্তনা ঈহল অমা পোক্লবগী মবম ওইবিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমসুং ঈহল পোক্লিবা মীশকপু সাধাবণীকবণনা তৌবদগী স্থায়ীভাব অসি মফম মতমগী অপূনবদগী নাম্থোকহল্লি। অদুগা স্থায়ীভাব অসি লনাইগী ওইবা মবী পূন্নমক্তগী নাম্থোকই। সাধাবণীকবণ হাযবিবা অসি লনাইগী লান্দুনা পূন্নমক্তা পাল্লবা মওঙ অদুবুনি।

মথক্কী সাধাবণীকবণগী মত অনীসিগী মতুংদা বিশ্বনাথনা পুন্নপ পূনশিল্লগা মাগী মত পীদুনা নৈনবম্মী। মহাক্কী মত্তা সাধাবণীকবণ হায়বগী অর্থদি অসাধাবণ ওইবা পোৎপু সাধাবণ ওইহনবা হায়বনি। হায়বদি লনাইগী ওইবা পোৎ নৎত্রগা বাখলবু মযামগী ওইহনবনি। খবগা হেন্না শন্দোক্লা হাযববদা বস অসি কনাগী মফমদা লৈগদগে নৎত্রগা লৈফম থোকপগে হায়বসিগী মতাংদা ভাবতকী আচার্যশিংনা

য়েংনবিদবসু নত্তে। ভট্ট লোল্লটনচিংবা আচার্য্য খবনা বস অসি কবিনা মতৌ তমদুনা কাব্য ইবগী মচাক থোবকফম ওইবিবা নায়ক-নায়িকাদা লৈফম থো কই হায়না মত ফোঙদোক্লবম্মী।

অতোপ্পা মত অমনা দৃশ্যকাব্যদা বস অসি অশেংবা নায়ক-নায়িকাগী শক্তম লাংদুনা ষ্টেজদা কুমলিবা নট-নটীশিংগী মফমদা লৈগদবনি হায়না মত ফোঙদোক্লবম্মী। অদুগা অমুক অতোপ্পা মত অমনা রস অসি কাব্য পাবিবা, তাবিবা অমসুং য়েংলিবা ভাবোকশিংগী মফমদা লৈগদবনি হায়বা অসিনি।

মথক্কী মত অহুম অসিগী শুপচিনবা খূদম অমত্তং য়েংলবদা *হৃবিশ্চন্দ্র* নাটকতা হৃবিশ্চন্দ্রনা বিশ্বামিত্রগী মফমদা লৈজবা পূন্নমক কংথোক্লম্নগা মী অশিবা পোংলোইবগী থবক তৌদুনা লৈখি। মতমদুদা কায়নদুনা মীনাই ওইনা লৈখ্রবী মাগী নুপীনা লিম্না চিক্লুনা শিববা মচানুপা রোহিদাসকী অশিবা হকচাং পোলাং অদু পুবক্লুনা সংস্কাব তৌবিনবা হায়জবা মতাং অদু করুণ বসনা মপুঙ ওইনা চপ য়ুংনা লৈবা মতমনি। মথক্কী অহানবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা য়েংলবদি অশেংবা নহানবাইগী হৃবিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহারাণীগী মফমদতা করুণ বস অসি লৈগনি অতে মীওইশিংগী ম ফমদা লৈফম থোক্তে হায়বসিনি। অনীশুবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা যেংলবদি বাজা হৃবিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহাবাণীগী মতৌ তমদুনা বঙ্গমঞ্চ (ষ্টেজ) দা কুমদুনা শক্তম লাংলিবা নট-নটীগী মফমদতা বস অসি লৈগনি হায়বসিনি। অদুগা অহুমশুবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা কাব্য পাবিবা, তাবিবা নৎত্রগা য়েংলিবা ভাবোক পূন্নমক্কী থম্মোয় অসি হৃবিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহাবাণীগী মতৌ পারুবগা, তারুবগা নৎত্রগা য়েংলুবগা চপ য়ুংনা করুণ বসতা লুপ্তুনা লৈ। হায়বদি দৃশ্য কাব্য অসি পাবিবা, তারিবা অমসুং য়েংলিবা ভাবোকশিং অসি তোঙান তোঙানবা মখলগী মীওইশিং - নিংথৌ, ফম্নাইবা, লাইববা, নুপী অঙাং খাক্তনা যেংলিবনি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা ঐ নিংথৌনি, ঐ ফম্নাইবনি, ঐ লাইববনি, ঐ নুপীনি, ঐ অঙাংনি হায়বা মপানগী ওইবা বাখল থাদোক্লদুনা মনুংগী ওইবা বাখল অমদা চপ য়ুংনা মথোয় মথোয়গী বাখলদা চঙদুনা করুণগী ওইবা মনুংঙাই অদু ফংজে। শম্না হায়ববদা বস অসি ভাবোকশিংগী মফমদা লৈগনি হায়বা অসিনি।

মথক্কী বাফম অহুম অসি নৈনবদগী ফংলকপা মহৈ ওইনা ভারতকী পণ্ডিত অয়াম্বনা য়ানদুনা লৈবিবা বাফমদি সাধাবণীকবণ হায়বসি অশেংবা নায়ক-নায়িকাদা তুংশিন্দুনা লৈরম্বা রতিনচিংবা স্থায়ীভাব অদুগা ভাবোকশিংগী থম্মোয়দা লৈবিবা

স্থায়ীভাব অসিগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নদুনা চপ মান্ননা নুংঙাইহিন্নবা অদুবুনি সাধারণীকরণ হায়রসি।

## রসাভাস

রস অমদা চঙবা পোৎচঙ মচল শুনা য়াওবরসু করিগুম্বা ওইথোক্তবা মরমদগী রসকী থাক য়ৌরমদনা হন্থরকপরু রসাভাস কৌই। 'আভাস' হায়রদি অশেংবা নত্তবা মমি ওইবা হায়রনি। মসি অশেংবা রস তরামাথোইমক্কী থাক য়ৌবা ঙমদবা মওঙদা মখল তরামাথোই থোক্লা লৈ। মদুদি —

ক) শৃঙ্গার রসাভাস — চৎনবীগী রাংমদা নুংশি মীৎয়েং থম্বনচিংবা। খূদম - ব্রহ্মানা মচানুপী মোহিনীদা নুংশি মীৎয়েং যেংলুবা।

খ) হাস্য রসাভাস — খুবন্নীংঙাই ওইবা মীশকতা নোক্লবনচিংবা। খূদম - উত্তরনা কৌররকী তেঙ্গোলবু নোক্লবা।

গ) করুণ রসাভাস — তাইবঙপান মনুং মপান মশক খঙলবা মীনা সংসার ত্যাগ তৌখিবদা অরাবা উৎপা। খূদম — মহাপ্রভুনা সংসার ত্যাগ তৌখিবদা মমা শচীনা কাজবা।

ঘ) রৌদ্র রসাভাস — মথক থোংবা অহল নৎত্রগা অশোনবদা মতিং থোক্লা শাউজিল্লুবা। খূদম - ভরতনা মমা কৈকেয়ীদা শাউবা।

ঙ) বীর রসাভাস — অনেম্বা অতোনবা মীওইশিংদা থৌনা ফবা উৎপা। খূদম - চাকনিবদা নিংথৌনা শাউবা।

চ) ভয়ানক রসাভাস — নায়কনচিংবা অচৌবা ধর্ম লৈবা মীওইশিংদা অকিবা পোকপা। খূদম - মহাদেবপু উবদা কিবা।

ছ) বীভৎস রসাভাস — যজ্ঞ নৎত্রগা বলিদানগী শা-ভাদা হঙোইবা পোকপা। খূদম - জন্মেজয়গী সর্প-যজ্ঞদা হঙোইবা।

জ) অদ্ভুত রসাভাস — যাদু মিৎত্রংনচিংবগী থৌওঙদা অঙকপা পোকপা। খূদম - যাদুগরনা মী হাৎলগা হিংগৎহনবদা অঙকপা পোকপা।

ঝ) শান্ত রসাভাস — রাখল পীকপা মীওইশিংনা মায়া লাংদগী পৃল্লীং হন্দোকপা। খূদম - ফত্তবা দাকু অমনা খঙহৌদনা অরান খুভন্নচিংবগী রাখলদা পৃল্লীং লুপশিন্নকপা।

*ঞ) বাৎসল্য রসাভাস* — মথক থোংবা অহনশিংদা মচা-মশুগুম তৌরকপা। খূদম - অনাবা মপাবু মচাগুম্না তৌরকপা।

ত) ভক্তি রসাভাস — শাবোই-ঙাবোই ফত্তবা লাইশিংদা থাজবা অমসুং চঞ্জবগী মওঙ । খূদম - তান্ত্রিকশিংনা ভূত-প্রেৎ লোয়নদুনা লৈবা।

**অপূর্ণ রস** ঃ- কবিনা মাগী কাব্যদা বসকী বর্ণন তৌবা মতমদা বর্ণন তৌবিবা বস অদু পুখৎলকপদা বিভাবনচিংবা পূন্নমক লৈনা লৈনা কবিগুম্বা অৱাৎপা অমদগী সহৃদয়/ভাবোক নৎত্রগা অপাবা/অতাবা/অয়েংবগী থম্মোয়দা বস অদু থুক লাউনা পালহনবা ঙমদনা হায়বদি বসকী ক্লাইমেক্স যৌহনবা ঙমদনা হঙ্বকপবু খঙনৈ।

**ভাবাভাস** ঃ- কবিনা মাগী কাব্যদা কবিগুম্বা অমা বর্ণন তৌবা মতমদা মওঙ কায়না উৎলোইদবা তৌবোইদবা মতাংদা বর্ণন তৌবকপবু ভাবাভাস কৌই। খূদম ওইনা হায়ববদা সাধুশিংনা মীগী অ ফবা উবগা কল্লক মীহৌবকপা পোকহল্লকপা, ওজা-গুরুনা লমচৎ ফৎলক্তবা অসিনচিংবা।

**মরুপ ওইবা রস** ঃ- কবিগুম্বা বস অমগী বর্ণনগী মনুংদা অতোপ্পা বস অমা পুশিল্লক্তুনা বর্ণন তৌবদা অকাযবা থোক্তবা হেন্না মপুঙ ফাহনবা মওঙবু খঙনৈ। খূদম ওইনা শৃঙ্গাব বসকী মতাংদা দুষন্ত্য শকুন্তলা অনী নুংশি বাবী শাবিঙৈদা অতোপ্পা নোক্নিংবা যাবা ফাগি-জুগাই কয়া পুশিল্লক্তুনা হাস্য বসকা যানশিন্নবদা অকায়বা লৈতবা হেন্না মপুঙ ফাহন্নবগী মবম ওইবা মওঙবু খঙনৈ।

**য়েক্নবা রস** ঃ- মথক্কী অসিগুম্না চুৎশিন্নরুবদা অকায়বা ওইগদবা হেক পুনশিন্নুবদা কাব্য অদু মশক থোক্লোইদবা অমত্তা ওইশিন্নু য়াদবা মওঙবুনি। খূদম ওইনা বৌদ্র বসকী মতাংদা *মহাভাবত* তা ভীমনা দুর্যোধনদা গদা হাইগৎপা মতমদা শৃঙ্গাব বস হায়বদি নুংশি-নুংঙন পুশিন্নুবা য়াদবা মওঙবুনি।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# অলঙ্কার সম্প্রদায়

### অলঙ্কার শীজিন্নবগী পরম্পরা

অলঙ্কাব হায়বা বাহৈ অসি 'অলম' হায়বদি 'লৈতেং' 'কাব' হায়বনা 'ওইবা' হায়বা বাহৈ অনী পূনশিল্লগা শেম্বনি। অসিগুম্বা অলঙ্কাব অসি কাব্যদা য়াম্না মরু ওইবা থাদোকপা যাদ্রবা মচাক অমনি। অলঙ্কাব শীজিন্নবম্বগী মতাংদা ভাবতকী অবিবা লাইবিক *ঋগবেদ* নচিংবদা অলঙ্কাব মবাং কাযন। যাওববসু অনীশুবা চহীচাদা ভবত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* দা অলঙ্কাব মখল মবি — উপমা, রূপক, দীপক অমসুং যমক মযেক শেংনা পল্লল্লবসু, চপ চাবা চহীচা খংদ্রবসু ভট্টমুনিগী মমাঙদা লৈবম্বা মহার্ষি ব্যাসকী *বিষ্ণুধর্মোত্তব পুবাণ* দা অলঙ্কাব মখল তবানিপান পুথোক্রম্লবসু, মবি-মঙা শুবা চহীচাদা লৈবম্মী হায়না থাজনবিবা ভট্টমুনিনা শব্দালঙ্কাব অমসুং অর্থালঙ্কাব পূন্না মখল কুহুবানিপান পুথোক্‌না শীজিন্নবল্লবসু অলঙ্কাব হায়বসি কবিনো হায়বদু মশক মূন্না তাক্রমদে। অদুবু তবেৎশুবা চহীচাদা ভামহনা মাগী *কাব্যালঙ্কাব*দা অলঙ্কাব মখল কুহুবানিপান পুথোক্রম্মী অমসুং 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' হায়বদি বাহৈগা অর্থগা অনীসি তিন্নবগা কাবা ওইবকই হায়না মযেক শেংনা পল্লি। অদুগা অমুকসু 'নকান্তমপি নিভূষং বিভাষিত্ বনিতা মুখম্' হায়বদি নুজাগী মাযথোঙনা ফজববসু লৈতেং যাওদ্রবদি কৈদৌঙৈদা লমযৌনা ফজবনি হায়নবোই। অদুনা অলঙ্কাব য়াওদ্রবদি কাব্যসু ফজবা ওইবা ঙমদে। মতৌ অসূন্না ভামহগী মতুংদা লাকপা অলঙ্কাববাদীশিংনা ভামহগী খৌদাং খিবিক যেংলগা মহাকপু অলঙ্কাব সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়না মযাম অমত্তা ওইনা যানখি।

মসিগী মতুংদা নিপানশুবা চহীচাগী অহানবা তজ্ঞায়দা দণ্ডীনা মাগী *কাব্যাদর্শ* দা "কাব্য শোভাকবান্ ধর্মান্ অলঙ্কাবন প্রক্ষতে" হায়বদি কাব্যগী নীংথিবগী মবম ওইবিবা লম্বীশিংবু অলঙ্কাব কৌই। অদুগা অলঙ্কাব মখল কুহুবাতব্রেৎখকসু পুথোক্রম্মী। মথংদা নিপানশুবা চহীচাগী ময়ায় ওইবা মতমদা বামন্না মাগী *কাব্যালঙ্কারসূত্রবৃত্তি* দা অলঙ্কাব মখল কুহুবানিথোই পুথোক্রম্মী। নিপানশুবা চহীচাগী অরোইবা তজ্ঞায়দা উদ্ভটনা মাগী *কাব্যালঙ্কাবসাব সংগ্রহ* দা অলঙ্কাব মখল নিফুমাথোই খকসু পুথোক্রম্মী। মাপনশুবা চহীচাগী অহৌবদা রুদ্রটনা মাগী *কাব্যালঙ্কাব*দা অলঙ্কাব মখল হমফুতরুক

পুথোক্রম্মী। মাপনশুবা চহীচাগী অবোইবা শকক্তা ব্যাসনা মাগী *অগ্নিপুবাণ* দা অলঙ্কাব মখল কুম্বুবামাথোই পুথোক্রম্মী। তবামাথোইশুবা চহীচাগী হৌগৎলকপদা লৈবম্বা ভোজবাজনসু মাগী *সবস্বতীকণ্ঠাভবণ* দা অলঙ্কাব মখল হুমফুতবানিথোই পুথোক্রম্মী। তরামাথোইশুবা চহীচাগী ময়ায় ওইবা মতমদা লৈবম্বা মম্মটনা মাগী *কাব্যপ্রকাশ* তা অলঙ্কাব মখল হুমফুতবামবি, তবানিথোইশুবা চহীচাদা রুয্যক্না মাগী *অলঙ্কাব সর্বস্ব* দা অলঙ্কাব মখল মবিফুনিথোই, তবাহুমদোইশুবা চহীচাদা জয়দেবনা মাগী *চন্দ্রালোক* তা অলঙ্কাব মশীং চাম, তবাতরুকশুবা চহীদা অপ্পয দীক্ষিতনা মাগী *কুবলযানন্দ* দা অলঙ্কাব চামকুনহুমদোই, তবাতবেৎশুবা চহীচাদা জগন্নাথনা মাগী *বসগঙ্গাধব* দা অলঙ্কাব হুমফুমাপন মচা খায়না নৈনবম্বগী বা ঐখোয়না থেংনৈ। অসুন্না অলঙ্কাব নৈনবগী নৎত্রগা পুথোক্রম্বগী রাবী পবীং অসিদা ভামহনা অলঙ্কাবনা কাব্যগী অত্মানি হায়বা মত অসি দণ্ডীনচিংবা অলঙ্কাববাদী তুংইনবা খবনা তবাশুবা চহীচা ফাওবদি কন্না শৌগৎতুনা চৎনবা উই। অদুবু মতুংদা লাকপা অচার্যশিংগী বাখল্লোনদদি মযাক খবা হুম্বকই অমসুং কাব্যগী অত্মাদি অলঙ্কাবনি হাযবগী বাফম অসি যানবক্তে। তৌইশুম্বসুং অলঙ্কাবগী মফমদদি কাব্যদা য়ান্না চাউনা থন্নবম্মী। হৌজিক ফাওবদা অলঙ্কাব মশীং অসি পুল্লপ পূনশিল্লগা চনীমুক লৈবগী মত পীনবি।

মথক্তা পনখ্রিবা অলঙ্কাববাদীশিংগী মত খুদিংমকপু শুপচিল্লগা মতুংদা লাকপা পণ্ডিতশিংনা অলঙ্কাববু অসুন্না মশক তাকলি। মদুদি — রাহে অমসুং অর্থগী ফজবা হেনগৎহন্নবগীদমক রাহে লৈতেং কয়া কাব্যদা হাপ্তুনা সহৃদয়শিংগী থম্মোয় শুক্ষৎপগী মচাক ওইবিবা রাহে লৈচনবু অলঙ্কাব কৌই। অসিগুম্বা অলঙ্কাব অসিগী মখলবু অনী থোক্না অযাম্বা পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ। মদুদি — (অ) শব্দালঙ্কাব অমসুং (আ) অর্থালঙ্কাব। অদুগা পণ্ডিত খবনদি অকুপ্পা মীৎয়েংলোমদগী মথক্কী অলঙ্কাব অনী অসিগা লোযননা 'উভযালঙ্কাব' (রাহে অমসুং অর্থ অনীমকপু মতম অমত্তদা পুন্না লৈদুনা ফজহনবা অদুগুম্বা মশক অদুবুনি) হায়বা মখল অমগা পুন্না অলঙ্কাব মখল অহুমথোক্না খাযদোক্রম্মী। অদুবু মসি অলঙ্কাবিকশিংনা মখল অমা ওইনা লৌনদে।

## (অ) শব্দালঙ্কার

রাহে পবেংবু পুক্নীং হূনবগীদমক ময়েক, রাহে নৎত্রগা রাহে চবুনগী মখাপোনবা অলঙ্কাববু শব্দালঙ্কাব কৌই। শব্দালঙ্কাবদা রাহেনা মরু ওই অমসুং য়াওরিবা নৎত্রগা লৈবিবা অখন্নবা রাহে অদু হোংদোক-হোংজিন তৌবা যাদে। শব্দালঙ্কারগী মখল মশীং য়াম্মী। মরু ওইবা শব্দালঙ্কাব খবদং লৌখৎলি।

**অনুপ্রাস** (অনু + প্র + আস = মতুং ইন্না+ নক্লনা+ হন্না থম্বা)
খোঙ্গোক মান্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিং অদু নীংথিজনা অমগা অমগা নক্লনা হন্না হন্না শীজিন্নববু অনুপ্রাস কৌই।

খুদম — থবো থম্বাল থাবিক্ থানা।
শাৎলি ঈযাইদা নীংথিনা।

মথক্কী শৈবেং পবেং অসিদা 'থ' ব্যঞ্জন ময়েক মবিবক অমসুং 'ব' ব্যঞ্জন ময়েক অনীবক নক্ল-নক্লনা শীজিন্নদুনা তাবদা নুংঙাইবা অমা ফাওহনবা মবন্না অনুপ্রাস অলঙ্কাব লৈবে।

অনুপ্রাস অলঙ্কাবগী মখল মঙা শুই। মদুদি — ক) বৃত্ত্যনুপ্রাস, খ) ছেকানুপ্রাস, গ) শ্রুত্যনুপ্রাস, ঘ) লটানুপ্রাস অমসুং ঙ) অন্ত্যানুপ্রাস।

**ক) বৃত্ত্যনুপ্রাস** (বৃত্তি + অনুপ্রাস = খোঙচৎকী + অনুপ্রাস)

শৈবেংগী খোঙচৎ মতুং ইন্না ব্যঞ্জন ময়েকশিং মথং-মনাউ কাযববসু-কাযদ্রবসু তাবদা নীংথিবা মওঙদা হন্না হন্না শীজিন্নববু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

খুদম — মালংদা মলযা মালংবনা মাল্লিকা-মাল্লতী,
মনমত মল্ল-মল্লদুনা মাইকৈশিন্না শিৎলক্লি।

শৈবেং পবেং অনী অসিদা 'ম' ব্যঞ্জন ময়েক মাপন, 'ল' ব্যঞ্জন ময়েক তবানিথোই, 'ত' ব্যঞ্জন ময়েক অনীবক লাকপা মবন্না বৃত্ত্যনুপ্রাস অলঙ্কাব লৈবে।

**খ) ছেকানুপ্রাস** (ছেক + অনুপ্রাস = হৈশিংবা + অনুপ্রাস)

অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু হৈশিংনা তপ্পবা নৎত্রগা তপ্পদবা মওঙদা মথং-মনাউ কাযদনা অনীবক হন্না হাযদোক্লবদি ছেকানুপ্রাস অলঙ্কাব কৌগনি।

খুদম — নঙগী মীৎযেং নঙগী বাঙাং
নঙগী সাথেক নঙগী বাখলদ

শৈবেং পবেং অনী অসিদা 'ন' ব্যঞ্জন ময়েক্না অহানবা পবেংগী অহৌবা অমসুং অহমগুবা, অদুগা অনীগুবা পবেংদসু অহৌবা অমসুং অহমগুবদা অনীবক অনীরক হঞ্জিনবা মবন্না ছেকানুপ্রাস লৈবে।

**গ) শ্রুত্যনুপ্রাস** (শ্রুতি+ অনুপ্রাস = খোঙ্গোক্কী + অনুপ্রাস)

খোঙ্গোক তিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিংনা নীংথিবা মওঙদা হঞ্জিন-হঞ্জিন নক্লনা

থম্ববু শ্রুত্যনুপ্রাস কৌই।

খূদম — শুক্রবা, চিন্নবা তাইবঙসিদা
কবিনো নঙনা নীংতন্নিবা ?

শৈবেং মতেক অসিদা তৌদগী থোকপা খোন্থোক্কী ব্যঞ্জন ময়েক 'শ' অমসুং 'চ' খৌবিদগী থোকপা 'ক', 'ঙ', য়াদগী থোকপা 'ল' অমসুং 'ত' ময়েকশিংনা হঞ্জিন হঞ্জিন নীংথিবা মওঙদা লাকপা মবন্না শ্রুত্যনুপ্রাস লৈরে।

**ঘ) লাটানুপ্রাস** (লাট+ অনুপ্রাস = অর্থ তোঙানবা + অনুপ্রাস)।

করিগুম্বা ৱাহৈ অমনা হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়দুনা হঞ্জিল্লক্লবসু মতাংগী মতুং ইন্না অর্থ তোঙানহনবা অলঙ্কাববু লাটানুপ্রাস কৌই।

খূদম — অদুবু মমৌ অসিনা মচা পোক্তবা অসিনা
পেলহম্বা ঙমদে ঐহাকপু বত্নপোকপী মেদিনীনা।

শৈরেং মতেক অসিদা অহানবা পবেংদা 'অসিনা' হায়বা ৱাহৈ অসি অনীবক চপমান্ননা হঞ্জিন্নবসু অকোনবগী 'অসিনা' গী অর্থ 'মবন্না' হায়না লৌদুনা লাটানুপ্রাস অলঙ্কাব ওইহল্লি।

**ঙ) অন্ত্যানুপ্রাস** (অন্ত্য + অনুপ্রাস = অবোইবগী + অনুপ্রাস)।

মরু ওইনা পদ্যগী পবেংশিংগী অবোইবদা খোন্থোক মান্নবা মওঙদা মযেক লৈববু অন্ত্যানুপ্রাস কৌই।

খূদম — লাল্‌ফম্ মৈশা লাংখিদ্রে।
খাহি মনিল নাইখিদ্রে।
লানগী ঈবাং লৈখিদ্রে।

শৈরেং পবেং অহুম অসিদা 'দ' ব্যঞ্জন মযেক্লা শৈবেংগী পবেং খূদিংমক্কী অবোইবদা খোন্থোক মান্ননা লৈবা মবন্না অন্ত্যানুপ্রাস অলঙ্কাব লৈবে।

**যমক অলঙ্কার**

খোন্থোক মান্নবা অর্থদি থেন্নবা ৱাহৈনা ৱাহৈপরেংগী মনুংদা হন্না হন্না শীজিন্নববু যমক অলঙ্কার কৌই।

খূদম — ফজৈদকো ফজৈদা, কৃষ্ণ নংগী কৃষ্ণসে।
ওন্থোক্লসু হৈখরে, নহাক্কী নখূৎ মচাদু।

শৌ৭ৎ মৎেক অসিদা 'কৃষ্ণ' হায়বা বাহে অসি তোঙান-তোঙানবা অর্থদা অনীবক হন্না অহানশ অর্থনা কৃষ্ণ কৌবা আর্টিস, অনীগুবা অর্থনা জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ হায়না লৌদি। মবম অসিনা মতাং অসিদা যমক অলঙ্কাব লৈবে।

**শ্লেষ অলঙ্কার**

শব্দ ওম্বা শব্দ অমদা অর্থ অমদগী হেন্না তোঙান-তোঙান্না লৈববু শ্লেষ অলঙ্কাব কৌই

খুদম — ৭ব পানবিবা মহাদেবসু নহাক্লি
ঐনা নিবিবা ববস্ নহাক্লি।

মথক্কী খুদম অসিদা 'বব' হায়বা বাহে অনী আসনী তোঙান তোঙানবা অর্থ হায়বদি অহানবা 'বব' গী অর্থনা ঈশ্বরদা নিজবা বব অনীগুবা 'বব' গী অর্থনা কন্যাগী মপুবোইবা পব হায়না অর্থ তোঙান্না লৌবনা শ্লেষ অলঙ্কাব লৈবে।

**বক্রোক্তি (বক্র + উক্তি = নাকোযননা + হায়বা)।**

কবিগুম্বা বাহি অমা নাবোযননা হায়বকপনি খন্দুনা মদুগী অর্থসু নাকোযননা লৌবা অদুবু বক্রোক্তি অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- শিঙেল নপাও তাবদা খৌবাংদবা কনানো?

মতাং অসিদা 'খৌবাংদবা কনানো' হায়বা বাহে অসিনা পুবিবা অর্থদি 'খৌবাংদবা কনা অমত্তা লৈতে' হায়বা নাকোযনবা অর্থ ফোঙদোক্তুনা বক্রোক্তি অলঙ্কাব লৈহল্লি।

**পুনরুক্তিপ্রকাশ**

কবিগুম্বা মানদবা শব্দনা নৎত্রগা বাহে চবুন্না চুন্না ফজহন্নবগীদমক হঞ্জিন-হঞ্জিন চপ মান্নবা অর্থদা শীজিন্নববু পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কাব কৌই।

খুদম - চীংঙু বিধি নোংদম্বা, খোইযম বিধাতা বায়েনবা,

মতাং অসিদা 'চীংঙু বিধি নোংদম্বা' অমসুং 'খোইযম বিধাতা বাযেনবা' বাহে চবুন অনীমক অর্থ চপ মান্ননা হঞ্জিল্লকপা মবন্না পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কাব লৈহল্লি।

**পুনরুক্তবদভাস**

কবিগুম্বা শব্দ অমগী মতুংদা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা বাহে অমা লাকপদগী হঞ্জিন্না হায়বা মানবা, থাঙ্গৈশেংনা হঞ্জিনবদি নত্তবা অদুবু পুনরুক্তবদভাস অলঙ্কাব কৌই।

খুদম — চাইথবগী মতৌগুম ঈরুজপ্রে খীবেন্দো।

মতাং অসিদা 'চাইথবা' অমসুং 'ঈকজবা' বাহে অনীমক মহৌশানা অর্থ মান্নে।

তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা শীজিন্নবগী মওঙ মতুং ইন্না হণ্ডিনলকপা মান্নবসু থাঙ্গে শেংনা অর্থ হণ্ডিনবা নত্তবনা পুনরুক্তবদভাস অলঙ্কাব লৈবে।

## (আ) অর্থালঙ্কার

বাহে পবেংদা অর্থগী ফজবা হেনগৎহনবা অর্থগী মখাপোনবা অলঙ্কাব অদুবু অর্থালঙ্কার কৌই। অর্থালঙ্কার অসি তোঙান-তোঙানবা পণ্ডিতশিংনা খায়দোক্লম্বা মওঙশিং য়েংলগা ১২শুবা চহীচাদা আচার্য রুয্যক্লা মাগী *অলঙ্কাবসর্বস্ব* দা অলঙ্কাবগী মশক-মওঙ (মূল তত্ব) য়েংলগা অর্থালঙ্কাবগী কাণ্ডলুপ্পু মখাগী অসূন্না খায়দোক্লম্মী ঃ—

**১। সাদৃশ্য-মূল নৎত্রগা সাধর্ম্য মূল** (মান্নবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কাবশিং অসিদা পোৎশক অনীগী মান্নবগী মওঙ-মতৌ, লমচৎ-শাজৎ উৎলি। মসিগী মনুংদা উপমা, রূপক, সন্দেহ, উল্লেখ, দীপক, উৎপ্রেক্ষা অতিশয়োক্তি, সমাসোক্তি অসিনচিংবা লৈ।

**২। বিরোধমূল** (ওন্ন-তৈনবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কাবশিং অসিদা পোৎশক অনীগী লৈনবিবা মবী অদু ওন্ন-তৈনবা তিন্নবা য়াদবা মওঙদা উৎলি। মসিগী মনুংদা বিবোধাভাস, বিভাবনা, সম, বিশেষ ব্যাঘাত অসিনচিংবা লৈ।

**৩। শৃঙ্খলামূল** (মথঙ-মনাউ নাইবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কাবশিং অসিদা অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা পোৎশকশিং মথং-মনাউ নাইনা অমগা-অমগা পবেং ওইনা লৈবগী মওঙ উৎলি। মসিগী মনুংদা মরু ওইবা অলঙ্কাব খবদং পল্লবদা - একাবলী, কাবণমালা, মালাদীপক, সাব অসিনচিংবা লৈ।

**৪। ন্যায়মূল** (মবন্না মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কাবশিং অসিদা মবন্না মরু ওইদুনা কাব্যবু পূক্লীং হূহনবগী মশক উৎলি। কাণ্ডলুপ অসিগী মরু ওইবা অলঙ্কাব খবদং পল্লবদা অনুমান, প্রতীপ, পবিসংখ্যা, যথাসংখ্য, সমুচ্চয়, সমাধি অসিনচিংবা।

**৫। গূঢ়ার্থপ্রতীতিমূল** (মনুংগী অর্থ খংবনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কাবশিং অসিদা মপাঙ্খোঙগী অর্থগী মহুত্তা মনুং ওইবা অর্থ লৌববু উৎলি। কাণ্ডলুপসিগী অলঙ্কাব খবদং পল্লবদা - ব্যাজোক্তি, সূক্ষ্ম, মুদ্রা, স্বভাবোক্তি অসিনচিংবা।

## উপমা

তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনী অমগা-অমগা মান্নবা মতৌ চাংদম্নবা উৎপন্ন উপমা অলঙ্কাব কৌই।

খুদম — থাজগুম ফজববা মাযথোংনি।

মতাং অসিদা মাযথোংগী ফজবা অমসুং থাজগী ফজববা মওঙগা অনী অসি নক্লনা পুশিন্দুনা চাংদম্নবি। অদুনা মতাং অসিদা উপমা অলঙ্কাব লৈবে।

উপমাগী মরু ওইবা কযাৎ মবি লৈ। মদুদি — ক) উপমেয়, খ) উপমান, গ) বাচক শব্দ অমসুং ঘ) সাধাবণ ধৰ্ম্ম।

(ক) চাংদম্নগদৌবিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদু উপমেয়নি।

(খ) চাংদম্নফম ওইবিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদু উপমাননি।

(গ) চাংদম্নবদা ফোঙদোক্লিবা বাহৈবু বাচক শব্দ কৌই।

(ক) চাংদম্নগদৌবিবা অমসুং চাংদম্নফম ওইরিবা অনীমক্কী মান্নবগী মতৌ অদুবু সাধাবণ ধৰ্ম্ম কৌই।

কযাৎ মবি অসিগী খুদম অমত্তং যেংসি ঃ-

থাজগুম ফজববা মায়থোংনি।

মথক্কী বাহৈ পবেং অসিদা 'মায়থোং' হাযবসি চাংদম্নগদৌবিবা পোৎশক ওইবনা উপমেযনি। 'থাজ' হায়বসিনা চাংদম্নফম পোৎশক ওইবনা উপমাননি। 'গুম' হাযবা বাহৈ অসিনা চাংদম্নবদা ফোঙদোক্লিবা বাহৈ ওইবনা বাচক শব্দনি। অদুগা চাংদম্নগদৌবিবা অমসুং চাংদম্নফম ওইবিবা পোৎশক অনীমক্কী মান্নবগী মতৌদি 'ফজবা' হাযবসিনা ওইবা মবন্না মসিবু সাধাবণ ধৰ্ম্মনি হায়না খঙগনি।

উপমা অলঙ্কাব অসি অমুক মরু ওইনা মখল অনী থোক্লা লৈবি। মদুদি ঃ- ক) **পূর্ণোপমা** খ) **লুপ্তোপমা**।

**ক) পূর্ণোপমা** — উপমাগী কযাৎ মবিমক অমত্তা চিথদনা মপূঙ ফানা বর্ণন তৌববু পূর্ণোপমা কৌই।

খুদম -- থাজগুম ফজববা মাযথোং।

মতাং অসিদা উপমা কযাৎ মবিমক হায়বদি মাযথোঙ = উপমেয়, থাজ = উপমান, গুম = বাচক শব্দ অমসুং ফজবা = সাধাবণ ধৰ্ম্ম য়াওরি। মবম অদুনা পূর্ণোপমা অলঙ্কাব ওইবে।

**খ) লুপ্তোপমা** — উপমাগী কয়াৎ মরিগী মনুংদা অমা নৎত্রগা খব লোৎশিন্দুনা থম্বা অলঙ্কারবু লুপ্তোপমা কৌই।

খূদম — থাজগুম্বা মায়থোং।

মতাং অসিদা মায়থোং = উপমেয়, থাজ=উপমান অমসুং গুম্বা=বাচক শব্দ অহৌসিতমক য়াওই, সাধারণ ধর্ম য়াওদবা মবন্না লুপ্তোপমা ওইবে।

মথক্কী মরু ওইবা মখল অনী অসিতা নত্তনা উপমাগী মখল কয়া অমসু লৈরি, মদুশিং অদুদি নৈনজদ্রে।

**রূপক**

করিগুম্বা পোৎশক নৎত্রগা মীশক অনীগী মান্নবগী মতৌদু হেনমনবদগী অমত্তনি হায়না উৎপদা লৈবা অলঙ্কারবু রূপক অলঙ্কার কৌই।

খূদম — কৃষ্ণগী মায়থোং থম্বালসি য়েংঙু।

খূদম অসিদা কৃষ্ণগী মায়থোং (উপমেয়)বু থম্বাল (উপমান)গা অমত্তা ওইনা খেন্নবা লৈতনা লৌহন্দুনা রূপক অলঙ্কার লৈহল্লি।

রূপক অলঙ্কারগী মখল কয়ামরুম লৈ। মখোয়দুগী মনুংদা ক) সাঙ্গরূপক, খ) নিরঙ্গরূপক, গ) পরম্পরিত রূপক।

**উৎপ্রেক্ষা**

কবিগুম্বা পোৎ অমা নৎত্রগা মীশক অমবু অতোপ্পা অমদা ওইবা যাই নৎত্রগা মান্নবা য়াই হায়না কল্পনা তৌববু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই।

খূদম — থম্বাল মানবা মীৎস্না।

মতাং অসিদা 'মীৎস্না' উপমেযবু 'থম্বাল' উপমান ওইনা নমদুনা 'মানবা' হাযবা বাহৈ শীজিন্নদুনা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈহল্লি।

উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার অসিগী মরু ওইবা মখল অনী লৈ। মদুদি — ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা খ) প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা।

**ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা** — 'গুম', 'মান্নে', 'গুম্মী', 'ওইবমান্নে' অসিনচিংবা ওইবা য়াবা খণ্ডনবা বাহৈশিংনা খণ্ডহনবা অলঙ্কারবু বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌই।

খুদম উবশী মাঙদা বলীনা, লৈবাং লৈকোম্মুংদা,
বাসময়াম, তাবা মযাম তাবগুম লৈপাক্তা।

মতাং অসিদা 'বসামযাম' উপমেযবু 'তাবা মযাম' উপমান ওইনা নমদুনা 'গুম' হায়বা বাহৈ শীজিন্নদুনা বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব লৈহল্লি।

**খ) প্রতী মানোৎপ্রেক্ষা** – 'গুম, 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইবমাল্লে' ওইবা তাই অসিনচিংবা ওইবা বাহৈশিং শীজিন্নদ্রবসু মশাগী অর্থনা খঙহনবা অলঙ্কাববু প্রতীযমানোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- যেংবা চৎকে তপোবন্দা তিনব পূকচেল অশেংবনা
থাজদুনা বাম কৌবা অনীগুবা জগৎসিগী।

মতাং অসিদা উপমেয বামবু উপমান অনীগুবা থাজ ওইনা অতোপ্পা বাহৈ শীজিন্নদনা মশাগী অর্থনা খঙহনবা মবল্লা প্রতীযমানোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব লৈবে।

## অতিশয়োক্তি

কবিগুম্বা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমগী মগুণ হেনগৎনবা হায়দুনা মীশক নৎত্রগা পোৎশক্কুগী মগুণগী চাংদগী হেঞ্জিন্না হাযজনবা অলঙ্কাববু অতিশযোক্তি অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- লাইবেন সনা ইহাকথক অসিদা তখেন মখোযদি তোকখবো
চীংঙু সোবাবেন ফাওবা মণিপুব সনা লৈপাক্তা চঙবা ঙমলোই।

মতাং অসিদা গবিবনিবাজ মহাবাজনা চুন্নগী তখেল লান্মী খক্ত হাযদদুনা চীংঙু সোবাবেন ঈশ্বব ফাওবা মণিপুবদা চঙলকপা ঙমলোই হাযনা মাগী থৌনা অমসুং পাঙ্গলগী মবমদা হেঞ্জিন্না হাযদুনা অতিশযোক্তি অলঙ্কাব লৈহল্লি।

অতিশযোক্তি অলঙ্কাবগী মখল কয়ামরুম লৈ। অদুবু মতাং অসিদা নৈনদ্রে।

## প্রতীপ

উপমানবু উপমেয ওইনা লৌবা অদুগা উপমেযনা উপমান ওইনা নৎত্রগা অবেম্বা কান্নদবা ওইনা খঙহনবা মতমদা প্রতীপ অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- নংগা শাজৎ মান্নবা কাংঙাশিংসু চৎখ্রে

মতাং অসিদা 'কাংঙাগা মান্নবা নংগী শাজৎ' হাযবগী মহুত্তা 'নংগা শাজৎ মান্নবা কাংঙা' হায়রি। হায়বদি উপমান ওইগদবা ' কংঙাগী শাজৎপু' উপমেয ওইনা

অমসুং উপমেয ওইগদবা 'নংগী শাজৎ' পু উপমান ওইনা বর্ণন তৌবনা প্রতীপ অলঙ্কাব লৈবে।

## সন্দেহ

উপমেয় অমসুং উপমান য়ান্না মান্নমনবদগী মশক খণ্ডবা ঙমদবা অদুগুম্বা চিংনবা মওঙ অদুবু সন্দেহ অলঙ্কাব কৌই।

খুদম — ইমাঙদা উবিবা অঙৌব'সে হিমালয়গী মতোল্লা?

পদ্মাসনদা ফমদুনা ধ্যান তৌবিবা শিববা?

মতাং অসিদা অঙৌবা পোৎশক উপমেয় অসি হিমালযগী মতোন উপমান নৎত্রগা ধ্যান তৌবিবা শিব উপমান ওইবমগদ্রা হায়না চিংনবা লৈবনা সন্দেহ অলঙ্কাব লৈবে।

## একাবলী

মথক-মথক্কী মক ওইবা বাহৈগী থোইদোকপা মগুণবু মথং-মথং মখা-মখাগী বাহৈনা মাঙ-তুং তাইশিন্নবা অলঙ্কাববু একাবলী অলঙ্কাব কৌই।

খুদম — ঈশিং লৈবমদে থম্বাল শাৎতবা।

থম্বাল লৈবমদে খোইমু তোংদবা।

খোইমু লৈবমদে ঈশৈ শক্তবা।

ঈশৈ লৈবমদে পুক্লীং হুদবা।

মতাং অসিদা থম্বালনা মাঙগী ঈশিংগী, খোইমুনা মাঙগী থম্বালগী, ঈশৈনা মাঙগী খোইমুগী অমসুং পুক্লীংনা মাঙগী ঈশৈগী মথং-মনাউ নাইনা মগুণ ফোঙদোকপা মবম্না একাবলী অলঙ্কাব ওইহল্লি।

## কারণমালা

বাহৈ পবেংদা মমাঙ-মমাঙগী পোৎশক্না মতুং-মতুংগী পোৎশক্কী মবম মথং-মথং ওইহন্দুনা মবম পবেং অমা শেম্ববু কাবণমালা অলঙ্কাব কৌই।

খুদম — মহৈ হৈবগা জ্ঞান লৈবকই,

জ্ঞান লৈবগা নোঙ্মুক্লা চৎলি।

নোঙ্মুক্লা চৎপনা মীনা চানবি।

মতাং অসিদা মহৈনা জ্ঞান ওইবক্লবা, জ্ঞান্না নোঙ্মুকপা ওইবক্লবা, নোঙ্মুকপনা মীনা চানবা

(নুংশিনবা) ওইবক্কুবা মবম মথং-মথং ওইনদুনা পরেং শেম্বনা কাবণমলা অলঙ্কাব লৈবে।

## দীপক

হাযনীংবা বাফম (প্রস্তুত) অমসুং নাকোয়ননা হায়বোইদবা বাফম (অপ্রস্তুত) অনীবু শাজৎ (ধর্ম্ম) অমত্তনা তিলহনবা অলঙ্কাববু দীপক অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- নুপী অমসুং অঙাংদি মহৌশানা পঙবনি

মতাং অসিদা নুপী প্রস্তুতনি অমসুং 'অঙাং' না অপ্রস্তুতনি। অনী অসিবু 'পঙবনি' হাযবা শাজৎ (ধর্ম্ম) না তিনহন্দুনা কোনশিনবা মবন্না দীপক অলঙ্কাব লৈরে।

## সমাসোক্তি

পোৎশক নৎত্রগা মীশক অমগী লমচৎ-শাজৎপু অপান্ননা হাযবগী মতুত্তা মান্নবা অতোপ্পা অমদা থৈজিন্দুনা হাযবগা পোৎশক নৎত্রগা মীশক অদুদা পালহনবা অলঙ্কাববু সমাসোক্তি অলঙ্কাব কৌই।

খুদম -- হে মলয়া নামিবা,
নীংথিবী নুজাগী থাখুমফিবু,
হাইদোক্কুনা হকচাং কয়াৎপুম্বা,
ঈথক কানা কোনবা হবাওনা,
কবি পুণ্যনা ফঙলিবা নহাক্কা।

মতাং অসিদা কনাগুম্বা নুপা অমনা কনাগুম্বী নুপীজা অমগী থাখুমফিবু হাইদোক্কুনা কোনবা মতৌদু নুংশীৎনা ফি-বোল হাইদোক্কুনা হকচাংদা য়ৈবা মতৌগা মান্নবদগী নুংশিৎতা থৈজিন্দুনা হায়বগা মচেক্কা য়ৈদুনা নুপা অদুদা পালহনবা মবন্না সমাসোক্তি অলঙ্কাব লৈহন্নি।

## মরিশুবা পন্দুপ

# গুণ-রীতি সম্প্রদায়

সম্প্রদায় অসিগী মিংথোলদা 'গুণ' হায়বা বাহৈ অসি ইহান হান্না পল্লম্বা আচার্য়দি ভবত মুনিনি। গুণ হাযবসি কবিনো অমসুং মসিগী থৌদাংগী মবমদা ভবত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র*দা কাব্যদা চঙগদবা গুণ অসি তবানি হাযনা তাক্লম্মী, মদুদি ঃ-

১) শ্লেষ হায়বদি পান্নিবা অর্থ অমগী বাহৈ কয়ামুক শীজিন্নবা,

২) প্রসাদ হায়বদি লায়না খঙবা যাবা বাহৈ শীজিন্নবা,

৩) সমতা হাযবদি লৈতেংগা গুণগা চাং মান্নবা লৈবা,

৪) সমাধি হায়বদি উপমানচিংবনা ফোঙদোকপা অর্থ ময়াম শমজিন্না উৎপবুনি,

৫) মাধুর্য হাযবদি হন্না হন্না হাযববসু পুক্নীং অপেনবা লৈতনা নুংঙাইববুনি,

৬) ওজ হাযবদি কম্থা-হৈথানবা বাহৈশিং শীজিন্নদুনা অৱাংবা ৱাখল ফোঙদোকপবুনি,

৭) সৌকুমার্য হাযবদি হায়বদা লাযবা নীংথিবা অর্থ শাগোন্নববা সন্ধি তৌরবা পবেংশিংবুনি,

৮) অর্থব্যক্তি হাযবদি পামজবা অর্থশিং লৌবা য়াবা পবেংশিংবুনি,

৯) উদাত্ত হাযবদি অকন্নবা অর্থ ময়াম পাক-শন্না যাওবা ফজবা বাহৈশিংগী পবেংবুনি।

১০) কান্তি হাযবদি নীংথিবা বাহৈগী অর্থনা পুক্নীংগা নাকোংগা নুংঙাইহনবা শৈবেংবুনি।

মসিগী মতুংদা ভামহনা ভবতকী গুণ তবা অদু য়ানীংলমদে। অদুনা মহাক্না গুণবু মখল অহুম হায়বদি মাধুর্য়, ওজ অমসুং প্রসাদকী মবমদা পল্লম্মী।

মাধুর্য় — তাবদা খোয়থুন্নবা অমসুং থম্মোয় পেনবা, পুক্নীং হবাও-তুজুংনহনবা বাহৈ-বাতাশিংনা পোক হনবা কাব্যগী গুণ অদুবু মাধুর্য় হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা

মাধুর্য গুণ প্রসিগী ফিভম অসি শৃঙ্গাব বসতা থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈ ।

**ওজ** থম্মোযদা অকনবগী ঈহুন, থৌনা-লিংজেন পোকহনবা কাব্যগী গুণ অদুবু ওজ গুণ কৌই। অসিগুম্বা ওজ গুণ অসিগী ফীভম অসি বীব বসতা থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈ।

**প্রসাদ** ক ন অমবু পাবদা অইবগী বাখল অমদি পান্দম অদু অপাবা অমদি অতাবনা ইবাই লায়না খঙবা ঙম্মা অদুবু প্রসাদ গুণ কৌই। গুণ অসি বস খুদিংমক্তা অথিংবা লৈতনা শীজিন্নবা যাবা মবন্না মাধুর্য অমসুং ওজ গুণদগী পাকশনবা হেল্লি। মসিবু কন্নাগুম্বা আচার্যশিংনা গুণবাজ হায়না ফাওবা কৌনৈ।

মথক্কী আচার্য অনী অসিগী মতুংদা লাকপা আচার্য বামণনদি ভবতকী গুণ তবা অসি য়ানীংনা উৎপগা লোযননা বাহৈগী ওইবা গুণ অমসুং অর্থগী ওইবা গুণ হায়না গুণ মখল তবা তবা পূন্না কুন গুহল্লম্মী। মথক্কী বামনগী বাফম অসি ভোজবাজনা যানীংদবগা লোয়ননা গুণ অসি মওঙ অমদা মখল অহুম থোক্লা হায়বদি মপাঙ্গোঙগী ওইবা গুণ, মনুংগী ওইবা গুণ অমসুং অখনবা গুণ হায়না খাযদোক্লম্মী। অদুগা ভামহনা পল্লম্বা গুণগী মতাং অসি মম্মট, হেমচন্দ্র, বিশ্বনাথ অচার্যশিং অসিনা যান্না কন্না যানীংবা উৎলম্মী। মখোযনা ভবত, বামন, ভোজবাজনা পল্লম্বা গুণ মযাম অসি ভামহনা পুথোক্লম্বা গুণ মখল অহুম অসিগী মনুংদা থন্না যাই হায়না মত ফোঙদোক্লবম্মী। অসুম্না গুণবু মখল অহুমনি হায়বসি অযাম্বা আচার্যশিংনা যানদুনা চৎনবি।

মথক্তা পনখ্রিবা গুণ অহুম অসি কাব্যদা চঙদ্রবা যাদ্রবা মচল অমনি। মসিগা ব সকা অপাননবা তৎন-থানবা যাদ্রবা মবী অমা লৈনবিবনি।

'বীতি' হাযবা বাহৈ অসি সংস্কৃত বাহৈনি। মসিগী অর্থনা বীঙগতৌ চৎপগী অর্থ পুবা 'বীঙ' ধাতুদা 'ক্তিন' হাযবনা প্রতয তৌবগা শেম্বনি। মসিনা পুবিবা অর্থনা 'লম্বী' হাযবনি। মসিবু আচার্য বামননা ৮ শুবা চহীচাগী অহানবা তাঙ্কক অদুবাইদা কাব্য নৈনবগী মনুংদা পুশিন্নকুনা ফোঙদোকপগী লম্বী হায়বদি বাহৈ পবেং লেংশিনবগী মওঙ-মতৌ শৈলী (Style) ওইনা লৌবকই। মহাক্লা মাগী *কাব্যালঙ্কাবসূত্রবৃত্তি* দা "বীতিআত্মা কাব্যস্য" হাযবদি বীতিনা কাব্যগী থবাযনি। মখা তানা অমুক্তা 'বিশিষ্টা পদবচনা বীতি" হাযবদি অখন্নববা নীংথিজববা বাহৈনা ফোঙদোকপা নৎত্রগা লেংশিনবা গুণদা যুম্ফম ওইবা মওঙদু বীতিনি। মহাক্লা গুণ অমসুং বীতি অনী অসি মতম পুন্নমক্তা তৎন-থানবা তৌদনা লোয়নদুনতা লৈবা

অমত্তমক লৈবা য়াদবা অমনি হায়বম্মী। অসূন্না মহাক্না বীতিগী মবমদা যান্না কূপ্না পবিভাষা পীরম্বনা মহাকপু সম্প্রদায় অসিগী লমযানবনি হায়না লৌনবি। মহাক্কী মমাঙদা বীতিগী মবমদা পল্লমদবা অচার্য লৈতবদি নত্তে। তৌইগুম্বসুং মখোয়না বামনগুম্না ময়েক শেংনা মচল শুনা পল্লমদবনা লময়ানবগী মিংথোন পীবমদে।

আচার্য় বামনগী মমাঙদা খৃষ্টগী চহীচা মস্তাদা বানভট্টনা মাগী *হর্ষচবিত* তা *কাব্যদা ফোঙদোকপগী মওঙ-মতৌ হাযবদি বীতিবু লমগী মীৎযেংদা মখল মবি থোক্লা* খায়বম্মী। মদুদি ঃ-

১) **উদীচ্য** — অৱাংলোমগী মীশিংনা অর্থ অনী অনী চৎপা ৱাহৈ যাওবা লোন্দা শীজিন্নবা।

২) **প্রতীচ্য** — নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা অর্থদমক পান্নবা মওঙ।

৩) **দাক্ষিণাত্য** — মখাবোমগী মীওইশিংনা অলঙ্কাবদমক পান্নবা মওঙ।

৪) **গৌড়** — নোংপোক্কী মীওইশিংনা ময়েক্কী মাযকৈদা থৱায য়াওবা মওঙ।

৭শুবা শতাব্দীদা ভামহনা 'বীতি' বু 'মার্গ' হায়না শীজিন্নদুনা মার্গ মখল অনীদমক পুথোক্রুম্মী। মদুদি —

১) ***বৈদর্ভ মার্গ*** — বৈদর্ভ লৈবাক্কী কবিশিংনা শীজিন্নবম্বা থোৎ-নৌবা ৱাহৈ-ৱাতা অর্থ মফোঙদোকপুনি।

২) ***গৌড় মার্গ*** — নোংপোক অমসুং মখা মায়কৈবোমগী খোঙ্হোক্কী ওইবা তাবদা নুংঙাইবা অর্থ লৈতবা ৱাহৈ যান্না য়াওবা মফোঙদোকপুনি।

দণ্ডীনা ৮শুবা চহীচাদা ভামহনা পুথোক্রুম্বা বৈদর্ভ মার্গ অমসুং গৌড মার্গ অসি শৌগৎপগা লোযননা গুণ তবাগা তৎন থানবা যাদ্রবা মবীনি হাযবম্মী। অদুগা ৯শুবা চহীচা যৌবকপা মতমদদি বামননা বৈদর্ভ মার্গ অমসুং গৌড মার্গ অসিগী মথক্তা পাঞ্চাল প্রান্তবোমদা ফংবা খূৎইগী মওঙ 'পাঞ্চালী' কৌবা অমগা হাপচিন্দুনা 'মার্গ' নৎত্রগা 'বীতি' বু মখল অহুম থোক্লা পুথোক্রুম্মী। বামননা অসিগুম্নবা বীতি হাযবিবা ফোঙদোকপগী খূৎই মওঙ অসিনা কাব্যগী অত্মানি হায়না থাজবম্মী। রুদ্রটনসু বামননা হাযবিবা বীতি অহুম অসিগী মথক্তা 'লাটীয়া' হাযবা (লাট লৈবাক্তা চৎনবা লোন্দা) মখল অমগা হাপচিন্দুনা বীতিবু মখল মবিনি হায়না তাক্রুম্মী। ১০শুবা চহীচাদা বাজশেখবনা বীতিবু 'প্রবৃত্তি' অমদি 'বৃত্তি' গা অচেৎপা মবী লৈনৈ হাযনা মত ফোঙদোবকই। মহাক্না বীতিবু ৱাঙাং-শাঙাংগী মওঙবুনি, প্রবৃত্তিনা ফিজেৎকী মওঙবুনি অমসুং বৃত্তিনা হবাও-তযাম্বা ফোঙদোকপগী মওঙ ওইনা লৌবি। অদুগা বীতিগী

মখলবুনা গৌডী, পাঞ্চালী অমসুং বৈদৰ্ভী অহুমসিদমক য়ানীংলম্মী। ১১শুবা চহীচাদা ভোজবাজনা হান্নগী বৈদৰ্ভী, গৌডী, পাঞ্চালী বীতি মখল অসিদা 'আবন্তিকা' অমসুং 'মাগধী' হাযবা বীতি মখল অনী অসি হাপচিনবা পান্নম্মী। অদুবু মতুং তানকপা আচার্যশিংনা যানীলমদে। ১১শুবা চহীচাদা কুন্তকনা বীতিবু মখল অহুমথোক্না খাযদাক্লম্মী। মদুদি -- ১) সুকুমার মার্গ, ২) বিচিত্র মার্গ অমসুং ৩) মধ্যম মার্গ।

১) সুকুমার মার্গ হাযবদি বস চেনবা থম্মোযদা খোযথুন্নবা অমদি খঙবদা লাযবা মওঙগী খূৎইবু খঙনৈ।

২) বিচিত্র মার্গ হাযবদি অলঙ্কাব যানা যাওবা, রাহৈ - রাতা খন খন্দুনা থক্কৎহন্নবা শেম-শাবা মওঙগী খূৎইবু খঙনৈ।

৩) মধ্যম মার্গ হাযবদি সুকুমাব অমদি বিচিত্র মার্গ অনী অসি পূন্না চাং মান্ননা যানশিন্নদুনা ইবা খূৎইগী মওঙবু খঙনৈ।

মথক্তা থমখ্রিবা বীতিগী মবমদা ভামহদগী আচার্য কুন্তক ফাওবদা তোঙান-তোঙানবা আচার্যশিংনা মাগী মাগী মত অমসুং মখল খাযদুনা বীতিবু মখল কযামুক খোক্লা খাযদাক্লম্মী। অদুবু হৌজিক ফাওবদা মযাম্না যানবিবা বীতি মখল অসি অহুমনি। মদুদি -- বৈদৰ্ভী, গৌডী অমসুং পাঞ্চালী। অসিগুম্বা বীতি অমদি বীতিগা অমত্তা ওইনা লোযনদুনা লৈবিবা গুণ হাযবা কাব্যগী মচল অসি কাব্যগী থবাযমক্তি হাযবা কাঙলূপ অমা কাব্য নৈনবোলদা বীতি নৎত্রগা গুণ-বীতি সম্প্রদায হাযনা মযাম্না খঙনবিবসিনি। কাঙলূপ অসিগী রাখল্লোন গুণ- বীতিনা কাব্যগী থবাযনি হাযবসিমক্তি মযাম্না যানবা হাযবদুদি ওইদ্রে।

মঙাশুবা পন্দুপ

# ধ্বনি সম্প্রদায়

ধ্বনি হায়বা ৱাহে অসি সংস্কৃতকী 'ধ্বন' ধাতুদা 'ই' প্রত্যয় তৌবগা শেম্বা ৱাহেনি। মসিগী মপাম্ভোঙগী ওইবা অচম্বা অর্থদি খোঞ্জেলবুনি হায়বদি থোক্লিবা মখোল অদুবুনি। মসিবু সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা ইহান হান্না পথাপ অমা ওইনা হৌদোক্লম্বা আচার্যদি ৯শুবা চহীচাদা লৈবম্বা আনন্দবর্দ্ধননি। সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা আচার্য অসিনা লৌবিবা নৎত্রগা পুবিবা অর্থদি কবিগুম্বা ৱাহে অমগী মপাম্ভোঙগী ৱাহেগী অশেংবা অর্থদু নত্তবা মনুংগী ওইবা হাযবনা অমা হাযবগা অর্থনা অমা ওইনা লৌবা থক্তোবকপা অর্থ অদুবুনি। মতাং অসিবু আনন্দবর্দ্ধননা মাগী *ধ্বন্যালোক* তা অসূন্না হায়বি ঃ-

য়ত্রার্থ শব্দো বা তমর্থমুপসর্জনী কৃতস্বার্থৌ।

ব্যংক্ত কাব্যবিশেষ স ধ্বনিবিতি সুবিভি কথিত ।।

শব্দ অমসুং অর্থনা মখোযগী অশেংবা অর্থ অদু নত্তবা ইতোপ তোপ্পা নুংগী থক্তোবকপা অর্থ অমা ফোঙদোক্লবদি মদুবু কাব্যদা ধ্বনি হাযনা খঙনৈ। খুদম ওইনা "নুমিৎ তারে" হায়বা ৱাহে পবেং অসিদা ঐখোযনা অর্থ অনী থোক্পা লৌবা য়াই। মদুদি — অহানবদা নুমিৎ কৌবা গ্রহ অমা মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈখিদুনা মমশিল্লকপবু খঙনৈ। অদুগা অনীশুবা অর্থনা ইমুং-মাঙ্গোন লোইশিনবা, শান্নবিবা অঙাংশিংবু মখোঙ-মখূৎ হাম্বীদুনা লাইবিক পাহন্নবা থৌবাঙ তৌবা, সন্ধ্যাগী ধূপ-থাও মৈ থাদুনা লাইগী থৌবম তৌবা অসিনচিংবা থবকশিং পাঙথোক্লবা তাকপা অর্থ অসিবুনি কাব্যগী ধ্বনি হাযবিবসি।

আনন্দবর্দ্ধনগী মতুং ইনবা ওইনা ১১শুবা চহীচাদা অভিনবগুপ্তনা মাগী *ধ্বন্যালোক-লোচন* কৌবা লাইবিক অমা ইবক্তুনা আনন্দবর্দ্ধনগী ৱাফমবু শৌগৎলম্মী। মহাক্না ভরত মুনিগী বস অমসুং আনন্দবর্দ্ধনগী ধ্বনি অনী অসিগী মবী য়াম্না নকশিন্নহনখি। মসিমক্না ধ্বনিবু কাব্যগী জগৎতা আসন চাওনা ফঙলিবনি অমসুং মতুংদা লাকপা আচার্যশিংনা *ধ্বন্যালোক-লোচনু* বু আনন্দবর্দ্ধনগী *ধ্বন্যালোক* তগী হেন্না মরু ওইবা অমনি হায়বা ফাওবা য়ানখি।

অভিনবগুপ্তগী মতুংদা আচার্য মম্মটনসু মাগী *কাব্যপ্রকাশ* ইদুনা ধ্বনিবু যাম্না কন্না শৌগৎলম্মী। মহাক্না অসুম্না ইবি ঃ-

ইদমুত্তমমতিশায়িনি ব্যঙ্গে বাচ্যাদ্ ধ্বনির্বুধৈ কথিত।

শব্দগী মশাগী ওইবা অর্থ হায়বদি বাচ্যার্থগী মনুংদগী অতোপ্পা পুক্নীং হুবা অর্থ বমণীযার্থ থোক্লকুনা মশাগী ওইবা অর্থগা চাংদম্নকবদা হেন্না পুক্নীং হুনা ফজনীংঙাই ওইবা চমৎকারপূর্ণ ওইবা মওং ধ্বনি কাব্য হায়না কৌগনি।

মসিগী মতুংদা ১৪শুবা চহীচাদা বিশ্বনাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* ইদুনা ধ্বনিগী মবমদা নীংথিনা শৌগৎলম্মী।

বাচ্যাতিশায়িনী ব্যঙ্গে ধ্বনিস্তত্কাব্যমুত্তমম্।

অচম্বা অর্থদগী মচেক্লা যৌদুনা ফোঙদোকপা পুক্নীং শুম্নাৎনিঙাই ওইববা কাব্য অদুবু ধ্বনি কাব্যনি হায়বম্মী।

অদুগা ১৭শুবা চহীচাদা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথনা মাগী *বসগঙ্গাধব* ইদুনা ধ্বনিবু যানীংবা উৎলম্মী। মহাক্না ধ্বনি পথাপপু হায়বদি ধ্বনিনা শরুক যাম্নবা কাব্যবু খ্বাইদগী আথোইবা উত্তম কাব্যনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী।

## ধ্বনি মখল

(হৌজিক ফাওবদা ভাবতকী আচার্যশিংনা ধ্বনিবু মক ওইনা মখল অনীথোক্লা খাযদোকই – ১) **অভিধামূলক** অমসুং ২) **লক্ষণামূলক**।

১) অভিধামূলক – মসিবু বিবক্ষিতান্যপববাচ্য হায়নসু খঙনৈ। বাহৈগী মশাগী ওইবা অচম্বা অর্থ হায়বদি বাচ্যার্থ চঙদনা যাদবা ধ্বনি অদুবু অভিধামূলক ধ্বনি কৌই।

অভিধামূলক ধ্বনি অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈবি। মদুদি –

ক) সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি অমসুং খ) অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি

ক) সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি – মসিদা বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গার্থ য়ৌবা ফাওবদা মথং মথং ধ্বনি থোবকপগী অকোন-অহানগী মবী খঙবা ধ্বনি অদুবু সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি কৌই।

সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈবি।

মদুদি – অ) অলঙ্কাব ধ্বনি অমসুং আ) বস্তু ধ্বনি।

অ) অলঙ্কাব ধ্বনি — ফোঙদোক্লিবা পোৎলম অদুগী মশাগী অশেংবা মশক মওঙ অদু নত্তবা অতোপ্পা বাহৈ-বাতা কযা অলঙ্কাব শীজিন্নদুনা ওইহনবা ধ্বনিবু অলঙ্কাব ধ্বনি কৌই।

অ) বস্ত ধ্বনি — মশাগী অশেংবা বাফমদমক ফোঙদোকপা অলঙ্কাব য়াওদবা ধ্বনিবু বস্ত ধ্বনি কৌই।

খ) অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি — মসিবু বসধ্বনি হায়বগসু খঙনৈ। মসিদা বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গার্থ যৌবগী মথং-মথং ওইবা থাক খঙবা ঙমদবা, বাচ্যার্থ অমসুং ব্যঙ্গার্থ মতম চপ মান্ননা থোবক পগুম তৌবা মওঙবু অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি কৌই। মসি ধ্বনিশিংগী মনুংদা মক ওইবা মখল অমনি। বসাত্মক কাব্য মখল পুন্নমক অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনিগী খুদম ওইনা লৌবা যাই।

অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি অসি মখল নিপান থোক্লা খাযদোকপা য়াই। মদুদি ঃ- বস, ভাব, বসাভাস, ভাবাভাস, ভাবশান্তি, ভাবোদয, ভাবসন্ধি অমসুং ভাবশবলতা।

২) লক্ষণা মূলক — মসিবু অবিবক্ষিতবাচ্য ধ্বনি হাযবগসু খঙনৈ। মসিদা বাচ্যার্থ হাযবদি বাহৈগী অচম্বা অর্থ অদু লৌদবা অতোপ্পা অর্থ অমা ওইনা লৌবা ধ্বনিবু লক্ষণামূলক ধ্বনি কৌই।

লক্ষণামূলক ধ্বনি অসি মখল অনী থোক্লা লৈ। মদুদি —

*ক) অর্থান্তবসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি অমসুং খ) অত্যন্ততিবস্কৃতবাচ্য ধ্বনি।*

ক) অর্থান্তবসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি — বাহৈগী অর্থনা মতাংগী মতুং ইন্না হাযবদি বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ তাকপগী মহুত্তা অতৈ অতোপ্পা অর্থ (ব্যঙ্গার্থ) তাক্লবদি মদুবু অর্থান্তবসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি হায়না কৌই।

খ) অত্যন্ততিবস্কৃতবাচ্য ধ্বনি — বাহৈগী মতাংগী মতুং ইন্না কান্নদবদগী বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ পুমথা থাদোক্লুনা পুমওন ওন্নবা অতোপ্পা অর্থ (ব্যঙ্গার্থ) অমা থোকহল্লবদি মদুবু অত্যন্ততিবস্কৃতবাচ্য ধ্বনি হাযনা কৌই।

মথক্তা নৈনখ্রিবা ধ্বনি মখলশিং অসি মক ওইবা খবতং লৌখৎলগা নৈনবনি। মথক্তা নৈনখ্রিবশিং অসিগী মখল মচা মচা খাযদোক্লুনা ধ্বনিবু পুন্না মখল য়াঙ্খৈমাথোই শুই হায়না পণ্ডিত বামদহিন মিশ্রনা মত পীবম্মী।

তরুকশুবা পন্দুপ

# বক্রোক্তি সম্প্রদায়

কাব্য নৈনবগী মতাংদা বক্রোক্তি হায়বিবা সম্প্রদায় অসিগী মরু ওইবা লমযানবা আচার্য়দি ১১শুবা চহীচাদা লৈবম্বা কুন্তকনি। 'বক্রোক্তি' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি 'বক্র' হায়বদি 'নাকোয়ননা' নৎত্রগা 'খোয়না' অদুগা 'উক্তি' না 'হায়বা' পূন্না 'নাকোয়ননা খোয়ন্না হায়বা' হায়না অর্থ হনবা যাই।

কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা বক্রোক্তিবু নৈনবা হৌদোক্লম্বা আচার্য়দি ৭শুবা চহীচাদা লৈবম্বা ভামহনি। মহাক্না মাগী *কাব্যালঙ্কার* দা বক্রোক্তি হায়বা অলঙ্কার অসিনা অলঙ্কার পূম্নমক্কী হৌবকফম মকনি হায়বম্মী। মহাক্না বক্রোক্তি যাওদবা লোন্দা-পুদাদি চুম্নগী মীওইবনা অযূক-নুমিদাংদা ঙাংন-শরুবিবা 'বার্তা' নি হায়না ফাওবা ফোঙদোক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্না মসিতনা কাব্যগী অম্বা ওইগনি হায়বগী ৱাফমদি পুখৎলমদে।

৮শুবা চহীচাদা লৈবম্বা আচার্য দণ্ডীনসু বক্রোক্তি হায়বসি যাবম্মী। মহাক্না সাহিত্যবু মখল অনী থোক্না খায়দোক্লম্মী। মদুদি ঃ- ক) স্বভাবোক্তি অমসুং খ) বক্রোক্তি।

ক) স্বভাবোক্তি -- হায়বদি কবিগুম্বা পোৎশক অমগী মশাগী অশেংবা শক্তম অদু চুম্না শীংথাবা মওঙবুনি।

খ) বক্রোক্তি -- হায়বনা স্বভাবোক্তিদগী লাপথোবকপা হায়বদি পোৎশক অদুগী মশাগী অশেংবা ফিভম অদু তশেংনা হায়বগী মহুত্তা উপমানচিংবা অলঙ্কার কয়া শীজিন্নদুনা ফোঙদোকপা মওঙবুনি। মতাং অসিদা দণ্ডীনা লৌবিবা ৱাফমদি বক্রোক্তিবু চুম্নগী অলঙ্কার মখল অমা ওইনা লৌদে, অলঙ্কার মযাম য়াওবা মফোঙদোক মওঙ অদুবুনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্নসু বক্রোক্তিনা কাব্যগী আত্মানি হায়বদি হায়বমদে।

আচার্য় বামননা (৮শুবা চহীচা) বক্রোক্তিবু চুন্নগী অথন্নবা অর্থালঙ্কাব মখল অমা ওইনতা লৌরম্মী। য়াম্না পাক-চাউনা কোনশিন্নমদে। রুদ্রটসু বক্রোক্তিবু য়াম্না পাক-শাম্না শব্দোক্তা তাক্রমদে। মহাক্না বামনগী অর্থালঙ্কাবগী মহুত্তা শব্দালঙ্কাবনি হায়না বক্রোক্তিবু মশক তাক্রম্মী। ধ্বনিবাদী অমা ওইজববসু ভোজবাজ ১১শুবা চহীচাদা লৈরম্বা আচার্য় অসিনা বক্রোক্তি অসি কাব্যগী ওইবা বাঙাংনি হায়না লৌই। মহাক্না 'বচন' বু মীয়ামগী ওইবা লোন্দা অমসুং 'বক্রবচন' হায়বনা কাব্যনি নৎত্রগা কাব্যগী লোন্দানি হায়না মত পীরম্মী। মতাং অসিদা মহাক্না 'বক্রতা' হায়না পম্নিবা অসিদি তশেংনা বক্রোক্তিবুনি। অদুম ওইনমক মহাকসু বক্রোক্তিনা কাব্যগী থবায়নি হায়বদি হায়রমদে।

বক্রোক্তিবু মযোল চোংখৎহন্দুনা মহৈ যালহন্নম্বা আচার্যদি ১১শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা কুন্তকনি। মহাক্না মাগী লাইবিক *বক্রোক্তিজীবিত* কৌবা লাইবিক অমা ইদুনা বক্রোক্তিগী মফম অমা কাব্যশাস্ত্রগী মতাংদা অচৌবা ফিদা অমা কনবা ঙমলিবনি। মহাক্না বক্রোক্তিবু অসুম্না মশক তাক্নি ঃ

বক্রোক্তিবেব বৈদগ্ধ্যভঙ্গীভনিতিরুচ্যতে

বক্রোক্তি *প্রসিদ্ধাভিধানব্যতিবেকিনীন বিচিত্রৈবাভিধা,*

বৈদগ্ধ্যং কবিকৌশলং, তস্য ভঙ্গীন বিচ্ছিতি ।।

অচম্বা বাঙাং হায়বসি অচম্বা মীশিংনা মখোয়গী বাখল ফোঙদোকপা মতমদা শীজিন্নৈ। অদুগা ফজবা অঙকপা গুণশিংনা তিন্নবা বাহৈ-বাতা, নাকোযননা হাযবা বাহৈ পবেং অদুনা অতাবা মীদা পুক্নীং হুবা নুংশিবা অপেনবা ফাওহনবা ঙম্বা অদু কবি ওইবা মীওইশিংনা মখোয়গী কাব্যদা শীজিন্নৈ। অদুগুম্বা থোইদোকপা গুণশিংনা তিন্নবা বাঙাংশিংদুবু বক্রোক্তি হাযনা কৌই।

আচার্য কুন্তকনা বক্রোক্তিবু মখল তরুক থোক্না খাযদোক্তুনা নৈনবম্মী। মদুদি — ক) বর্ণবিন্যাস-বক্রতা, খ) পদপূর্বার্ধ-বক্রতা, গ) পদপরার্ধ-বক্রতা, ঘ) বাক্য-বক্রতা, ঙ) প্রকবণ-বক্রতা অমসুং চ) প্রবন্ধ-বক্রতা।

ক) বর্ণবিন্যাস-বক্রতা — কাব্যগী বাহৈশিংগী মনুংদা লৈবিবা বর্ণ হায়বদি ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু সহৃদয়শিংদা নুংঙাইহন্নবগীদমক লেওশিনবগী মওঙবু খঙনৈ। মসিদা অনুপ্রাস, যমক অলঙ্কাবনচিংবা শীজিন্নৈ। বসকা মতা চান্নবা তাবদা নুংঙাইবা পোকপা অসিনচিংবনা মগুণ ওই।

খ) পদপূর্বার্ধ-বক্রতা — পদগী শরুক অসি অনী থোক্না লৈ। মদুদি — প্রকৃতি অমসুং প্রত্যয়। কুন্তকনা ৱাহৈগী অহানবা তঙ্খায় প্রকৃতি অসিবু পূর্বার্ধ হায়না অমসুং ৱাহৈগী অনীশুবা তঙ্খাযগী অবোইবা শরুক প্রত্যয় অসিবুনা উত্তবার্ধ হায়না কৌই। পদপূর্বার্ধদা কবিগী হৈশিংবা মতৌনা শরুক অসিদা বক্রতা হাপ্লগা লোযননা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ, চৎনবী ৱাহৈ, বিশেষণ, সমাসনচিংবা, ভাব, লিঙ্গ মান্নমনবদগী খেন্নবা উবক্তনা মওঙগী মাফাঙদোক উবা ফংই।

পদপূর্বার্ধ বক্রতাগী মক ওইবা মখল নিপান লৈ। মদুদি — ১) রুঢ়িবৈচিত্র্য-বক্রতা, ২) পর্য্যায-বক্রতা, ৩) উপচার-বক্রতা, ৪) বিশেষণ-বক্রতা, ৫) সংবৃতি-বক্রতা, ৬) বৃত্তি-বক্রতা, ৭) লিঙ্গবৈচিত্র্য-বক্রতা অমসুং ৮) ক্রিয়াবৈচিত্র্য-বক্রতা।

গ) পদ পরার্ধ-বক্রতা — ৱাহৈ নৎত্রগা পদগী অনীশুবা তঙ্খায নৎত্রগা অবোইবা শরুক প্রত্যযদা লৈবা বক্রতা অদুবুনি। মসিগী মনুংদা কাল, কারক, সংখ্যা, পুরুষ, বাচ্য, অব্যযনচিংবা লৈবিবা বক্রতাগী মওঙশিংবু কোনশিল্লি।

কুন্তকনা পদপরার্ধ-বক্রতাবু মখল তরুক থোক্না উৎলম্মী। মদুদি - ১) কালবৈচিত্র্য-বক্রতা, ২) কারক-বক্রতা, ৩) সংখ্যা নৎত্রগা বচন-বক্রতা, ৪) পুরুষ-বক্রতা, ৫) উপগ্রহ-বক্রতা অমসুং ৬) প্রত্যয-বক্রতা।

ঘ) বাক্য-বক্রতা — ৱাহৈপরেংদা লৈবা বক্রতা অদুবুনি বাক্য-বক্রতা হাযবিরসি। কবিনা মাগী কাব্যদুদা মথম্মোযনুংগী অপাম্বা অনীংবদু ফজনা থেক্ন-খোযনা প্রমাণ-পহ্নে তৌদুনা পুথোকপা মওঙবুনি।

ঙ) প্রকরণ-বক্রতা -- কাব্যদা শীংথানবিবা অথন্নবা হীবমশিং, মতাং মচা মচা অমসুং তাংকক্‌শিংবুনি। কবিগুম্বা কাবা অমগী ৱাবীদা অহৌবদগী অবোইবা শরুক ফাওবদা মতাং কযামকম মবী মবী মযাম শীংথাই। থৌদোক ৱাথোক কযামকমসু ইনৌ নৌনা কবি মশাগী কল্পনাদা শাদোং ওইবগা পুশিন্দুনা শীংথাই। মোইবাং কংলৈবোন্দা খম্বা-থোইবীগী ৱাবীদা ইনৌ নৌনা কুঞ্জমালাগী ৱাবী পুশিল্লকপা, অদুগা কালিদাসনা মাগী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম*দা মহাভাবততা পল্লমদবা দুর্বাসাগী শাপ, খুদোপ মাঙবনচিংবসি কবিগী অনৌবা কল্পনানা মতাং মযাম থেৎচিল্লকপসি প্রকরণদা লৈবা বক্রোক্তিনি।

চ) প্রবন্ধ-বক্রতা — প্রবন্ধ হাযবদি লাইরিক মচেৎ নৎত্রগা তাংকক্ নৎত্রগা অধ্যায় নত্তবা মপুম হাযবনি। প্রকরণদা লাইরিক মচেৎ ওইনা, মতাং নৎত্রগা

তাংকক্ নৎত্রগা অধ্যায়দা লৈবা হায়বদি কয়াৎশিংদা বক্রতা লৈববু খঙনৈ। অদুগা প্রবন্ধ-বক্রতাদদি মচেৎ নৎত্রগা কয়াৎশিংদা লৈবা নত্তবা কাব্য মশা পূম্বদা হায়বদি কয়াৎ মযামশিং অসি পূনশিন্নবা অমত্তা ওইবা লাইবিক মপূম অসিগী পাক-চাউববা বক্রতা অমা লৈবকপগী মওঙবু খঙনৈ।

অসূন্না কুন্তকনা বক্রোক্তিনা কাব্যগী আত্মানি হায়না মাগী অথৌবা মীৎযেং অমদি ৱাখলগী মহৈনা কাব্যশাস্ত্রগী লমখৈদা মাগী অচৌবা ফিদা অমদি ফংখি। তৌইশুম্বসুং মাগী মতুংদা কনাগুম্বা আচার্য অমত্তনা মতুং ইনবা থোক্লকখিদ্রে। মবম অসিনা কনাগুম্বা আচার্যনা বক্রোক্তিবু সম্প্রদায়গী থাক যৌবা ঙমদবা সিদ্ধান্তগী থাক্তা লৈবা অমনি হায়না মত পীনবম্মী।

### তরেৎশুবা পন্দুপ

# ঔচিত্য সম্প্রদায়

সংস্কৃত বাহি 'উচিত' হায়বগী অর্থদি মফম চপ চাবা হায়বনি। অসিগুম্বা উচিত হায়বদি মফম মতা চপ চাবগী মওঙবু ঔচিত্য হায়না কৌই। কাব্যগী মচলশিংগী মনুংদা অমগা-অমগা অন্নাং-অপা, অথোই-অহেন লৈহন্দনা মতীক মপা চপ চানা মান্নবা মওঙগী অর্থনি। মসিবু কাব্যশাস্ত্রগী লমদাংদা সম্প্রদায় অমগী থাক যৌহল্লম্বা আচার্যদি ক্ষেমেন্দ্রনি। অদুবু মাগী মমাঙদা আচার্য কয়ামকন্নদি ঔচিত্যগী মরু শুনবা হৌখ্রবনি। ভরত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* দা ঔচিত্যগী মবমদা অসূন্না ফোঙদোক্রম্মী ঃ

অদেশজো হি বেষস্তুন শোভাং জনয়িষ্যতি
মেখল্যোবসি বন্ধে চ হাস্যায়ৈবোপজায়তে ।।

মতাং অসিদা পাত্র/পাত্রীশিংনা লম লম অদুগী মীওইশিংগা চান্ন-চুনবা ফিজেৎ শেৎ-চাগদবনি। খ্বাঙগী লৈতেংবু হকচাংগী অতোপ্পা মফমদা পুশিন্দুনা লৈতেংবদা নোক্নবগী মশক ওইবা পাত্র ওইগনি। মতাং অসিদা পুবিবা ৱাফমদি নাট্যখক্তগী ৱাফম নত্তে। পোৎ পুম্নমক মফম-মতম চানা শীজিন্নববা মতমদতা লৈতেং ওইবা পোৎ অমসুং মী অদুগী মগুণ হেনগৎলি। মথংদা ভামহনসু কাব্যগী মতাংদা কলাগী ওন্ন-তৈনবা দেশ-কাল কলাবিবোধী দোষকী মতাংদা মফম-মতম পক্নদববু হায়বদি চান্নদববু কাব্যগী চাউববা দোষনি হায়বম্মী। মহাক্না মখা তানা কাজল হায়বসি থোইদোক্না মুববা অথীবা পোৎশক অমনি, অদুবু মফম চানা নুপীশিংদা য়েক্নবদি কাজলগী অমসুং নুপীদুগী মগুণ হেনগৎলি। আচার্য দণ্ডীনসু কাব্যদা মফম-মতম চাদবা পক্নদববু দোষ ওইনা লৌবম্মী। রুদ্রটনসু অনুপ্রাস অমসুং যমক অলঙ্কার শীজিন্নবগী মফম-মতম চাবা চাদবগী মতাংদা শন্দোক্না তাক্রম্মী। মহাক্না কাব্যগী দোষ খুদিংমক দোষ ওইদুনা কাব্যগী ফজবা মাঙহনবা নত্তে। দোষশিংসু মফম-মতম চানা শীজিন্নববদি ফজবা মাঙবগী মহুত্তা মগুণ হেনগৎপা ওই হায়বম্মী।

ধ্বনি সম্প্রদায়গী লমযানবা আনন্দবর্দ্ধননা মাগী *ধ্বন্যালোক* তা ঔচিত্যগী মবমদা যাম্না কুপ্না নৈনদুনা মতীক চানা ঔচিত্য সম্প্রদায়গী যুম্ফম থোনবা হৌবম্রবনি। মহাক্না কাব্যগী কয়াৎ খুদিংমক্তা ৱাহৈ, ৱাহৈপরেং, অলঙ্কার, গুণ, প্রকরণ অমসুং প্রবন্ধগী

লমদাংদা মফম-মতম চাবা ঔচিত্য হায়বসি তঙাই ফত্রবা থাদোকপা য়াদ্রবা মবীনি হায়বম্মী। মহাক্না ঔচিত্যবু অসুন্না মশক উৎলি ঃ-

অনৌচিত্যাদ্ ঋতে নান্যত্, বসভঙ্গস্য কাবণম্।

ঔচিত্যোপনিবন্ধস্তু, বসস্যোপনিষত্ পবা ।।

মতাং অসিদা হায়বিবদি মতিক চাদবা (অনৌচিত্য) মতৌ অসিনা বস পোকহনবগী লমদাংদো অকায়বা হাযবদু ওইহন্নি। অদুনা কাব্যদা বস পোকহনবদা ঔচিত্য হায়বসি মরু ওইবা মচল অমনি হায়বা বাফম পুখৎলকখি। অসুন্না আনন্দবৰ্দ্ধৰ্ননা ঔচিত্যগী মতাংদা অহকপা মীৎয়েং য়েংলন্নবসু ঔচিত্যনা কাব্যগী থবায়নি হায়বমদবা মবন্না মহাকপু সম্প্রদায অসিগী লমযানবনি হাযনদি লৌবমদে।

অভিনবগুপ্তনসু ঔচিত্যগী মবমদা মাগী *ধ্বন্যালোক লোচন* দা অলঙ্কাবগী বাফম অনী পুখৎলম্মী। মদুদি অহানবদা- লৈতেং ওইগদৌবিবা পোৎশক অদু লৈগদবনি, অনীশুবদা- লৈতেং অদু মফম-মতম মতীক চানা থম্বা অসিনি। মতাং অসিবু মহাক্না অসুন্না ফোঙদোক্লি ঃ-

*তথা হ্যচেতনং শবশীববং কটককুণ্ডলাদ্যুপেতমপি নভাতি।*

হাযবদি থবায়না য়াওদ্রবদা ফিজেৎ লৈতেংদুনা কবিসু কান্নবা লৈতে। হিংলবসু ফিজেৎ লৈতেংদ্রবদি ফজবা হায়বদু ওইবা ঙমদে। অসুন্না ঔচিত্যগী মচি ওইবা বাফমশিং কুন্তক, ভোজবাজ, মহিম ভট্র নচিংবশিংনা কাব্যদা ঔচিত্যগী ম ফম অসি চাউনা লৈ হায়বগী বাফম পন্নবম্মী।

আচার্য ক্ষেমেন্দ্র অভিনবগুপ্তগী শিষ্যনি। ক্ষেমেন্দ্রনা মাগী গুরু অভিনবগুপ্তনা আনন্দবৰ্দ্ধননা ঔচিত্যগী মবমদা হাযবম্বা বাবমশিং বস পোকহনবদা ঔচিত্য অসি মরু ওইবা মচন অমনি হাযবসি মহাকসু যাবম্মী। অদুবু 'জীবিত' অমসুং 'অত্মা' অনীসিগী বাফমসি অভিনবগুপ্তনা মান্নে হায়না লৌজববসু মহাক্তি খেন্ননা লৌবম্মী। মহাক্না ময়েকশেংনা অসুন্না হায়বি ঃ-

ঔচিত্যস্য চমৎ কাবকাবিণ শ্চারু চবর্ণে।

বসজীবিতভূতস্য বিচাবম্ কুরুতে অধুনা।।

কাব্যগী ফজবগী মতৌবু ঔচিত্যনা মপুঙ ফাহন্নি। অসিগুম্বা ঔচিত্য অসি কাব্যদা য়াওদ্রবদি সহৃদয়শিংগী পুক্নীং চিংশিনবা ঙমদে হাযবম্মী। হাযবিবা চিংশিনবসিনা বসকী জীবিতনি। মহাক্না কাব্যদা বসকী মফম চাউনা হান্না থন্নগা ঔচিত্যগী বাবম

অদুগ পুখৎলকপনি। বসনচিংবা কাব্যগী মচলশিংদা ঔচিত্য অসি মরু ওইবা অমা লৌনবপনি। হায়নদি বসনচিংবা খুদিংমক ঔচিত্যগী ঙমখৈ মনুংদা থম্নবা হোৎনবনি। অমুকস্ মহাক্না অসুম্না ফোঙদোকলি ঃ-

ঔচিত্যং বসসিদ্ধস্য স্থিবং কাব্যস্য জীবিতম্।

ঔচিত্য হায়বসি বসনা মহৈ (সিদ্ধ) ওইববা কাব্যগী লেঙনাইদ্রবা মশক্তি। ঔচিত্যগী ব্রাফম অসি আনন্দবর্দ্ধন অমসুং অভিনবগুপ্তনা কূপ্না নৈনদুনা উৎলম্লবসু থবাযনি হায়বমক্তি হায়বমদে। অদুবু ক্ষেমেন্দ্রদি ঔচিত্যনা কাব্যগী থবাযনি হায়বগা লোযননা নীংথিবা নিয়ম শেমদোক্তুনা থম্লম্মী। মবম অসিনা মহাকপু ঔচিত্য সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়বিবনি।

ক্ষেমেন্দ্রনা মাগী *ঔচিত্যবিচাবচর্চা* দা অপৌবা মীৎয়েংদা ঔচিত্যবু মখল কুনতবেৎ থোক্লা খাযদোক্লম্মী। মদুদি– (১) পদ (২) বাক্য (৩) প্রবন্ধার্থ (৪) গুণ (৫) অলঙ্কাব (৬) বস (৭) ক্রিয়া (৮) কাবক (৯) লিঙ্গ (১০) বচন (১১) বিশেষণ (১২) উপসর্গ (১৩) নিপাত (১৪) কাল (১৫) দেশ (১৬) কুল (১৭) ব্রত (১৮) তত্ত্ব (১৯) সত্ত্ব (২০) অভিপ্রায (২১) স্বভাব (২২) সাব সংগ্রহ (২৩) প্রতিভা (২৪) অবস্থা (২৫) বিচাব (২৬) নাম অমসুং (২৭) আশীর্বাদ।

অসুম্না আচার্য ক্ষেমেন্দ্রনা ঔচিত্যগী মবমদা য়াম্না কূপ্না পাক-চাউনা নৈনবম্মী। মসিগী মহৈ ওইনা ঔচিত্যবু সিদ্ধান্ত পূম্নমক্তা য়াম্না মরু ওইবা তঙাইফদনা কাব্যগী মফম, মতম অমসুং মতীক চপ চানা শীজিন্নববতদা কাব্যগী মগুণ হেনগৎলি হায়বসি পূম্নমক্না যানববা ব্রাফমনি। তৌবতবু মসিমক্না কাব্যগী থবাযনি হায়বদি য়ানদে।

মথক্কী সম্প্রদায তরুকমক অসি অপৌবা মীৎযেংদা তোঙান-তোঙান্না উজববসু অকূপ্পা মীৎযেংদা যেংলবদি মবী লৈনবা অমনা অমগী অবাৎ-অপা মেনথোক মেনশিন তৌনবগী মওঙদা লৈবা ঙাক্তনি। মানা মানা পামজবা সম্প্রদাযগী মতুং ইন্না বসনা আম্মা ওইগনি, অলঙ্কাবনা আম্মা ওইগনি, ধ্বনিনা আম্মা ওইগনি হাযবগী ব্রাতনি। মখোয়না পুখৎনবন্নিবা ব্রাফম খুদিংমক কাব্যদা চঙদবা যাদবা মচল ঙাক্তনি। অদুনা কাব্যদা সম্প্রদায তরুকমক্কী মফম চাউনা নৈ। অসিগুম্বা সম্প্রদায তরুক অসিবু মীৎয়েং অমবোমদা মওঙ অনীদা য়েংবা যাই। মদুদি – (১) অলঙ্কাব, গুণ-বীতি অমসুং বক্রোক্তি সম্প্রদায অহুম অসি মপাম্লোঙগী ফোঙদোকপগী মাযকৈদা ওনশিনবা হায়না থম্বা যাই। (২) বস, ধ্বনি অমসুং ঔচিত্য সম্প্রদায অহুম অসিনা মনুংগী ওইবা ঈহুল হকথেংনবগী মাযকৈদা ওনশিনবা হায়না থম্বা যাই।

# নিপানশুবা পন্দুপ

# শব্দ শক্তি

কাব্য শাস্ত্রগী ধ্বনি সম্প্রদায়দা য়ুম্ফম ওইবা কাব্যদা শীজিন্নবিবা মরু ওইবা বাহৈশিংগী মঙ্গল হায়বদি শব্দশিংগী শক্তি অমমম লৈ। মসিবুনি শব্দ শক্তি হায়বিবসি। হায়বিবা শব্দ শক্তি অসি মমুৎ তানা খঙদ্রবদি ধ্বনি সম্প্রদায়বু মশক খঙবদা মমুৎ তাবা বাৎকনি লোযননা কাব্যদা শব্দ শক্তিগী মফম যাম্না চাউনা লৈ। মসিনা কাব্যদা তোপ-তোপ্পা মচু মবেক মহাও অমা হাপ্লিবনি। কাব্যবু মমুৎ তানা খঙবদা শব্দ খঙবগী তঙাইফদবা লৈ। শব্দ অদু খঙলবা মতুংদা অর্থসু খঙগদবনি। অদুগা শব্দনা কবি অর্থ থোকহনবা ঙম্বগে হাযবা শক্তি অমা শব্দশিংদা লৈ। অসিগুম্বা শব্দ অমসুং অর্থ অনীগী মবী অদুবু শক্তি হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা শক্তি অসি অমুক শীজিন্নবগী মখা পোন্না তোঙান-তোঙানবা মান্নদবা অর্থদা চৎহনবা যাই। খুদম ওইনা 'সুন্দববন্দা কৈ য়াম্না লৈ' মতাং অসিদা কৈ অসিগী অর্থ অসি যাম্না শাথীবা মখোঙ মবি পানবা শা অমবু খঙনৈ। অদুগা অমুক 'আশুতোষ মুখার্জী বেঙ্গলগী কৈনি' হায়বা অসিদনা কৈগী অর্থ অসি মখোঙ মবি পানবা শাগী মহুত্তা থৌনা ফবা কৈগুম্না মবীল খাবা মীশক অমা ওইনা অর্থ লৌবি। অসুন্না শমপৎনা শব্দ শক্তি হাযবসি শব্দ অমগী মশাদা চেল্লিবা তোঙান-তোঙানবা অর্থ ফোঙদোকপগী পাম্বৈ ওইবা শক্তি অদুবুনি।

অহানবদা মথক্তা পল্লিবা শব্দ অসি মখল অহুম থোক্লা লৈ। মদুদি - (১) বাচক শব্দ (২) লক্ষক শব্দ অমসুং (৩) ব্যঞ্জক শব্দ। অসিগুম্বা শব্দ মখল অহুম অসিগী অমুক অর্থ মশা মশাগী লৈজে। মদুদি মথং শীৎনা — (১) বাচ্যার্থ (২) লক্ষ্যার্থ অমসুং (৩) ব্যাঙ্গার্থ। অমুকসু মথক্কী শব্দগী অর্থ থোকহনবদা শক্তি অসিসু অহুম থোক্লা লৈবি। মদুদি— (১) অভিধা (২) লক্ষণা অমসুং (৩) ব্যঞ্জনা।

## (১) অভিধা

কবিগুম্বা বাহৈ অমগী খ্বাইনা তোযনা ময়াম্না খঙনবা শব্দ কোশনচিংবদা য়াওবা অচম্বা বাহৈবু বাচক শব্দ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা বাহৈ অসিগী অচম্বা অর্থবু বাচ্যার্থ হায়না কৌই। অদুগা অর্থ অসিগী শক্তিবুনা অভিধা শক্তি হায়না কৌই।

খুদম — সুন্দববন্দা কৈ য়াম্না লৈ।

মতাং অসিদা মক ওইবা বাহৈ 'সুন্দববন' অমসুং 'কৈ' অনী অসিনা মশাগী অচম্বা অর্থ মযাম্না খঙনবদগী বাংমা লান্না হায়বদি 'সুন্দববন' জঙ্গল অমগী মমিং 'কৈ' শা অমগী মমিংদগী হেন্না অতোপ্পা অর্থ থোক্তবা মবম্না সুন্দববন অমসুং কৈ অসি বাচক শব্দনি, মসিগী অর্থ জঙ্গল অমসুং মখোঙ মবি পানবা যাম্না শাথীবা শা অসিনা বাচ্যার্থনি, অদুগা শব্দ অসিনা থোকহল্লিবা অচম্বা অর্থগী শক্তি অসিনা অভিধা শক্তিনি।

অভিধা শক্তি অসি মখল অহুম থোক্না লৈবি, মদুদি — (ক) ৰূঢ, (খ) যৌগিক অমসুং (গ) যোগৰূঢ।

(ক) ৰূঢ — কবিগুম্বা বাহৈ অমগী অপূনবা শক্তম অদু মচেৎ তানা খায়দোকপদা অর্থ লৌবা যাদবা অদুবু ৰূঢ হাযনা খঙনৈ।

খুদম — 'শন' হায়বা (মখোঙ মবি পানবা শা) বাহৈ অসি 'শ' অমসুং 'ন' তোঙান্না খাযদোকপদা মশাগী হান্নগী অর্থ মাঙই।

(খ) যৌগিক — ক বিগুম্বা বাহৈগী অপূনবা শক্তম অদু মচেৎ তানা খাযদোক্লবসু তোঙান তোঙানবা মশা-মশাগী অর্থ অমমম লৈজবা অদুবু যৌগিক কৌই।

খুদম — 'থৌনা-ফবা' (মবীল লৈবা) বাহৈ অসি থৌনা অমসুং ফবা বাহৈ অনীনা পূল্লগা শেম্বনি। মসি তোঙান-তোঙান্না খায়দোক্লবসু মশা-মশাগী অর্থ অমমম লৈজে।

(গ) যোগৰূঢ — কবিগুম্বা বাহৈ অমবু যৌগিককী মওঙদা শেম্বা অর্থদনা ৰূঢ ওইবা অদুবু যোগৰূঢ হাযনা খঙনৈ।

খুদম — উশোয় (বা অনৌবা), বাহৈ অসি 'উ' অমসুং 'শোয়' হায়বা বাহৈ অনী পূল্লগা উ অনৌবা হাযনা অর্থ লৌবগী মহুত্তা বা অনৌবা ওইনা লৌবনা যোগৰূঢ লৈবে।

অভিধা শক্তি অসি কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মথক্কী অসুন্না খায়দোকপগী মহুত্তা অসুন্না (ক) অমমমগী মিং খ ঙনবা— হিমালয়, গঙ্গা, নোংশা, বাম অসিনচিংবা, (খ) গুণগী মিং খঙনবা— অচৌবা, অশাংবা, ফজবা অসিনচিংবা, (গ) থবক্কী মিং খঙনবা-

-উবা, পাইবা, য়েংবা অসিনচিংবা অমসুং (ঘ) কাণ্ডলূপকী মিং খণ্ডনবা — অণ্ডাং, শা, উচেক, মী অসিনচিংবা মখল মবি ওইনা খায়দোক্লুনা থম্নবম্মী।

## (২) লক্ষণা

কবিগুম্বা ৱাহৈ অমগী মশাগী অশেংবা অকক্লবা অর্থনা লৌশিনবা যাবক্তদুনা মতাংগী মতুং ইনবা অতোপ্পা খ্বাইনা খণ্ডনবা থক্তোবকপা অর্থ অমা ফোঙদোক্লিবা শব্দবু লক্ষক শব্দ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা ৱাহৈ অসিগী থক্তোবকপা অর্থবুনা লক্ষ্যার্থ হায়না খঙনৈ। অদুগা লক্ষ্যার্থ অসিগী শক্তিবু লক্ষণা শক্তি হায়না কৌই।

খূদম — আশুতোষ মুখার্জী বেঙ্গলগী কৈনি।

মতাং অসিদা 'কৈ' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ অসি ইচম চম্বা অভিধা শক্তিনা পীবা অর্থ মখোঙ মবি পানবা শা অমগী মহুত্তা যান্না থৌনা ফবা কৈগুন্না মবীল খাবা মীশক অমা ওইনা অর্থ লৌবি। অসিগুম্বা অর্থ মবৌ অসিবুনি লক্ষণা শক্তি হায়বিবসি।

লক্ষণা শক্তি অসি মখল অনী থোক্না লৈ, মদুদি — (ক) ৰূঢ়ি লক্ষণা অমসুং (খ) প্রয়োজনবতী লক্ষণা।

(ক) ৰূঢ়ি লক্ষণা — ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা চৎনবী মযান্না খঙনবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা লক্ষণা ওইবকপা অদুবু ৰূঢ়ি লক্ষণা কৌই।

খূদম — বাজপতবায পঞ্জাবকী নোংশানি।

মতাং অসিদা 'নোংশা' হাযবা ৱাহৈ অসি শাথীবা শা অমগী অর্থ লৌদদুনা নোংশাগুন্না শাথীবা থৌনা ফবা বীব অমা ওইনা লৌবি। মবম অদুনা মসি ৰূঢ়ি লক্ষণানি।

ৰূঢ়ি লক্ষণা অসি অমুক মখল অনী থোক্না লৈবি, মদুদি — গৌণী ৰূঢ়ি লক্ষণা অমসুং শুদ্ধা ৰূঢ়ি লক্ষণা। মসিগী মশক মখা তানা নৈনদ্রে।

(খ) প্রয়োজনবতী লক্ষণা — কবিগুম্বা ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা থোইদোকপা মবম অমনা পান্থে ওইদুনা অর্থ তাহন্নবা শেন্নকপা লক্ষণাবু প্রযোজনবতী লক্ষণা কৌই।

খূদম — গঙ্গাদা তাবা গোয়ালা খুঙ্গং।

মতাং অসিদা গঙ্গাগী ঈমায়থক্তা খুঙ্গং তাবা য়াদবা মবন্না গঙ্গা শব্দনা গঙ্গা মপান্দা তাবা খুঙ্গংগী লক্ষ্যার্থ লৌরি। ৱাহৈ অসি মতাং অসিদা গঙ্গা মপান্দা তাবা মফম অদুগী

ঈংবা অমসুং শেংবগী থোইদোকপা মথম অমদগী শীজিন্নবকপনি। মথম অদুনা মসিদা প্রয়োজনবতী লক্ষণা লৈরে।

প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিগী মরু ওইবা মখল অনী লৈ, মদুদি — (অ) গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা অমসুং (আ) শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা।

মথক্কী গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা অমসুং শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিগী মখল মচা মচা মশা ওইনা কয়ামরুম থায়দোক্নুনা লৈবি। অদুবু মতাং অসিদা নৈনদ্রে। আচার্য্য বিশ্বনাথনা প্রযোজনবতী লক্ষণা অসিবু মখল ৮০ থোক্লা থায়দোক্নুনা য়াম্না কুপ্না নৈনবম্মী।

## (৩) ব্যঞ্জনা

কবিশুম্বা বাহৈ অমগী বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ অনীনা মথং মথং ভাব মপুঙ ফানা লৌশিনবা ঙম্লক্তবদগী নাকোয়নবা অর্থ থোকহল্লিবা শব্দবু ব্যঞ্জক শব্দ কৌই। অদুগা অসিশুম্বা ব্যঞ্জক শব্দগী অর্থ অসিবুনা ব্যঙ্গার্থ হায়বগা খঙনৈ অমসুং ব্যঙ্গ্যার্থগী শক্তিবুনা ব্যঞ্জনা শক্তি হায়না কৌই।

খুদম — নঙ ঙসিদি মায়থোং মকা লাম্না উই।
হোয়, ঐগী মায়থোং ঙসিদি মিংশেলনি।

মথক্তা ফোঙদোক্লিবা বাহৈ পবেং অনী অসিদা অহানবা পবেংদা "নঙ ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা মাল্লি" হায়বনি। অনীশুবা পবেংদনা পাউখুম ওইনা হায়বকইবা "নঙমক্লি নুংঙাইবিবদি" হায়না খুম্বনি। বাফম অসি অনীমক্লা হায়বদা পন্নবা নত্তে পূমতোপ তোপ্পা অর্থ, বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ নত্তবা, মথোয অনীমক অর্থ ফোঙদোকপা লেপশ্রবা মতুংদা ব্যঙ্গার্থ ওইনা লৌবকপা অর্থনি।

ব্যঞ্জনা শক্তি অসি মখল অনী থোক্লা লৈ, মদুদি — (ক) শাব্দী ব্যঞ্জনা অমসুং (খ) আর্থী ব্যঞ্জনা ।

(ক) শাব্দী ব্যঞ্জনা— অকক্লবা বাহৈ অমদা য়ুম্ফম ওইবা বাহৈ অদু অতোপ্পা অর্থ মান্নবা বাহৈ অমনা মহুৎ শিনবদা অকায়বা লাকপা ব্যঞ্জনাবু শাব্দী ব্যঞ্জনা কৌই।

খুদম — (মথক্কী খুদম অসিগা মান্নে)।

শাব্দী ব্যঞ্জনা অসি মখল অনী থোক্লা লৈবি, মদুদি — (অ) অভিধা মূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা, (আ) লক্ষণামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা। মখল অনী অসি অমুক কুপথনা নৈনদ্রে।

(খ) আর্থী ব্যঞ্জনা — অকক্লবা বাহৈদা য়ুম্ফম ওইদবা অতোপ্পা অর্থ মান্নবা বাহৈ অমনা মহুৎ শিনবা য়াবা ব্যঞ্জনাবু আর্থী ব্যঞ্জনা কৌই।

*খুদম — লেঙলক্রে ব্রজগী লম্বীদা*

*থৌবক্রে দোলাইদো, মঙালমক্তা তাদুনা*

*ইঙান ঙাম্রে তাইবঙসে।*

মতাং অসিদা কৃষ্ণগী দোলাইনা মালেম পুমঙান ঙানবগী অর্থ থোক্লি। অমুক্তা বাচ্যার্থনা চোংখিদুনা 'কৃষ্ণগী দোলাইবু নুমিৎকুম লংই' হায়বা ব্যঙ্গার্থ থোকহল্লি। মফম অসিদা ব্যঙ্গ্যার্থ অসি অককপা ৱাহৈ অমত্তগী মখা পোন্দবা মবন্না আর্থী ব্যঞ্জনা ওইবে।

আর্থী ব্যঞ্জনা অসি মখল অনী থোক্লা অমুক লৈবি, মদুদি — (অ) অভিধামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা অমসুং (আ) লক্ষণা মূলা আর্থী ব্যঞ্জনা। অদুবু মতাং অসিদা মখা তানা কূপ্না নৈনদ্রে।

শব্দ শক্তিগী মখল অসি অপৌবা অমসুং অকূপ্না মখল মচা কয়ামরুম থোক্লা লৈবি অমদি মখলশিংসিগী মিংথোলগী মতাংদা নৈন মীওইশিং অমগা অমগা মত মান্নদে। তৌইগুম্বসুং শব্দগী শক্তি অহুম, শব্দ অহুম অমসুং শব্দগী অর্থ অহুম অসিগী মতাংদদি পুন্নমক অমত্তা ওইনা য়েংনবা লৈতনা য়ানববা ৱাফমনি।

## মাপন শুবা পন্দুপ

# ছন্দ

### ছন্দ হৌরকপা

ছন্দ হায়বা ৱাহে অসিগী হৌবকফম মৰুদি সংস্কৃতনি। মসি সংস্কৃতকী বেদাঙ্গ তৰুক্কী মনুংদা (শিক্ষা, নিৰুক্ত, ব্যাকৰণ, জ্যোতিষ, ছন্দ) অৱোইবা বেদাঙ্গনি। ছন্দ শীজিন্নবগী মতাংদা যান্না শাংলবা ইতিহাস অমা লৈ। *ঋগবেদ* গী সূক্তদা উচ্চাৰণগী মথং-মনাও লাকপা অমসুং লৌনখিবগী মৰমদা যান্না কুপ্না মযেক শেংনা উৎলি। বৈদিক সাহিত্যদা বেদশিংগী উচ্চাৰণ শেংনা পাবগী মতাংদা কুপ্না নৈনবা উবা ফঙই। ব্রাহ্মণশিংনা মশাগী কান্নবা ৱাখল তৌদনা বেদ মৰি (*ঋগবেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ, অথর্ববেদ*) অমসুং বেদাঙ্গ তৰুকমক মযেক শেংনা তমদুনা খঙগদবনি। বেদাঙ্গশিংগী মনুংদসু শিক্ষানা হেন্না মৰু ওইনা তম্বগী ৱাফম পল্লি। মসিদা উচ্চাৰণগী মৰমদা কুপ্না নৈনবম্মী। মৰমদি ব্রহ্মাণশিংনা বেদকী মন্ত্রশিং পাবা মতমদা উচ্চাৰণনচিংবদা অশোযবা লৈহনবা যাবমদে। শিক্ষা হায়বিবা বেদাঙ্গ অসিগী মনুংদা অক্ষৰ নৎত্রগা বর্ণ, স্বৰ, মাত্রা, বল, সম অমসুং সন্তানগী মৰমদা কুপ্না মীৎযেং চঙলম্মী। সংস্কৃততা অসিগুম্বা অকুপ্না মীৎযেং অসি নৎত্রবদি কৱিগুম্বা হায়নীঙলিবা ৱাহৈগী অর্থ অদু ওন্নদুনা অতোপ্পা অর্থ অমা ওইনা লৌবা য়াবগী ফিভম কযামকম লৈৰকই। অসিগুম্বা উচ্চাৰণগী ওইবা মওঙ অসি ছন্দগী হৌবকফমনি হায়বদা মতীক চাবৰা ৱাফমনি।

আচার্য যাস্কনা মাগী *নিৰুক্ত*দা 'ছন্দ' হায়বা ৱাহে অসি 'ছদ' ধাতুদগী শেমখিবনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মসিগী অর্থনা কুপশিন্দুনা থম্বা, ঙাক শেন্দুনা থম্বা অমসুং পুক্নীং নুংঙাইহনবনচিংবগী অর্থবু খঙহল্লি। অসুন্না ছন্দগী মৰমদা লাইবিক কযাদা অমসুং নিৰুক্তকাৰ যাস্কনা নৈনবা হৌবন্নবসু অকুপ্পা মওঙ ছন্দবু ছন্দ ওইনা পাক শন্না নৈনবমদে। ছন্দগী মৰমদা য়াম্না কুপ্না পাক-শন্না শাস্ত্রগী থাক যৌনা নৈনবম্বদি সম্রাট অশোক্কী গুরু, পাণিনিগী মনাও পিঙ্গল হায়বিবা আচার্য অসিনি। মহাক্কা তৌবম্বা থৌদাং য়েংলগা মহাকপু ছন্দশাস্ত্রগী লমযানবা অমনি হায়না লৌনবি। মহাক্কা বৈদিক ছন্দদগী লৌকিক ছন্দদনা হেন্না মৰু ওইনা থৱায় য়াওনা লৌবম্মী। মসিগী মতুংদা

হেমচন্দ্রনা *ছন্দোৎনুশাসন* কেদাবভট্টনা *বৃত্তবত্নাকব* অমসুং ১৫শুবা শতাব্দীদা গঙ্গ াদাসনা মাগী *ছন্দোমঞ্জুবী* ইবমদুনা ছন্দশাস্ত্রগী যাম্না কুপ্পা অমসুং ফজবা ইতিহাস অমা শাগৎলম্মী।

**ছন্দগী পরিভাষা**

বাহৈ নৎত্রগা বাহৈ পবেংবু পাবা নৎত্রগা তাবদা থম্মোযদা নুংঙাইবা পোকহনবা অককুবা নিয়মগী মতুং ইন্না বাহৈ লেংশিল্লকপবু ছন্দ কৌই।

খূদম — খাহি লৈবাক লাঙখিদ্রে,
মপাল থোকপা কিনবে,
নুপী অঙাং কপখিদ্রে,
মিপাইবনা থগৎখ্রে।

মথক্কী শৈবেং পবেং খবা অসিদা অককুবা নিযম অমগী মখাদা বাহৈ লেংশিন্দুনা পাবা অমসুং তাবদা নুংঙাইবতা নত্তনা বাহৈ মযাম অসি শমজিন্নবকপগী তোপ তোপ্পা ফজবা অমা থম্মোয়দা ফাওই। অসূন্না খোয়থুন্নবা অমা পাবগা নৎত্রগা তাবগা থম্মোযদা ফাওহনবা বাহৈ লেংশিনবগী মওঙ অসি ছন্দদা লৈ।

**ছন্দগী মচলশিং**

কাব্যদা কবিশুম্বা ছন্দ অমবু মশক মুন্না খঙনবগীদমক মচল কযামকম চঙই। মক ওইবা মচল খবদং পল্লবদা — অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ, মাত্রা, যতি, ছেদ, পর্ব্ব, পর্ব্বাঙ্গ , চবণ, পদ নৎত্রগা পাদ, স্তবক, স্ববাঘাত, লয নৎত্রগা গতি, তাল, তুক, গণ অমসুং ক্রম অসিনচিংবা।

**অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ**

ব্যাকবণগী মতুং ইন্না বাহৈগী খাইদগী পীকপা শকক হাযবদি মযেকপু অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ কৌই।

খূদম — মণিপুব

মথক্কী খূদম অসিদা ম + অ + ণ + ই + প + উ + ব + অ পূন্না অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ নিপান লৈ। অসিগুম্বা ব্যাকবণগী অক্ষব মবৌ অসি ছন্দশাস্ত্রদা চৎনদে।

লৈযেংনা অমুক্তং খৎপদা হায়দোকপা বাহৈগী শকক অদুবু অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ হায়না ছন্দশাস্ত্রনা খঙনৈ।

খূদম — মণিপুব

মথক্কী খূদম অসিদা ম + ণি + পুব পূন্না অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ অসি অহুমনি। অসিগুম্বা

মণ্ডগী ... অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ হায়বিবসি।

অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ অসি মখল অনী শুই, মদুদি — (ক) স্বরনা লোম্বা অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ, খুদম — ন, দী, না, বা অসিনচিংবা। (খ) ব্যঞ্জননা লোম্বা অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ, খুদম — লাপ, খঙ, বোন্ হায় অসিনচিংবা।

## মাত্রা

খোঙ্গোকঅমা হায়দোকপদা খুইদগী তেনবা মতমগী চাংবু মাত্রা হায়না খঙনৈ। সংস্কৃত ছন্দদা অ, ই, উ বু অতেনবা হ্রস্ব স্বর অমসুং আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও ঔ বু অশাংবা দীর্ঘ স্বর হায়না খঙনৈ। অতেনবা হ্রস্ব স্বরবু মাত্রা অমতা ওইনা 'লঘু' হায়না, অশাংবা দীর্ঘ স্বরবু মাত্রা অনী ওইনা 'গুরু' হায়না খঙনৈ। মসিগী অকুপ্পা নিয়ম অসি মণিপুরীদা থোইদোক্না কুপথদে। মতাং মতাংগী মতুং ইন্না ৱাহৈগী খোনহায়না মাত্রাগী চাং লেপ্পী। খুদম ওইনা "হো-হো" হায়বা ৱাহৈ অসিদা মাত্রা অনীদমক লৈবি। অদুগা "হো হায়যো হৈ হা" হায়বা অসিগী 'হো' দদি মাত্রা অঙম চঙলি। মাত্রাগী মশক্তি ভাবগী শক্তিনা লেপকদবনি, ইবগী মওঙনা লেপকদবা নত্তে।

## যতি

শৈরেং পাথবকপা মতমদা ছন্দগী খোঙচৎ চুন্না থম্নবগীদমক ৱাহৈ পরেংগী মরীগী তাংকক অমদা খোঙ্গোক্কী ভাইহাক লেপফম অদুবু যতি কৌই। মসিবু বিরাম নৎত্রগা বিশ্রাম হায়নসু খঙনৈ। যতি অসি অমুক মখল অনী খোক্না লৈবি, মদুদি — (ক) অৰ্দ্ধযতি (তঙ্খায় লেপফম) (খ) পূর্ণযতি (মপুঙ ওইনা লেপফম)। মখাদা অনীমক্কী ওইনা খুদম অমা পীজবি —

মীভুগী ঈবাদো অমুক্তং তৈথোকখো।
থায়নগী মীনোক্তো অমুক্তা নোকপিখো।।

শৈরেং পরেং অনী অসিদা অহানবা পরেংদা মাত্রা ১২ না শাবগা ভাইহক্তং লেপ্লি মসিবুনা অর্দ্ধযতিনি। অদুগা অনীশুবা পরেংদসু মাত্রা ১২ না শাবগা মপুঙ ওইনা লেপ্তুনা শৈরেংগী অরোইবা ওইবি অদুনা পূর্ণযতিনি হায়না খঙগনি।

## ছেদ

শৈরেং অমা পাথবকপা মতমদা অর্থ চুপ্না পুনবগীদমক মপুঙ ফাবা অর্থ (ভাব) গী মতাংগী মতুং ইন্না খোঙ্গোক্কী লেপফমবু ছেদ কৌই। ছেদ মখল অনীখোক্না লৈবি, মদুদি – (ক) অৰ্দ্ধছেদ অমসুং (খ) পূর্ণছেদ। ৱাহৈ পরেং অমগী মরক্তা

মচেৎ ওইনা লৈবা ছেদপু অর্দ্ধছেদ অমসুং ৱাহৈ পবেংগী অবোইবদা মপুঙ ওইনা লৈবা ছেদপু পূর্ণছেদ কৌই।

খূদম — লাক্লে হোৎনৈ মুখৎকে। ময়েকশিংনা তাবদো।।
শুকমূৎ মূৎলু য়াবমদে। হেন্নি থোইনা লংবনা।।

শৈবেং মতেক অসিদা অহানবা পবেংগী মাত্রা মশীং ৭শুবদা হায়বদি 'মুখৎকে' হায়বা ৱাহৈ য়ৌবদা মচেৎ ওইবা ভাব অমা লৈবি মসি অর্দ্ধছেদনি, অদুগা অকোনবা ৱাহৈ পবেং 'তাবদো' হায়বা ৱাহৈ ফাওবদা মাত্রা ৭না শাদুনা মপুঙ ফাবা ভাব অমা ওইহনবা মবম্না পূর্ণছেদ লৈবে। অসুম্না অনীশুবা পবেংদসু মাত্রা ৭ শুবদা অর্দ্ধছেদ অমসুং মাত্রা ১৪ শুবদা পূর্ণছেদ লৈবি।

## পৰ্ব্ব

শৈবেংদা যতি অমদগী যতি অমা ফাওবগী ৱাহৈগী তাংকক অদুবু পৰ্ব্ব হায়না খঙনৈ। মসি পদ নৎত্রগা পাদ হায়নসু কৌনৈ।

খূদম — পীক্লা পীক্লা হক্লিবা ।। ময়েকলাবা মযিদা।
মশক খঙগে তান্দুনা।। মূনা মূনা য়েংলম্মী।।

মথক্কী খূদম অসিদা পবেং অমমমদা পৰ্ব্ব অনী-অনীনা শাবা পবেং ওইবি।

## পৰ্ব্বাঙ্গ

পৰ্ব্বগী মতুপ নৎত্রগা মচেৎ ওইবা কয়াৎকী ৱাহৈগী শরুকপু পৰ্ব্বাঙ্গ কৌই।

খূদম — পীক্লা পীক্লা হক্লিবা ।। ময়েকলাবা মযিদা।
মশক খঙগে তান্দুনা।। মূনা মূনা য়েংলম্মী।।

খূদম অসিদা পৰ্ব্ব অমমমদা পৰ্ব্বাঙ্গ অনী-অনীগী লৈবি।

## চরণ

শৈবেংদা পূর্ণযতি অমদগী অতোপ্পা পূর্ণযতি অমফাওবগী মনুংদা লৈবা ৱাহৈশিংগী শরুকপু চরণ হায়না খঙনবা যাই। হায়বদি শৈবেংগী মনুংদা পূর্ণযতিনা ৱাযদোক্লিবা ছন্দগী শরুক অদুবু চরণ কৌই। মসিবু মৈতৈবোন্দা খোঙফম হায়না খঙনৈ।

খূদম — মীওগী ঈবাদো অমুক্তং তৈথোকখো।

থাইনগী মীনোক্তো অমুক্তা নোকপিখো।।

মতাং অসিদা পর্ব্ব অমমমদা চবণগী ভমথৈসু ওইবি।

## স্তবক (Stanza)

চবণ খবনা মপূঙ ওইবা ভাব অমা শাগৎনবগীদমক ওইবকইবা শৈবেং মতৃপ অদুবু স্তবক হায়না কৌই।

খুদম — মতম কুইনগী তুংদা,
লেঙশিল্লক্রে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনূংদা,
যেন্দায থন্না লৈহাওনা,
কংলুসি ইমাগী খূয়াদা।

শৈবেং মতৃপ অসিদা চবণ মঙানা শাদুনা মপূঙ ওইবা ভাব অমা ফোঙদোকপা মবন্না স্তবক অমা ওইবে।

**লয়**

শৈবেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোঙচৎপু লয নৎত্রগা গতি হায়না খঙনৈ। শৈবেং অমা পাবা মতমদা অতপ্পবা, অথুববা, যান্না তপ্পবা হাযনা থেংনবা ছন্দগী মওঙবুনি লয হায়বিবসি।

লয নৎত্রগা গতি অসি মখল অহুমথোক্লা লৈবি, মদুদি — (ক) **দ্রুত লয়**, (খ) **ধীর লয়** অমসুং (গ) **বিলম্বিত লয়**।

(ক) **দ্রুত লয** — শৈবেং পাবদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা অথুবা খোঙচৎপু দ্রুত লয কৌই।

খুদম — তোং তোং। তোংদ্রুম্বী।।
চক্রীক। নাক্রীক। চাবাইবী।।

শৈবেং মতেক অসি যান্না থুনা পাদ্রবদি শৈবেংগী ফজবা মাঙবগা লোযননা অর্থ লৌশিনবদা খুদোং চাদবা কযা লৈবনা দ্রুত লযদা পাগনি।

(খ) **ধীর লয** — শৈবেং পাবদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা অতপ্পা খোঙচৎপু ধীব লয় হায়না কৌই।

খুদম —

লমদম কৈদা লৈবগে
শকথঙদবা নহাকপু
পম্বুংফমসু খঙদনা
চৎলি নঙগী লম্বীদা

মথক্কী শৈবেং পবেং খবসিদা পবেং অমমমদা মাত্রা ৭/৭ না শাদুনা চিংলপ চিংলপ তৌবা উচ্চাবণগী ঈচেল অমগা লোয়ননা লাকপা মবন্না ধীব লযগী ছন্দনি হায়না লৌগনি।

(গ) **বিলম্বিত লয়**—শৈবেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা যান্না তপ্পা খোঙচৎপু বিলম্বিত লয় হায়না কৌই। লয অসি ঈচেল নাইদবা মাল্লবসু ঈচেল অমদি মশাগী লৈজে।

খুদম — নঙনা য়ৈবকপা পূংজৈ নঙনা থাবকপা তাল,
ঐনা থরাযনা তাবা পুংযৈ-তালনি।

মতাং অসিদা বর্ণ খুদিংমক যান্না ঈংনা, মচা খাযনা উচ্চাবণ তৌবা মবন্না ছন্দগী খোঙচৎ য়ান্না তপ্পী। অদুনা বিলম্বিত লয শৈবেং পবেং অনীসিদা লৈবে।

### স্বরাঘাত

শৈবেংদা ছন্দ ঈচেলগী মনুংদা ৱাহৈগী অখন্নবা মযেক্তা পীবা খোঙ্হোক্কী অকনবা শাফুবু স্ববাঘাত নৎত্রগা শ্বাসাঘাত হায়না খঙনৈ।

খুদম — র্তোং র্তোং। র্তোংদ্রুম্বী।।
র্চক্রীক। র্নাক্রীক। র্চাৱাইবী।।

মতাং অসিদা ৱাহৈশিং উচ্চাবণ তৌবা মতমদা খবা হেন্না কনবা শাফু অমমম ৱাহৈ খুদিংমক্কী অহানবা অক্ষবগী খোঙ্হোক্তা পীবা মবন্না স্বাবাঘাত লৈবে।

### তাল

শৈবেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোঙ্হোকশিং শন্নহনবা স্ববগী চাং নাইবা অনেম অবাংগী খোঙথাংবু তাল কৌই। মসিবু তান হায়নসু খঙনৈ।

খুদম — র্শগোল র্তোংবা র্কাইবেংবা
ন'ঙবু র্তোংবা র্য়াংদেদো

ৰ্লমগী ৰ্পনা ৰ্খোঙশাংবী
ৰ্নঙবু ৰ্শাযবা ৰ্ভাঙদেদো।

[illegible] শৈরেং পবেং অসি লাই হুবাওবদা শকপা থেঙ্খোগী পবেং থবনি। শৈরেংসিগী [illegible] লৈবিবা শব্দশিংগী খোঙ্হোঙ্কী অহানবা বর্ণশিংদা তাল অমমম লৈদুনা তালগী মশক তাকনি।

## তুক

শৈরেংদা ছন্দগী চবর্ণশিংগী অরোইবদা খোঙ্হোক মান্নবা তাববু তুক হায়না খঙনৈ। মসি অন্ত্যানুপ্রাসকা অমত্তনি। অদুগা চবর্ণগী মহুত্তা পর্ব্বগী অরোইবদা তুক লৈবদুনা তুকান্ত ছন্দ হায়না খঙনৈ। মসিবুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়নসু কৌনৈ।

খুদম – লালফম মৈশা লাংখিদ্রে।
খাহি মনিল নাইখিদ্রে।
লানগি ঈবাং লৈখিদ্রে।

মতাং অসিদা শৈরেংগী পর্ব্বশিংগী অরোইবদা খোঙ্হোক মান্নবা 'দ্রে' হাযবা ৱাহৈনা লোমদুনা তুক নংত্রগা অন্ত্যানুপ্রাস ওইহল্লি।

## গণ

শৈরেংদা ছন্দগী মশক থোক্লবা বর্ণ অহুম্না শাবা বর্ণগী অপুনববু গণ কৌই। অসিগুম্বা ছন্দগী মচলসি মৈতৈরোন্দা লৈতে হাযবা য়াই।

## ক্রম

শৈরেংগী ছন্দদা মাত্রা অমসুং গণগী নিয়ম মতুং ইন্না ওইফম থোকপা বর্ণশিংগী মথং-মনাও অদুবু ক্রম কৌই। মৈতৈরোন্দা মসিগী অকুপ্পা নিয়মশিং লৈতে হাযবা যাই।

## ছন্দগী মখল

ভাবতকী ওইবা ছন্দশাস্ত্রদা ছন্দবু চাউবাক্লা কাঙলুপ মরি থোক্লা খাযদোক্তুনা ছন্দগী মশক লেপ্পী। কাঙলুপ মরি অদুদি – (১) **মিত্রাক্ষর ছন্দ** (২) **অমিত্রাক্ষর ছন্দ** (৩) **মুক্তক ছন্দ** অমসুং (৪) গদ্য ছন্দ।

**(১) মিত্রাক্ষর ছন্দ** – শৈরেংগী চবর্ণশিংগী অরোইবদা খোঙ্হোক মান্নবা লোম্বা ছন্দগী মশকপু মিত্রাক্ষর ছন্দ হায়না খঙনৈ। খোঙ্হোক মান্নবা লোম্বা অসি চবণ মরি, অহুম

নৎত্রগা অনীখক্তা অমসুং চবণশিংগী মনুংদসু পর্ব্বশিংগী অবোইবদা মান্নবসু য়াই।

খূদম — সনাগী মূর্ত্তি জয়সিং নিংথৌবেন।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজঙবা থৌবুবেন।।

মথক্কী শৈবেং পবেং অনী অসিদা চবণ অনীমক অবোইবদা খোম্বোক মান্ননা তাবা মবন্না মিত্রাক্ষব ছন্দ লৈবে।

মিত্রাক্ষব ছন্দ অসি অমুক মখল অহুম থোক্লা লৈবি, মদুদি — (ক) স্ববৃত্ত, (খ) বর্ণবৃত্ত অমসুং (গ) মাত্রাবৃত্ত

(ক) স্ববৃত্ত — শৈবেংগী ছন্দগী মশক্তা স্বব খোম্বোক্কী অকনবা শাফুনা মপুঙ ওইবা ছন্দ অদুবু স্ববৃত্ত কৌই।

খূদম — র্তোং র্তোং। র্তোংদ্রুম্বী।।
র্চক্রীক। র্নাক্রীক। র্চাব্রাইবী।।

মতাং অসিদা ব্রাহেগী খোম্বোকশিংগী অহৌবদা স্ববনা কন্না কন্না থেংজিন্দুনা অকনবা শাফু অমা পীদুনা উচ্চাবণ তৌবা মবন্না স্ববৃত্ত মিত্রাক্ষব ছন্দ লৈবে।

(খ) বর্ণবৃত্ত — শৈবেংগী ছন্দগী মনুংদা বর্ণগী অকক্লবা মশীংনা মপুঙ ওইবা ছন্দবু মিত্রাক্ষব বর্ণবৃত্ত ছন্দ হায়না কৌই। মসিবু তানপ্রধান ছন্দ নৎত্রগা ধীবছন্দ হায়নসু খঙনৈ।

খূদম — কৌজেঙ হাবৌ শাগৈনা
নোংজা যাওল শৈবাংবা,
ঙংলি নিং নিং মিববা
কোবৌ য়াওল ঈবোযনা।

মতাং অসিদা শৈবেংগী চবণ খূদিংমক্তা বর্ণ ৭/৭ না অকক্লবা মশীঙ ওইনা লৈহন্দুনা বর্ণবৃত্ত ছন্দ ওইহল্লি।

বর্ণবৃত্ত ছন্দ অসিগী মখল কযামকম লৈবি। মরু ওইবা মখল থবদং পল্লবদা— (অ) পয়াব, (আ) ত্রিপদী, (ই) চৌপদী, (ঈ) পঞ্চপদী, (উ) চতুর্দ্দশপদী অসিনচিংবা। মসি খিবিকশিংবু পুন্না পযাব জাতিগী ছন্দ হায়বগসু খঙনৈ।

(অ) পয়ার— শৈবেংগী চবণ অমদা অয়াম্বা মতমদা পর্ব্ব অনী লৈদুনা অক্ষর ১৪না চবণ অমা শাই। তবেৎশুবা অমসুং তবামবিশুবা অক্ষবদা মথংশীংনা অর্দ্ধযতি অমসুং পূর্ণযতি লৈ।

খূদম — মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈগ্রবা।।
তবেৎ-শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু কবম ফংসিবা।।

মতাং অসিদা চবণ অমদা পৰ্ব্ব অনী অনী লৈদুনা অহানবা পৰ্ব্বদা অৰ্দ্ধযতি, অনীশুবা পৰ্ব্বদা পূৰ্ণযতি অমদি চবণ অমদা অক্ষৰ তবামবিনা শাবা মবন্না পযাব ছন্দগী মশক ওইবি।

**(আ) ত্ৰিপদী** — শৈবেংগী চবণ খুদিংদা পৰ্ব্ব অহুম অহুম অমদি চবণগী অহানবা অমসুং অনীশুবা পৰ্ব্ব মাত্ৰা মান্নবা লৈবা চবণগী মমৈ তাবা মান্নবা মওঙবু ত্ৰিপদী ছন্দনি হাযনা খঙনৈ।

খুদম — ইনুং শোবো তৈবক্রে,
চীঙ্খে ফিদুপ হুন্নক্রে,
কাক্কী লানবাউ শীনখবে।

মতাং অসিদা চবণ খুদিংদা বৰ্ণ ৭/৭ অমসুং পৰ্ব্ব ৩/৩ লৈবগা অহানবা অমসুং অনীশুবা চবণগী মমৈ তাবা মান্নহন্দুনা ত্ৰিপদী ছন্দগী মশক ওইবি।

ত্ৰিপদী অসি চবণশিংগী অশাং-অতেনগী মতুং ইন্না মখল অনীথোক্লা লৈবি, মদুদি — (ক) **লঘু ত্ৰিপদী** অমসুং (খ) **দীৰ্ঘ ত্ৰিপদী**। মখা তাবা অকূপ্পা মখলশিংসি মখা তানা নৈনদ্রে।

**(ই) চৌপদী** — শৈবেংগী ছন্দদা চবণ অমদা পৰ্ব্ব ৪/৪ লৈবা ধীব লযগী মিত্ৰাক্ষৰ ছন্দবু চৌপদী কৌই।

খুদম — ঐদি সহব অচৌ অচৌবা,
লৈবক খুন্নক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,
হুন্না যেংদে থাপ্পা চেঙ্খোকই।

চৌপদী ছন্দ অসি মখল অনী থোক্লা লৈ, মদুদি— লঘু চৌপদী হায়বদি অতেনবা চৌপদী অমসুং দীৰ্ঘ চৌপদী হায়বদি অশাংবা চৌপদী। মতাং অসিদা অকূপ্পা মখলসি নৈনদ্রে।

**(ঈ) পঞ্চপদী**— শৈবেংগী চবণ অমদা পৰ্ব্ব মঙা লৈবা ধীব লয়গী মিত্ৰাক্ষৰ ছন্দবু পঞ্চপদী কৌই।

খুদম — মতম কুইনগী তুংদা,
লেংশিন্নক্রে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনুংদা,
য়েন্দায থন্না লৈহাপতুনা,
কংলুসি ইমাগী খূয়াদা।

## তরাশুবা পন্দুপ

# ভারতকী আচার্যশিংগী অশঙ্বা বারোল

**অপ্পয়দীক্ষিত :-** খৃষ্ট ১৫৫০ দগী ১৬১৩গী মনুংদা লৈবম্বা আচার্যনি। মহাক্কী মমিংসি অপ্পয়্যদীক্ষিত অমসুং অপ্পদীক্ষিত হায়নসু কৌনৈ। মহাক বঙ্গনাথ অধ্বরীগী মচানুপানি। বিজয় নগরগী রাজা বেঙ্কটপতিগী সভাপণ্ডিত ওইরম্মী। মহাকসি মহাবৈয়াকরণ ভট্টোজিদীক্ষিতকী গুরুনি। মহাক্কী মমিং লৈবরা লাইরিকশিংগী মনুংদা *বৃত্তিবার্তিক*, *চিত্রমীমাংসা*, *কুবলয়ানন্দ* পনবা য়াই। মথক্কী অহানবা লাইরিক অসিগী মনুংদা শব্দশক্তিগী মরমদা কুপ্পা নৈনরম্মী। *চিত্রমীমাংসা* দা কাব্যগী মথল, অলঙ্কারনচিংবগী মরমদা নৈনৈ। অদুগা *কুবলয়ানন্দ* দা অলঙ্কারগী মরমদা য়াম্না কুপ্পা বর্ণন তৌদুনা ইরম্মী।

**অভিনবগুপ্ত :-** খৃষ্টগী ১০-১১শুবা শতাব্দীদা কাশ্মীরদা লৈবম্বা মমিং লৈরবা আচার্য অমনি। মপাগী মিংনা নৃসিংহগুপ্ত অমসুং মপুগী মিংনা ববাহগুপ্ত কৌই। মহাক তোঙান তোঙানবা গুরুশিংদগী তোঙান তোঙানবা হীরমদা শিক্ষা ফংলম্মী। মহাক্না বিদ্যা তমজবা মরু ওইবা গুরু খবদং পল্লবদা ব্যাকরণ শাস্ত্রগী মরমদা মপা ইবুংঙো নৃসিংহগুপ্তনি, শৈব্য সম্প্রদায়গী মরমদা ভূতিবাজতনয়দগী শিক্ষা ফংলম্মী। ধ্বনিগী মরমদা ভট্ট ইন্দুবাজ, নাট্যশাস্ত্রগী মরমদা ভট্টতোত্তগী মথংশীংনা শিক্ষা ফংলম্মী। মহাক অসি হীরম পুম্বা শুনা হৈরবা সংস্কৃত কাব্যগী Encyclopaedia নি হায়না শীংথানরম্মী। মহাক্না *নাট্যশাস্ত্র* গী টীকা ওইনা *অভিনবভারতী* অমসুং *ধ্বন্যালোক* কী টীকা ওইনা *লোচন* ইরম্মী। মহাক্না মাগী *অভিনবভারতী* দা ভবতকী বসকী সূত্রবু হেন্না পাক-চাউনা উৎথোক্লম্মী। অদুগা *লোচন* দগী আনন্দবর্দ্ধনগী *ধ্বনি* কাঙলোনবু হেন্না মকা ফন্না মরেক শেংনা ব্যাখ্যা তৌদুনা অয়োৗবী থাক্তা শৌগৎলম্মী। মহাক্কী মপুন্সিদা নুপী অমত্তা থিরমদে।

**আনন্দবর্দ্ধন :-** মহাক্কী অককুবা মতম তাকপা য়াম্না লুনা লৌনবি। অদুবু চাউবাক্না ৯শুবা চহীচাদা লৈবম্বগী বাফমদি পন্নবি। মহাকসি অবন্তিবর্মানা পানবা মতম (খৃষ্ট কুম ৮৫৫-৮৮৩) দা সভাপণ্ডিত ওইনা লৈরম্বগী বাফম পন্নবা থেংনৈ। মহাক্কী বংশাবলীগী মরমদসু কুপ্পা থেংনদে। অদুবু *দেবীশতক* হায়বা লাইরিক্কী অবোইবা

শক ওা নৌণ ' গী মচানুপানি হায়নদি পল্লম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিকশিংগী মনুংদা *ধ্বন্যালোক* সু অমনি। মহাক্না মহাক্কী *ধ্বন্যালোক* তা কাব্যদা ধ্বনিগী মফম অমা চাউনা কন্দুনা থম্লম্মী। মহাক্কী লাইবিক অসি শকক অহুম থোকহল্লি, মদুদি — কাবিকা, বৃত্তি অমসুং উদাহবণ। কাবিকাদা সংখ্যা (শ্লোক) ১২৯ লৈবম্মী। বৃত্তিশিংদা কাবিকাশিংবু শন্দোক্না মশক তাক্লম্মী। উদাহবণদা অবিবা পণ্ডিতশিংনা ইবম্বা অবিবা লাইবিকশিংদগী লৌখৎপা খৃদমশিং উৎলম্মী। মহাক্কী থোইদোকপা মগুণদি ধ্বনিবু কাব্যদা মফম চাউনা থম্লবগীদমক মতীক চাবা মবম পুথোক্লুনা উৎপা অসিনি, মসিমক্না মহাকপু ধ্বনি সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়বিবনি।

**উদ্ভট:-** খৃষ্টগী ৮ শুবা চহীচাদা কাশ্মীবদা লৈবম্‌গ অফাউবা আচার্য অমনি। মহাক্না ভামহগী *কাব্যালঙ্কাব* গী মবমদা টীকা ওইনা *ভামহবিবণ* লাইবিক অমা ইবম্মী হায়বগী বা পল্লি। তৌইশুম্বসুং মসি লাইবিক ওইনা ফংবগী বাদি হায়দে। মহাক্কী মক ওইবা লাইবিক্তি *কাব্যালঙ্কাবসাবসংগ্রহ* নি। মহাক্কী লাইবিক অসি বর্গ তকক্না শাদুনা অলঙ্কাব মখল ৪১গী মবমদা বর্ণন তৌবম্মী অমসুং ভামহগী অলঙ্কাব মখল খবসু থাদোক্লম্মী। মহাক্না কুমাবসম্ভব হায়না মিংথোনবা কাব্যগী বচনা অমসু ইরম্মী।

**কবি কর্ণপুর:-** চাউবাক্না খৃষ্ট ১৬ শুবা শতাব্দীদা বংগালদা লৈবম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী মমিংসি কবি কর্ণপুব কৌদ্রিভৈদা 'পবমানন্দ সেন' হায়না কৌবম্মী। মহাকসি শিবানন্দ সেনগী মচানি। অদুগা মহাপ্রভু অমসুং গুরু শ্রীনাথকী শিষ্যনি। মহাক্কী মমিং লৈরবা লাইবিক্তি *অলঙ্কাব কৌস্তুভ* নি। লাইবিক অসিদা সাহিত্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা মচলশিং বস, অলঙ্কাব, গুণ, ধ্বনি, অসিনচিংবগী মবমদা কুপ্না নৈনবম্মী।

**কুন্তক:-** খৃষ্টগী ৯৫০-১০২০ ফাওবগী মনুংদা কাশ্মীবদা লৈবম্বা মমিং লৈববা আচার্য অমনি। মাগী মমিং চৎলবা লাইবিক্তি *বক্রোক্তিজীবিত* নি। মহাক্না বক্রোক্তিবু কাব্যগী আত্মানি হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্কী লাইবিক অসি তাঙ্কক(উন্মেষ) মবি থোক্না খায়দোক্লম্মী। অহানবা তাঙকক্তা সবস্বতীবু খুরুমজবা কাব্য মওঙ মতৌ, লক্ষণ, শব্দালঙ্কাব, গুণ মগু, মখল অহমগী মার্গনচিংবা তাক্লম্মী। মহাক্না অবিবা কাব্যশাস্ত্রগী সিদ্ধান্তশিংবু চুমথোক্লুনা নৈনবম্মী।

**কেশবমিশ্র:-** খৃষ্টগী ১৬ শুবা অশুনবা শরুক্তা লৈবম্বা মৈথিলীগী ব্রাহ্মণনি। মহাক্কী মক ওইবা লাইবিক *অলঙ্কাবশেখব* অসি বাজা মণিক্যচন্দ্রগী যাথং মতুং ইল্লা ইখিবনি। মহাক্না অলঙ্কাবগী মবমদা লাইবিক তবেৎ ইবম্মী। মদুশিংদুগী মনুংদা *অলঙ্কাবসর্বস্ব* অমসুং *কাব্যবত্ন* পনবা য়াই। মহাক্কী *অলঙ্কাবশেখব* লাইবিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী

**লক্ষণ**, মরম, বীতি, শব্দগী ব্যাপাব অহুম, পদদোষ, বাক্যদোষ, অর্থদোষ, শব্দগুণ, অর্থগুণ, অলঙ্কাব, নায়ক-নায়িকাগী মখল অসিনচিংবা কৃপ্না নৈনদুনা পুথোক্লম্বা লাইবিক্লি।

**জগন্নাথ পণ্ডিতবাজ ঃ-** খৃষ্ট ১৬০০ - ১৬৩০ অদুবাযগী মতমদা লৈবম্বা যাম্না মমিং লৈবা অখন্নবা পণ্ডিত অমনি। মহাক পেকভট্ট অমসুং লক্ষ্মীগী মচানি। অহানবদা মপাবুঙদগী বিদ্যা তম্বা হৌই। অদুগা অমুক মপানা কাশীদা জ্ঞানেন্দ্র ভিক্ষুদা বেদান্ত, মহেন্দ্রদা বৈশেষিক অমসুং ন্যায, খণ্ডদেবতা মীমাংসা তম্নবগীদমক থাবম্মী। মহাক দিল্লী মুগল বাদশাহ্‌ শাহজহাঁনা "পণ্ডিতবাজ" হায়বা মিংথোল অসি পীবম্মী। শাহজহাঁগী মচানুপা দাবাশিকোহগী চান্নববা মব্দপনি। মহাক মথুবাপুবীদা দেহত্যাগ তৌখি। মহাক্কী লাইবিকশিংগী মনুংদা *বসগঙ্গাধব* থোইদোক্লা চঙথোল্লবা মগুণ লৈবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসি কাব্যশাস্ত্রগী মনুং ফাওনা কৃপ্না নৈনদুনা থন্নম্নবা মপূঙদি ফাবাওবা লাইবিক্লি। মহাক্কী অতোপ্পা লাইবিকশিংদি — *চিত্রমীমাংসা, মনোবমা কুচমর্দিনী, গঙ্গালহবী, অমৃতলহবী, করুণালহবী, লক্ষীলহবী, সুধালহবী, ভামিনীবিলাস, আসফলহবী, প্রাণাভবণ, জগদাভবণ* অসিনচিংবনি।

**জয়দেব ঃ-** (১) ১২শুবা চহীচাদা বংগালগী বীবভূমি হাযবা মফমদগী খবা চৎথোক্লগা গঙ্গাদা ঈতিনবা অজয হাযবা তুবেনগী মপান্দা তাবা কেদুলা হাযবা খুঙ্গং অমদা জযদেব পোকই। অপোকপগী মিংনা ভোজদেব অমসুং অপোকপীগী মিংনা বামাদেবী কৌই। মহাক বংগালগী বাজা লক্ষ্মণসেনগী সভা পণ্ডিত ওইবম্মী। মহাক্কী লাইবিকশিংগী মনুংদা *গীতগোবিন্দ* থোইদোক্লা পনবদা মতীক চাববা লাইবিক্লি।

(২) খৃষ্টগী ১৩ শুবা চহীচাদা (কনাগুম্বনা ১৬ শুবা চহীচাদা হাযনসু পল্লি) মিথিলাদা পোকই। মহাকপু পীযুষবর্ষ অমসুং পক্ষধব হাযনা কৌনৈ। মহানৈযায়িক, কবি অমসুং অলঙ্কাবশাস্ত্রীনি। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিংনা যজ্ঞদ্যাচতুব মহাদেব অমসুং সুমিত্রাগী মচানি। মহাক্কী মকওইবা লাইবিক *চন্দ্রালোক* অনুষ্টুপ ছন্দদা ইবনি। মসিদা পন্দুপ ১০ অমসুং শ্লোক ২৭৫ যাওই। লাইবিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী মবম, শব্দগী মখল অহুম, অর্থ, বাহৈ, গুণ ১০, অলঙ্কাব, বস, বীতি, ধ্বনি অসিনচিংবগী মবমদা য়াম্না কৃপ্না পাক চাউনা নৈনবম্মী।

**দণ্ডী ঃ-** খৃষ্টগী ৭ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা ভাবতকী মমিং লৈববা আচার্য অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমদি দামোদব হায়নসু কৌই। *কিবাতার্জুনীয* মহাকাব্য ইবম্বা ভাববিগী মগুনি। মহাক্না ইবম্বা *কাব্যাদর্শ* থোইদোক্লা শীংথানববা মরু ওইবা লাইবিক অমনি। *লাইবিক অসিগী পবিচ্ছেদ (পন্দুপ) অহুম থোক্ল ইবম্মী।* কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনদি

অহুমশুবা পন্দুপকী শ্লোক খববু মবিশুবা পন্দুপ হায়বদি পবিচ্ছেদ ওইনসু লৌনবা যাওবম্মী। লাইবিক অসিগী অপূনবা শ্লোক্তি ৬৬০ নি । মাগী লাইবিক অসি মপৃঙ ওইনা অনুষ্টুপ ছন্দদা ইবম্বা কবিশুম্বা মতাংদসু অতোপ্পা ছন্দগী মতাংসু য়াওদবদি নত্তে। লাইবিক অসিগী অহানবা পন্দুপতা কাব্যগী লক্ষণ অমসুং মখলশিং, মহাকাব্যগী লক্ষণ, গদ্যগী মখল, মিশ্র কাব্য, কাব্যদা লোনগী মতাংদা কূপ্পা নৈনবম্মী। বৈদর্ভী অমসুং গৌড়ী মার্গ (বীতি), বৈদর্ভীগী গুণ ১০ গী মবমদসু নৈনবম্মী। অনীশুবা পন্দুপতা অলঙ্কাবগী লক্ষণ অমসুং মখলগী মবমদা নৈনবম্মী। অহুমশুবদা শব্দালঙ্কাবগী বর্ণন মরু ওইনা যমক অমসুং গোমূত্রিকা, অর্দ্ধভ্রম, সর্বতোভদ্র, স্ববনিযম অমসুং প্রহেলিকা অসিনচিংবগী মবমদা শন্দোক্লা তাক্রম্মী।

**ধনঞ্জয় ঃ-** চাউবাক্লা খৃষ্ট ৯৫০ দগী ১০০০ ফাওবগী অদুবাইদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। মহাক্কী মমিং লৈববা লাইবিক *দশরূপক* নাট্যগী মবমদা ইবম্বা লাইবিকনি। লাইবিক অসিদা রূপক মখল অমসুং মসিগী লক্ষণ, উদাহবণনচিংবা পীদুনা নৈনবম্মী। নাট্যগী সন্ধি মঙা, নায়ক নাযিকাগী মখল অমসুং স্বভাব, বৃত্তি মবি অসিনচিংবা কূপ্পা নৈনবম্মী। মহাক বিষ্ণুগী মচানি।

**ধনিকঃ-** চাউবাক্লা খৃষ্ট ১৯০ দগী ১০০০ ফাওবগী অদুবাইদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। মহাক বিষ্ণুগী মচা অমসুং *দশরূপক* ইবম্বা *ধনঞ্জয*গী মনাওনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *অবলোক* অসিনি। মসি *দশরূপক* কী টীকানি। অবলোক লাইবিক অসি শ্লোক ৩০০ গী মথক্তনি। মহাক্কী লাইবিক অসিদা রূপককী মবমদা নৈনবগা লোযননা বস নিষপত্তিগী মবমদসু মমুৎ তানা নৈনবম্মী।

**পাণিনি ঃ-** মেক্সমুলবগী মতুং ইন্না পাণিনি অসি খৃষ্ট মমাঙ ৩৫০ গী মমাঙদা লৈবমগনি হাযনা মত পীবম্মী। মহাক্লা লৈবম্বগী মতমগী মতাংদা চযেৎনবা খবদি অদুমক মবৈবি। মহাক অসি গন্ধাব দেশকী তক্ষশিলা মনাক্তা লৈবা শালাতুব কৌবা মফমদা পোক্রম্মী। মপাগী মিংনা পণি অমসুং মমাগী মিংনা দাক্ষী কৌই। মহাক্কী মমিং লৈববা লাইবিক্তি *অষ্টাধ্যাযী* নৎত্রগা *শব্দানুশাসন* হাযনসু কৌই। মসি অধ্যায নিপান থোক্লা খাযদোকপা, সূত্র মশীং ৩৯৯৬, অধ্যায় খুদিংগী পাদ ৪/৪ লৈবা, বৈদিক অমসুং লৌকিক ভাষাগা মবী লৈনবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিদা ব্যাকবণগী মচলশিংগী পবিভাষা, সামাস, কাবক, প্রতয়, ধ্বনিবিকাবনচিংবগী মবমদা য়াম্না কূপ্পা পাক চাউনা নৈনবা ব্যাকবণগী লাইবিক্লি। ঙসি ফাওবদা ব্যাকবণগী মবমদা মাগী লাইবিক য়ৌনা ফবা থোকত্রি হায়নবি।

**পিঙ্গল ঃ-** খৃষ্ট মমাঙ ৩৫০গী মমাঙদা লৈবমগনি হায়না থাজনবা ছন্দশাস্ত্রীনি। কনাগুম্বনা সম্রাট অশোক্কী শুরুনি হায়বসু য়াওই। অমবোমদা অমুক পাণিনিগী মনাও নংত্রগা মামনিসু হায়রি। চয়েংনবা খবদি লৈবি। অদুমকপু বেদাঙ্গ ৬ কী মনুংদা ছন্দ হায়বিবা বেদাঙ্গসি মহাক্না পুথোক্লম্বনি হায়বসি শোয়দ্রে। মহাক্না বৈদিক ছন্দগী মশকপু লৌকিক ছন্দদা ওহোক্লম্মী। অমুকসু বৈদিক ছন্দগী মশকপু লৌকিক ছন্দদা ওহোকপা নংত্রগা হাপচিল্লম্মী।

**বাগ্‌ভট্ট ঃ-** (১) খৃষ্ট ১০৯০-১১৬০ গী মনুং অদুবাইদা লৈবম্বা মমিং লৈবা অলঙ্কাববাদীনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *কাব্যালঙ্কাব* নি। মহাক জৈন আচার্য়নি। মহাক্কী লাইরিক অসি পবিচ্ছেদ মঙা অমসুং শ্লোক ২৬০ লৈ। মহাক সোমগী মচানুপানি।

(২) খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা জৈন আচার্য় অমনি। মাগী মমিং লৈবা লাইবিক্তি *কাব্যানুশাসন* নি। লাইবিকসি অধ্যায় মঙানা শাই। মসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক-মওঙ, মবম, লক্ষণ, মখল, মহাকাব্য, কথা, চম্পু, মিশ্রকাব্য, বাক্যগী দোষ, অর্থগী দোষ, শুণ, বৈদর্ভী, গৌডী, পাঞ্চালী রীতি, অলঙ্কাব, বস, নায়ক নায়িকা অসিনচিংবগী মবমদা কূপ্না নৈনবম্মী। মহাক্না *ঋষভদেবচবিত মহাকাব্য* অমসুং *ছন্দোনুশাসন* কৌবা লাইবিক অনীসু ইবম্মী।

**বামন ঃ-** চাউবাক্না খৃষ্টগী ৮শুবা চহীচাগী অবোইবা অমসুং মাপনশুবা চহীচাগী হৌগৎলকপা ফাওবদা লৈবম্বা ভাবতা মমিং লৈববা আচার্য় অমনি। মহাক্কী মক ওইবা লাইবিক্তি *কাব্যালঙ্কাবসূত্র* হায়না কৌই। মশামক্না মহাক্কী লাইবিক্কী বৃত্তিসু ইজবম্মী। মহাক্কী লাইবিক অসি অধিকবণ মঙা অমসুং অধ্যায় ১২ থোক্না থায়দোক্লনা ইবম্মী। সূত্র মশীংনা ৩১৯ নি। অহানবা অধিকবণদা অধ্যায অহুম পূনশিন্দুনা কাব্যগী কান্নবা, বৈদর্ভী, গৌডী অমসুং পাঞ্চালী বীতিশিংগী মবমদা কূপ্না নৈনবম্মী। অনীশুবা অধিকবণদা পদ-পদার্থ অমসুং দোষশিং নৈনবম্মী। অহুমশুবা অধিকবণদা শুণ ১০গী অর্থগী মনুং চনবা মখল ২০ নি হায়না উৎলম্মী। মবিশুবা অধিকবণদা শব্দালঙ্কাব অমসুং অর্থালঙ্কাবগী লক্ষণ তাক্লম্মী। মঙাশুবা অধিকবণদা কাব্যদা বাহৈশিংবু অচুম্বা মওঙদা শীজিন্নবগী মবমদা হায়বম্মী। মহাক অসি বীতি সম্প্রদায়গী লময়ানবা আচার্য় অমনি হায়না ময়াম্না শীঙথানৈ।

**বিদ্যাধরঃ-** ১২শুবা শতাব্দীগী অহৌবা শরুক্তা কলিঙ্গগী নিংথৌ কেসবিনবসিংহ অমসুং প্রতাপনসিংহ অনীমক্কী মতমদা সভাপণ্ডিত ওইবম্মী। মহাকসি "মহামহেশ্বব"

অমসুং "বৈদ্য" উপাধি ফংলবা অচণ্ডবা আচার্য়নি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *একাবলী* অমসুং *কেলিরহস্য* শীংথাবা য়াই। *একাবলী* হায়রিবা লাইরিক অসি পন্দুপ নিপান থোক্না খায়দোক্নুনা ই। লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মবম, লক্ষণ, ভামহ অমসুং মহিমভট্টগী নৈনবোনবু বর্ণন তৌরম্মী। শব্দ, ধ্বনিগী মখল, গুণ, রীতি,অলঙ্কার অসিনচিংবগী মবমদা কূপ্না নৈনবম্মী। অনীশুবা লাইরিক অসিদনা কামশাস্ত্রগী মবমদা নৈনবম্মী।

**বিদ্যানাথ :-** ১৪ শুবা শতাব্দীদা অন্ধ্রগী নিংথৌ *রুদ্রদেবকী* সভাপণ্ডিত ওইবম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *প্রতাপরুদ্রীয়* অমসুং *প্রতাপরুদ্রকল্যাণ* (নাটক) মমিং লৈবা ঙাক্তনি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক অসিদা নায়ক, কাব্য, নাটক, রস, দোষ, গুণ, অলঙ্কার অসিনচিংবগী মবমদা কূপ্না নৈনৈ।

**বিশ্বনাথ কবিরাজ :-** খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা উরিষ্যাগী উৎকলদা লৈবম্বা য়াম্না মমিং লৈরবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনি। মহাক লোন ১৫ খঙই। মহাক্কী মপা চন্দ্রশেখরসু লোন ১৪ খঙই । মপা মচা অনীমক "সন্ধিবিগ্রহিক মহাশস্ত্র" উপাধি ফংলম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *সাহিত্যদর্পণ* নি। লাইরিক অসি পন্দুপ ১০ থোক্না খায়দোকই। লাইরিক অসিগী মনুংদা নাট্য অমসুং কাব্য অনীমক য়াম্না কূপ্না পাক-চাউনা নৈনরম্মী। অদুগা অতোপ্পা আচার্য কয়াগী মত কয়াসু অক্ষ-ফন্তগী মবমদা নৈনবম্মী।

**বিশ্বেশ্বর :-** ১৮শুবা শতাব্দীদা উত্তর প্রদেশকী অল্‌মোড়া জিলাদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। মপাগী মিংনা লক্ষ্মীধর কৌই। মহাক্না *অলঙ্কারকৌস্তুভ* গী টীকা ইবম্মী। মহাক্না তোঙান তোঙানবা পণ্ডিত কয়াগী মত-ভেদপু অমুক হন্না নির্ণয় তৌরম্মী।

**ভট্টতৌত :-** মহাকপু ভট্টতোত হায়নসু খঙনৈ। মহাক অসি খৃষ্ট ৯৫০-১০০০ ফাওবগী মনুংদা লৈরম্বা মচিন চৎপা আচার্য অমা ওইবম্বগী বা থেংনৈ। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *কাব্যকৌতুক* নি। অদুবু মসি হৌজিক ফাওবা মপুঙ ফাবা লাইরিক ওইনা ফংবগী বা পল্লদে। মহাক অসি অভিনবগুপ্তগী গুরুনি। ক্ষেমেন্দ্রগী *ঔচিত্যবিচার চর্চা* অমসুং হেমচন্দ্র সুরীগী *কাব্যানুশাসন* দা ভট্টতৌত অমসুং মহাক্কী লাইরিক্কী মবমদা ময়েক শেংনা পল্লম্মী।

**ভট্টনায়ক :-** খৃষ্টগী ৯শুবা চহীচাগী অরোইবা অমসুং ১০শুবা শতাব্দীগী হৌবকপা

মতমদা লৈবম্বা মতীক লৈবা আচার্যনি। মহাক্কী মরু ওইবা মমিং লৈবা লাইৱিক্তি *হৃদযদর্পণ* হায়বসিনি। মহাক্না ভবত মুনিগী বস সূত্রগী মবমদা 'ভুক্তিবাদ' হায়দুনা ৱাপু অমা পুথোক্নম্মী। মহাক্না স্থায়ীভাবতগী বস যৌবকপা ফাওবদা তাক্কক অহুম লৈ হায়বম্মী। মদুদি - (১) অভিধা হায়বসিনা ৱাহৈ অমসুং অপাবগী থম্মোয়দা হীবম অদু খণ্ডহন্নি। (২) ভাবকত্বনা নাট্যদা শক্তম লাংলিবা মীশক অদু অপান্নবা মীশক মমিং ওইনা লৌবগী মহুত্তা ইচম চম্বা মযামগী ওইনা লৌবকপা সাধাবণ ওইহনবা অসিনি। (৩) ভোজকত্বনা অয়েংবা নৎত্রগা অপাবনা মযামগী ওইবা সাধাবণ ওইবা ৱাখলদগী বস ফাওবকই হাযনা মত পীবম্মী। বস নৈনবকপা মতমদা মহাক্কী ৱা পন্নমদবা চিথবা তৌনদে।

**ভট্টলোল্লট** :- আচার্য অসি কদায়দা কবম্বা মতমদা লৈবম্বগে হাযবগী মবমদা কূপ্না খঙনদ্রি। অদুবু খৃষ্ট ১১ শুবা শতাব্দীগী মতুংদা লৈবম্বা কাশ্মীবগী পণ্ডিত ওইগনি হাযনদি থাজনৈ। আচার্য অসিগী তোঙানবা লাইৱিক অমা লৈবম্বগী ৱা থেংনদ্রি। অদুম ওইনমক মহাক্না বসকী মবমদা ব্যাখ্যা কযামকম তৌবম্মী। মহাক্না ভবতকী বস সূত্র ইহান হান্না ৱাপু অমা 'উৎপত্তিবাদ' হাযদুনা পুথোবকই। বস হাযবসি মহাক্না নট-নটীকা অমসুং সহৃদয়গী মহুত্তা অশেংবা পাত্র অদুদা লৈগনি হাযনা ফোঙদোক্নম্মী। মসিগী মতসিগী মতুংদা লাকপা আচার্যশিংনা যানদে। অদুবু মহাক্না কাব্যশাস্ত্রদা তৌবম্বা দানগীদমক মহাকপু মতুংদা লাকপা আচার্যশিং মম্মট, অভিনব গুপ্তনচিংবনা মখোয মখোয়গী লাইৱিক্তা য়ান্না থাগৎতুনা তোযনা পন্নি।

**ভরত**:- খৃষ্টগী অনীশুবা চহীচাদা *নাট্যশাস্ত্র* ইবমদুনা সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ইহান হানবা লময়ানবা আচার্য অমনি হায়না শীংথানৈ। মহাক্না ঋগবেদদগী ৱাবী, সামবেদদগী ঈশৈ, যজুর্বেদদগী অভিনয় অমসুং অথর্ববেদদগীবস লৌদুনা ব্রহ্মাগী যাথং মতুং ইন্না *নাট্যশাস্ত্র* ইবম্মী। মসিবু নাট্যবেদ হাযনা খঙনদুনা মঙাশুবা বেদগী থাক ফাওবা পুখৎলম্মী। মহাক্কী অধ্যায় ৩৬ না শাবা *নাট্যশাস্ত্র* অসি নাট্যগী মনুংদা নাট্য হৌবকপা, বঙ্গালয় (Theatre Hall) শাবগী মওঙ, অভিনয়, ঈশৈ, নাট্যদা বস অমসুং পাত্র পাত্রীগী মশক নৈনবতা নত্তুনা কাব্যশাস্ত্রগী মবমদসু মখল শুনা মচঙ ওইবা মওঙ খব-খবদত্তা নৈনবম্বসু উবা ফঙই। মহাক্কী *নাট্যশাস্ত্র* গী ৬শুবা অধ্যাযদা বস মখল নিপানগী মবমদা য়ান্না কূপ্না নৈনবম্মী, ১০ শুবা অধ্যায়দা অলঙ্কাব মখল মবি অমসুং কাব্যগী দোষকী মবমদা নৈনবম্মী, ১৭ শুবা অধ্যায়দা কাব্যগী গুণগী মবমদা নৈনবম্মী। অসুন্না মহাক্না লাইৱিক অসিগী অধ্যায়শিংদা য়ান্না বৈজ্ঞানিক ওইনা কাব্যশাস্ত্রগী মবমদা কয়া

নৈনবম্মী। মাগী মমাঙদা কাব্যশাস্ত্রগী আচার্য কযা লৈবম্বা থেংনববসু মখোযগী মতীক চাবা গ্রন্থ/লাইবিক থেংনদে।

ভানুদত্ত ঃ- ১৪শুবা শতাব্দীগী হৌগংলকপদা লৈবম্বা মমিং লৈববা মিথিলাগী শৈব্য ব্রাহ্মণ পণ্ডিতনি। মহাক্কী মপাগী মিংনা গণেশ্বব কৌই। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *বসতবঙ্গিণী* নি। *পন্দুপ নিপান* থোক্লা খায়দোকই। মসিদা ভাবকী লক্ষণ, স্থাযী ভাব মখল, বিভাবকী লক্ষণ অমসুং মখল, অনুভাব, স্বাতিক ভাব, ব্যভিচাবি ভাব, বসকী বর্ণন অসিনচিংবগী মরমদা কুপ্না নৈনবম্মী।

ভামহ ঃ- খৃষ্টগী ৭শুবা চহীচাদা *কাব্যালঙ্কাব* ইবমদুনা কাব্যগী মবমদা মশাগী অনৌবা য়ুম্ফম অমা থোনজবম্বা আচার্য়নি। মহাক্কী মপাগী মমিংদি বক্রিল গোমী কৌই, কাশ্মীরদা পোকপনি। মহাক্লা মহাক্কী পবিচ্ছেদ ৬থোক্লা খাযদোক্লুনা ইবম্বা *কাব্যালঙ্কাব* দা মথংশিংনা কাব্যগী হকচাং, অলঙ্কাব, দোষ, অচুম্বা লেপ্পা (ন্যায়নির্ণয়), ৱাহৈ-ৱাতাগী মতাং (শব্দ-শুদ্ধি) অমসুং তরুকশুবা পন্দুপ্তা 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' হায়বা শব্দ অমসুং অর্থ অনীনা পুন্নগা কাব্য কৌনিংবগী ৱাপুনি। অদুগা ভবতনা পুথোক্লম্বা গুণ তবাবু মহাক্লা মখল অহুমদা শুপচিন্নগা কাব্যদা গুণ অহুম হায়বদি ওজ, মাধুর্য অমসুং প্রসাদ হায়না পুন্সিনবা অসিনি। বক্রোক্তি অলঙ্কাবনা অলঙ্কাব পুন্নমক্কী মবানি হায়না লৌবম্মী। মহাক্লা অলঙ্কাব মখল ৩৮ পুথোক্লম্মী।

ভোজরাজ ঃ- চাউবাক্লা খৃষ্ট ৯৯৬ তগী ১০৫১ ফাওবগী অদুৱাযদা লৈবম্বা অফাওবা আচার্য অমনি। মহাক অসি সিন্ধুবাজ/সিন্ধুল গী মচানি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিকশিংদি *সবস্বতীকণ্ঠাভবণ* অমসুং *শৃঙ্গাবপ্রকাশ* নি। মহাক্কী অহানবা লাইবিক অসি পন্দুপ মঙা থোক্লা খায়দোকই। মসিদা পদদোষ, বাক্যদোষ, বাক্যার্থগী দোষ, শব্দগুণ, বাক্যার্থগী গুণ, শব্দালঙ্কাব, অর্থালঙ্কাব, উভয়ালঙ্কাব, বস, ভাব, নায়ক-নায়িকা মসিগী লক্ষণ, মখল, সন্ধি মঙা, বৃত্তি মবি অসিনচিংবা উত্তুনা নৈনৈ। লাইবিক অসি শ্লোক ৬৪৩ না শাই। মসিদা দণ্ডীগী *কাব্যাদর্শ* অমসুং *ধ্বন্যালোক* তগী শ্লোক খবা লৌবম্মী। অদুগা *শৃঙ্গাবপ্রকাশ* অসিনা অধ্যায় ৩৬ না শাবম্মী। মসিদসু শব্দালঙ্কাব, অর্থালঙ্কাবগী অমসুং *উভয়ালঙ্কাব* গী মবমদা নৈনরম্মী।

মম্মট ঃ- চাউরাক্লা খৃষ্ট ১০৫০ দগী ১১০০ ফাওবা কাশ্মীবদা লৈবম্বা মমিং লৈববা আচার্য়নি। মহাকসি অভিনবগুপ্তগী শিষ্যনি। মহাক কাশীদা লাক্লুনা শাস্ত্রগী জ্ঞান

তমশিনখি। মহাক্কী মরুওইবা লাইরিক্তি *কাব্যপ্রকাশ* নি। লাইরিক অসি উল্লাস (Chapter) ১০ অমসুং কাবিকা ১৪২ লৈবম্মী। মাগী *কাব্যপ্রকাশ* অসি সংস্কৃততা টীকা খ্বাইদগী য়াম্না ইখিবা *শ্রীমদ্ভাগবত গীতা* গী মথংদা লৈ। লাইবিক অসিগী টীকা ৭৫ রোমনি। লাইবিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক-মওঙ-মখল, শব্দগী বাচক-লক্ষক-ব্যঞ্জক, ধ্বনিগী মবম, বসকী মশক- মওঙ, দোষশিংগী লক্ষণ, পদ, বাক্য, অলঙ্কাবগী মখল, মাধুর্য্য, ওজ, প্রসাদ গুণগী মবম অসিনচিংবা য়াম্না মমুৎ তানা নৈনবা লাইবিক্নি।

**মহিমভট্ট ঃ-** চাউবাক্লা খৃষ্টগী চহীচা ১১শুবা মতমদা কাশ্মীবদা লৈবম্বা মমিং লৈববা আচার্য্যনি। মহাক্কী মপাগী মমিং শ্রীধৈর্য কৌই অমসুং মহাকবি শ্যামলগী শিষ্যনি। মহাক্কী মরু ওইবা অ ফাউবা লাইবিক্তি *ব্যক্তিবিবেক* হায়বসিনি। মহাক অসি মহানৈযায়িক অমসুং অলঙ্কাবিক অমনি। আচার্য কয়াক্লা মাগী *অলঙ্কাবসর্বস্ব* দা *ব্যক্তিবিবেক* কী নৈনবোনগী মবমদা কুপ্না পল্লম্মী। মহাক অসি কাব্যদা বসনা আত্মানি হায়বা আচার্য্যনি।

**মুকুলভট্ট ঃ-** খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙ্খায়দা লৈবম্বা *অভিধাবৃত্তিমাতৃকা* ইবম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী মপা কল্লটবট্ট কাশ্মীব নবেশ অবন্তি বর্মাগী সভাপণ্ডিতনি। *অভিধাবৃত্তিমাতৃকা* অসিদা অভিধা অমসুং লক্ষণাগী মশক মযেক শেংনা কুপ্না তাকপগা লোয়ননা লক্ষণাগী মখল তরুক থোকনা খায়দোক্লম্মী।

**য়াস্কাচার্য্য ঃ-** মহামুনি যাস্কনা লৈবম্বগী মতম চপ চানা পনবা ঙম্নদে। অদুবু নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা খৃষ্ট মমাঙ মঙাশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ওইবমগনি হায়না থাজনৈ। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *নিরুক্ত* নি, মাগী লাইবিক্কী মগুণ অমসুং মওঙ লৌদুনা মহাকপু নিরুক্তকাব হায়না ফাওবা খঙনৈ। মহাক্কী লাইবিক অসিদগী মহাক্কী মমাঙদা নিরুক্তগী মবমদা নৈনবা হৌবম্লে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। নিরুক্তদা মরু ওইনা নৈনবিবসি খোল্লোক, বাহে অমসুং অর্থগী মবমদা নৈনবনি। হৌজিক্কী মতমগী Linguistics (ভাষাবিজ্ঞান) গী হৌবকফমনি।

**রাজশেখর ঃ-** খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙ্খায়দা যযাবব বংশগী মহাবাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণনি। মহাক্কী মপু দুর্দুভ হায়না মিঙ্গৌবা নিংথৌগী মন্ত্রী অমনি। মমাগী মিংনা শীলবতী কৌই। মহাক চৌহান বংশগী অবন্তি সুন্দবী হায়বী অমগা লুহোংখি। মহাক্কী *কাব্যমীমাংসা* কাব্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা লাইবিক অমনি। মহাক্লা মাগী লাইবিক অসি অধ্যায় ১৮ থোক্লা খায়দোক্লনা তোঙান-তোঙানবা অলঙ্কাব শাস্ত্রগী লাইবিকশিংবু

বৈজ্ঞানিক ওইবা মওড্ডা নৈনবম্মী। মহাক্কা কাব্যশাস্ত্রগী লাইবিক অসিতা নত্তনা অতোপ্পা লাইরিক তরুকথকসু ইরম্মী। মদুশিংদুদি — *বালবামায়ণ* (নাটক), *বিদ্ধশালভঞ্জিকা* (নাটিকা), *প্রচণ্ডপাণ্ডব* নৎত্রগা *বালভাবত* (নাটক), *কর্পূবমঞ্জবী* (সট্টক), *হববিলাস* (মহাকাব্য) অমসুং *ভুবনকোশ* (ভূগোলশাস্ত্র) অসিনি।

**রুদ্রট ঃ-** চাউবাক্কা খৃষ্টগী চহীচা ৮৫০ অদুবায়দা কাশ্মীবদা লৈবম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমা শটানন্দ হায়নসু কৌবম্মী। ভট্টবামুক্কী মচানুপানি। মহাক্কী মরু ওইবা শীংথাবা যাবা লাইবিক্তি *কাব্যালঙ্কাব* নি। মসিগী অধ্যায়না ১৬ না শাবা অমসুং শ্লোক ৭৩৪ নি। লাইবিক অসি আর্যা ছন্দদা ইবম্মী, অদুবু অবোইবা শরুক্তা অতোপ্পা ছন্দগী মশকসু খবমখৈ য়াওই। মহাক্কী অধ্যায় ১৬ না শাবা লাইবিক অসিগী মনুংদা অধ্যায ১১ দি অলঙ্কাবগী মবমদা নৈনবম্মী। অদুগা লেমহৌবিবা অধ্যাযশিংদা কাব্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা মচল খুদিংমক শুনা নৈনবম্মী। মহাক্কা বস, নায়ক, নায়িকা, বীতি মবি, কাব্য অসিনচিংবগী মবমদা নৈনবম্মী।

**রূপগোস্বামী ঃ-** খৃষ্টগী ১৬ শুবা চহীচাদা বংগালদা লৈবম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী চৈতন্য মহাপ্রভুগী শিষ্যনি। মহাকসি ব্রাহ্মণ কুমাবগী মচানুপানি, মহাক্কী অশেংবা হৌবকফমদি কর্নাটকনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিকশিংদি - *উজ্জ্বলনীলমণি, হবিভক্তিবসামৃত সিন্ধু , নাট্যচন্দ্রিকা* মমিং চৎপা ঙাক্তনি। মহাক্কী অহানবা লাইবিক অসি বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী বাধা- কৃষ্ণগী অথুপ্পা শৃঙ্গাব বসপু বর্ণন তৌই। নাযক মখল ১৬ কী মশক তাকই, স্বকীয়া নাযিকাগী মখল, ভক্তি বসকী বর্ণন তৌই। মহাক্কী লাইবিক অসিগী টীকানা মযাম্বগী মচা জীবগোস্বামীনা *লোচনবোচনী* হায়না পুখোক্রম্মী। অদুগা বিশ্বনাথ চক্রবর্তীনা *আনন্দচন্দ্রিকা* হায়নসু টীকাগী লাইবিক অমা পুথোক্রম্মী।

**রুয়্যক ঃ-** মহাক অসি খৃষ্টগী ১২ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা কাশ্মীবী পণ্ডিত অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমনা রুচক হায়নসু কৌই। মহাক্কা মপা ইবুংঙো তিলকতগী বিদ্যা তম্বা হৌবম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *অলঙ্কাবসর্বস্ব* নি। মসিতা নত্তনা অতোপ্পা লাইবিক কয়ামরুমসু লৈবম্মী। মদুদি — *অলঙ্কাবানুসাবণী, কাব্যপ্রকাশসঙ্কেত, নাটকমীমাংসা, ব্যক্তিবিবেকবিচাব, শ্রীকণ্ঠস্তব, সহৃদয়লীলা, সাহিত্যমীমাংসা, হর্ষচবিতবার্তিক, অলঙ্কাবমঞ্জুবী, অলঙ্কাববার্তিক* অসিনচিংবনি। মহাক্কী *অলঙ্কাবসর্বস্ব* অসিদা সূত্রবৃত্তিগী শৈলীদা শব্দালঙ্কাব ৪ অমসুং অর্থালঙ্কাব ৭৮ গী মবমদা কুপ্পা নৈনবম্মী।

**শঙ্কুকঃ-** আচার্য অসি কবম্বা মতমদা লৈবম্মী হায়বগী অকক্কবা চাউবাকপা মতম

অমা লাকশিনবা লুনা থোক্লি। অদুবু আচার্য অসিনা ভট্টলোল্লটকী মতপু য়ানীংদবা ফোঙদোকপনা মহাক অসি ভট্টলোল্লটকী মমাঙদা লৈবম্বা আচার্য় অমা নত্তে হায়বসিদি ময়েক শেংলবা ৱাফমনি। মহাক্লা ভবত মুনিগী বসকী সূত্রবু 'অনুমিতিবাদ' হায়না মিংথোন্দুনা ৱাপু অমা পুথোক্লম্মী। মহাক্লা বস অসি অশেংবা পাত্র/পাত্রী অমসুং নাট্যদা মতৌ তন্নিবা নট/নটীকাদসু লৈবগী ৱাফম পল্লি। অদুগা ভাবোক্লসু অশেংবা পাত্র/পাত্রীগী মগুণ অমসুং শক্তম পুন্নমক ৱাখলনা শাদুনা বস লৌশিল্লি হায়না মত পীরম্মী।

**শোভাকর মিত্র ঃ-** চাউবাক্লা খৃষ্ট ১২৫০-১৩৫০গী মনুংদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। মহাক ত্রয়ীশ্বব মিত্রগী মচানুপানি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিক্তি *অলঙ্কাব বত্নাকব* থোইদোক্লা মশক নাইবা অর্থালঙ্কাব অমসুং শব্দালঙ্কাব কূপ্পা নৈনদুনা তাকপা লাইবিক্লি।

**হেমচন্দ্র সূরি ঃ-** খৃষ্ট ১০৮৮ দগী ১১৭২ লৈবম্বা হেমচন্দ্রসূবি অহমদাবাদতা পোকপা "কলিকালসর্বজ্ঞ" উপাধি ফংলবা জৈন আচার্যনি। মহাক্কী লাইবিকশিংগী মনুংদা *কাব্যানুশাসন, প্রমাণমীমাংসা* অসিনচিংবা পনবা যাই। মহাক্কী অহানবা লাইবিক অসি অধ্যায় ৮ থোক্লা লৈ। লাইবিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক মওঙ মবম, কাব্যগী লক্ষণ, শব্দ অমসুং অর্থগী স্বৰূপ, বস, শব্দ, বাক্য অমসুং অর্থ দোষ, গুণ, নায়ক-নায়িকাগী মখল, কাব্যগী মখল অসিনচিংবা কূপ্পা নৈনবম্মী।

**ক্ষেমেন্দ্র ঃ-** খৃষ্টগী ১০-১১ শুবা শতাব্দীদা কাশ্মীবদা লৈবম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী অপোকপগী মিংনা প্রকাশেন্দ্র কৌই। মহাক মশানা ব্যাসদাস হায়নসু কৌজৈ। মহাক্কী মরু ওইবা লাইবিকশিংদি — *ঔচিত্যবিচাবচর্চা, কবিকণ্ঠাভবণ* অমসুং *সুবৃত্ত তিলক্* নি। মহাক্লা কাব্যদা ঔচিত্যনা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমনি হায়বম্মী। *ঔচিত্যবিচাবচর্চা* অসি কাবিকা ৩৯ না শাই। মসিগী বৃত্তিসু মহাক মশামক্লা তৌজবম্মী। লাইবিক অসিদা মহাক্লা পদ, বাক্য, প্রবন্ধার্থ, গুণ, অলঙ্কাব, বস, ক্রিয়া, কাবক, লিঙ্গ বচন, বিশেষণ, উপসর্গ, কাল অসিনচিংবা ব্যাকবণগী শরুক য়াওনা নৈনবম্মী। অদুগা *কবিকণ্ঠাভবণ* দা কাব্যগী মপাম্থোঙগী মবমদা নৈনবম্মী। *সুবৃত্ত তিলক্* তদি মরু ওইনা ছন্দগী মবমদা ইবম্বা লাইবিক্লি।

# বিব্লিওগ্রাফি

## (ক) সংস্কৃত লাইব্রিক

মিশ্র, ডাঃ জগদীশচন্দ্র । *অলঙ্কাবশাস্ত্রস্যেতিহাস*। বাবাণসী ঃ চৌখম্বা সুবভাবতী প্রকাশন, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৪।

## (খ) হিন্দী লাইব্রিক

ওঝা, ডাঃ দশবথ । *হিন্দী নাটক উদ্‌ভব ঔব বিকাস*। দিল্লী বাজপাল এন্দ সন্স, ২000।

উপধ্যায়, আচার্য বলদেব। *ভাবতীয় সাহিত্য শাস্ত্র* (অহানবা শরুক)। বাবাণসী, নন্দকিশোব এণ্ড সন্স, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৬৩।

উপধ্যায়, আচার্য বলদেব। *ভাবতীয় সাহিত্য শাস্ত্র* (অনীশুবা শরুক)। বারাণসী, নন্দকিশোব এণ্ড সন্স, অস্টমশুবা ফোঙবা, ১৯৬৭।

কৃষ্ণবল (সম্পাঃ)। *ভাবতীয় কাব্যশাস্ত্র*। দিল্লী ঃ বাধাকৃষ্ণ প্রকাশন, ১৯৬৯।

খণ্ডুডী, আচার্য সত্যনাবায়ণ শাস্ত্রী (সম্পাঃ)। মুসলগাওঁকব, ডাঃ গজানন্দসাস্ত্রী (ব্যাখ্যাকাব) মম্মট *কাব্যপ্রকাশ* ।বাবাণসী, কৃষ্ণদাস অকাদমী,১৯৯৭।

শুলাববায়, ডাঃ। *সিদ্ধান্ত ঔব অধ্যযন*। দিল্লী ঃ আত্মাবাম এণ্ড সন্স। মণ্ডাশুবা ফোঙবা, ১৯৬০।

ত্রিপাঠী, ডাঃ বামমূর্তি (ব্যাখ্যাকাব)। *কাব্যালঙ্কাব-সাব-সংগ্রহ এবং লঘুবৃত্তি কী ব্যাখ্যা*। প্রয়াগ ঃ হিন্দী সাহিত্য সম্মেলন, ১৯৬৬।

নগেন্দ্র, ডাঃ। *হিন্দী সাহিত্য কা ইতিহাস*। নোএদা ঃ ময়ুব পেপব বেক্স, ১৯৯১।

পাথক, আচার্য জগন্নাথ (অনুঃঔব ব্যাখ্যাকাব) । আনন্দবর্দ্ধন *ধ্বন্যালোক*, অভিনবগুপ্ত , *লোচন* ।বাবাণসী, চৌখম্বা বিদ্যাভবন, ২০০০।

বেগ্মী, আচার্য শেষবাজ শর্মা, (ব্যাখ্যাকাব)। বিশ্বনাথ *সাহিত্যদর্পণ*। বাবাণসীঃ কৃষ্ণদাস অকাদমী, মাপন শুবা ফোঙবা, ২০০১।

শর্মা, চতুর্বেদী দ্বাবকাপ্রসাদ। *চবিত্র কোশ* । দিল্লী ঃ নেসনেল পব্লিসিংগ হাউস, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৯।

শর্মা, পণ্ডিত বতুকনাথ অমসুং পণ্ডিত বলদেব উপধ্যায় (সম্পাঃ)। ভামহ *কব্যালঙ্কাব* বারাণসী : চৌখম্বা সংস্কৃত সংস্থান, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৮১।

শর্মা, ডাঃ হরদ্বারীলাল। *সাহিত্য ঔব কলা*। প্রয়াগঃ হিন্দী সাহিত্য সম্মেলন, শক, ১৯৮০।

শাস্ত্রী, ডাঃ মংগলদেব, (অনুঃ)। এ,বী,কীথ কৃত, *সংস্কৃত সাহিত্য কা ইতিহাস*। দিল্লীঃ মোতীলাল বনাবসীদাস, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৬৭।

শ্রীবাস্টব, ডাঃ ত্রিলোকনাথ। *ভাবতীয এবং পশ্চাত্য কাব্যশাস্ত্র*। আগবা, হবীশ প্রকাশন মন্দিব, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৪।

সক্সেনা, ভুবনেশ্ববী চবণ। *আধুনিক হিন্দী-নিবন্ধ*। লক্ষনৌঃ প্রকাশন কেন্দ্র, ১৯৯২।

সুমন, ক্ষেমচন্দ্র। *সাহিত্য বিবেচন*। দিল্লীঃ আত্মাবাম এণ্ড সন্স, ১৯৫৫।

স্বামী, নবোত্তমদাস। *অলঙ্কাব-পাবিজাত*। আগবা : লক্ষীনাবায়ণ অগ্রবাল, ১৯৫৭।

হীবা, ডাঃ রাজবংশ সহাবা। *সংস্কৃত সাহিত্য কোশ*। বাবাণসীঃ চৌখম্বা বিদ্যাভবন, ২০০২।

## (গ) মণিপুরী লাইরিক

দীনমনি, এলাংবম। *ভাবতকী কাব্যশাস্ত্র*। ইম্ফাল বোবী পব্লিকেশন্স, ১৯৯৯।

শাস্ত্রী, অরিবম গোকুল। *সাহিত্য মিংশেল* (প্রথম খণ্ড)। ইম্ফাল : অইবা মশা অনীশুবা ফোঙবা, শক, ১৮৮৮।

শাস্ত্রী, অবিবম গোকুল। *সাহিত্য মিংশেল* (দ্বিতিয় খণ্ড)। ইম্ফাল : অইবা মশা, শক, ১৮৮৬।

শর্মা, অরিবম ব্রজবিহাবী। *অলঙ্কাব-কৌমুদী*। ইম্ফাল : অবিবম নবকান্ত শর্মা, নিপান শুবা খুৎনম, ১৯৯৮।

শর্মা, ডাঃ ইবোমচা। *অশম্বা ভাবতীয় সাহিত্য অমসুং সাহিত্য শাস্ত্র*। ইম্ফাল : ইবেমহল দেবী, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৭।

শর্মা, দ্বিজমণি দেব। *অলঙ্কাব শাস্ত্র*। ইম্ফাল : শেখব ব্রাদার্স, ১৯৬৯।

শর্মা, দ্বিজমণি দেব। *সাহিত্য মীমাংসা*। ইম্ফাল : শেখব ব্রাদার্স, ১৯৭৬।

শর্মা, সুরচান্দ, (অনুঃ)। *অভিনয় দর্পন*। ইম্ফাল : সুবদনী দেবী, ১৯৬৭।

শর্মা, সুরচান্দ, (অনুঃ)। *শ্রী শ্রীউজ্জ্বলনীলমণি*। ইম্ফাল : এলাংবম মণি সিংহ, ১৯৭৮।

শর্ম্মা, সুবচান্দ, (অনুঃ)। *নাট্য-শাস্ত্র*। ইম্ফাল ঃ মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমী, ১৯৮৫।

শর্ম্মা, হিদংময়ুম থম্বাল। *নাট্যদা চংবা মচাক*। ইম্ফাল ঃ হিদংময়ুম শশীপূর্ণ শর্ম্মা, ১৯৮১।

সিংহ, ওইনাম ইবোচাউবা। *মণিপুবী কাব্য-কাণ্ডলোন*। ইম্ফাল ঃ শান্তিলতা দেবী, ১৯৭৬।

সিংহ, এলাংবম নীলকান্ত। *মণিপুবী কবিতাগী ছন্দ*। ইম্ফাল ঃ দি কলচবেল ফোবম মণিপুব, অহমগুবা ফোঙবা, ১৯৯১।

সিংহ, বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎ। *ছন্দবীণা*। ইম্ফাল ঃ দি কলচরেল ফোবম মণিপুব ১৯৬৯।

সিংহ, লৌবেম্বম ইবোয়াইমা। *অলঙ্কাব জ্যোতি*। ইম্ফাল ঃ অইবা মশা, ১৯৬৭।

সিংহ, লৌরেম্বম ইবোয়াইমা। *কাব্যতত্ত্ব-পবিচয*। ইম্ফাল ঃ সুশীলা দেবী, ১৯৭৩।

(ঘ) ইংবাজী লাইবিক

বিজয়বর্ধন, জি। *আউটলাইন আফ সন্সকৃত পোইট্রিক্স*। বাবাণসীঃ চৌখম্বা সেবিজ, ১৯৭০।

বজা, সি কুনহন। *সর্ভে আফ সন্সকৃত লিটবেচব*। বোম্বেঃ ভাবতীয় বিদ্যা ভবন, ১৯৬২।

# অইবগী মরমদা

শ্রী হাওবোংবম রাজমনি, খৃঃ কুম ১৯৭১ গী ফেব্রবাবিগী তাং ৯দা কাছাড় জিলাগী বনতারাপুব খুঙ্গংদা পোকই। মহৈগী থাক্তি M A (M U ), NET , B Ed , Rastrabhasha Ratna (Wardha), Sahıtya Ratna (Allahabad) অমসুং Manıpur unıversıty গী মখাদা Ph D ডিগ্রীগীদমক Thesıs submıt তৌখ্রে। নট সংকীর্ত্তন পুংগী লমদা J N Manıpur Dance Academy, Imphal অমসুং মণিপুরগী শক্লাইরবা পুংগী ওজাশিংদগী পুংগী বিদ্যা তম্লকখি। পুং, ধোল-ধোলক অমসুং জগোইগী আর্টিশ অমা ওইনা ভাবতকী মনুংদতা নত্তনা ভাবতকী মপান লৈবাক কয়ামরুমদা মণিপুবী সংস্কৃতিবু শক্তাক্রুববনি। হায়রসেকেণ্ডবী অমসুং কলেজতা চহী মঙামুক লাইবিক তম্বীবম্মী। মবী লৈনবম্বা সংস্থানশিংদি Chorus Repertory Theatre, Imphal, Panthoıbı Natya Mandır, Imphal অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বব অমসুনি। হৌজিক হৌজিক মণিপুরী নাৎ অমসুং সাহিত্যগী চাউখৎ থৌরাংগী লমদা মরু ওইবা থৌদাং য়ারিবা মীওই অমনি ।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, বনতারাপুর মশা
কাছাড়